১। ইমামচা

২। অনী থোক্ল চীংখায়রে থম্মোই

( সামাজিক নাটক )

জি. সি. তোংব্রা
লেকচরর ইম্ফাল কলেজ

মমল লুপা ৩.০০

# ৱাহৌদোক

## (১)

করম্ব মতম অমস্তুং ইরাংগ ইরোইনন লীলাসি ইথি? ৱাহংসি ভাব তারগ লীলাহু পাব অমস্তুং য়েংব স্কুংডাইব হেল্লী। উংসবকী দাক য়েঙ্গাং চাবিরগদৌরিব ইবুংঙো ইবেম্মশিংনা খুনব স্কুংডাইনব লাংনবগুম, লীলাস্থু য়েংবিগদৌরিব মীশিংহুগী চিলহাও থিদবা য়াদে। মরম অহুনা সমাজগ লালা লেংব মাগ খোঙবু গুইনগল্লি। সমাজনা লীলাবু ৱাংথংহল্লি নত্রগ চিংথে, লালানস্থু সমাজবু অহুন্ন তৌনবা লাক্কে। মসি চাওরাকপা লীচং অমগী ৱানি। জিঃ বিঃ সোনা তায়ঃ হুইগ হুইবুগ য়ুম অ[illegible]দ থুংমিন্নরুনি তায়হুনস্থু হুইন চংপা লম্বী ৱাবক উরক ফাওবহু [illegible] হন্নহুন চংনদে। মবম অহুন ভাবোক্ক ভাব লোইন তানব চারোল তৌহুন হব, অপাব মীন লাহন লাম্ব দংনব নেমন হব শোদি পামদে; মাগী লীলাশিংহু ৱাংন শাং-হনগে মনম নমনিংলগ চোংথংলকউ নত্রগ কাথংলকউ তায়। অহুন গুইনমক লাইরিক ইবা মীন শুন্দ লেরগা ইবদি য়াদবনিনা, অপাব মীগী ৱাথল তাহবনা ইতৌ তৌদবা য়াদে। লালা য়েংদৌবিব ১স্তুং পাদৌরিব মীয়ামগী মতম লৈফম্নস্থু লীলাগী মরমদ লংজিন গুইহনগল্লি

"অনীথোক্ক চিংখাইরে থম্মোই" হায়ব লীলাসি "লৈবাকতৌব" (আন্দোলন) হায়ব লীলাহু অনারক্তুং শান্নবগ মনিপুর সরকারন থিংখ্রব মতুংদ ইজথিবনি। থিংবগী মরম্ম লীলাহু আইন সভা পায়ু

হায়দুন ১৯৬০দ তৌখিব আন্দোলনদু কনথংনব মৈঙ্গংদ মী হুনক্সিন-বঙুম থোকপ য়াই হায়ন কিবগীনি হায়। লীলা অদুদা স্বর্ণপুর হায়ব লৈবাক অদু আইন সভা ফংখি।

"আন্দোলন" লীলাদু রূপমহল আর্টিষ্ট এসোসিয়েসনগী মী ৭০ রোম অমসুং শেল য়াম্না চংনা তাং ২৩।৫।৬০ হং নিংথৌকাবা মুমিত্ত য়ৈথায়ব কয়া মাইয়োক য়াদুনা নোংমদ অনীরক শান্নখি। শান্নদ্রিবে নোংম মমাংদ লালাদুগি ৱাদি, Scene by scene, direct and indirect connections with the present agitation in Manipur ইদুনা পীরকই হায়দুন শ্রীযুক্ত বুদ্ধ-গোপাল সিংহ পুলিশ সুপারিণ্টেণ্ডেণ্ট মাংহৈবন এপ্রোন্দ তাকপিখি। শান্নগদব মুমিংকা মুমিংমুংবদ এন পীজকই। মুমিং অদুদদি লীলাদু থিংবদি নিংখিদ্রে। অহানবা (মুংথিল) উংপদ লুপা ১১১৭°৫০ অমসুং অনীশুবা (মুদাং) উংপদ লুপা ১১০৭°৫০ তাখি। লেপ্তু-না য়েংলগে হায়বগী টিকেট কাওব লৈব ফংনাখিদে। তাং ৮ জুন্দ লীলাদু শান্নব advertise তৌখি। কমকম অহাংব য়াওখিদে, টিকেট লুপা ১১২০ শিংখি। অদুগা মুদাং পুং ৬।০ তাবদা C.P C. গি ধারা ১৪৪ চলাইদুন লীলা শান্নদনাখিদে। মদু মুংচাইবদগী থিংখিবা লীলাদুগী মমিদ ওমদুন "শনী থোক্ক চিংথাহৈরে থংম্লাই" ইজখি। ই ১৯৬০গী অক্টোবর থাগী তাং ১ দ অহানব শান্নখি, লুপা ৭০০ রোমগী টিকেট শিংখি। তাং ৬ তা অনীশুবা শো উংখি, কর্ম্মচারী শরদি য়েংব কিনৈ, লুপা ৪০০ রোমদ তাখি। মতুংদসু লীলাসি অমুক অনীরক উংখি। ভাবক্ক পাম্ব পামদবন লীলাগী মখুন লেপ্প লানগল্লি। ভাবোক্কী চাওথং চাওথংতদি পামজরিব

অচুম্বগি মীচং চংব তল্লবদি মতম কুইন অম্বাব অনংব খাংখিব তায়। লৈবাক্কি মরী লৈনব থবক্ত মীন ভাল শাহুন, লৈগদব মতম নত্রে।

(২)

লগাও শান্নব, জুরাব, য়ু থকপ, ভক্তবী য়োনব, শেল চাব, অথিংব পোং লোন্ন য়োনব সরক'পন কন্ন খিংলপ হোংলবিরকই। মায় পাক্কবনি হায়্যসবা? অফোংবদদি কন্না উত্রে, অবোনবদদি লৈরম্ম-রোইত্রা? চাথুম্মাংদ লৈরম্ম চাক চাকপুক্ক চাম্রব মতুংদ মশক উত্রে, চানন মাংখিবদি নত্তে। থিংব হায়বা থবকসি মশা মশান থিংব নত্তুন কিহল্লুন থিংবন য়োব ভমত্রে। খাম্ব খাম্মগ, থিংল-থিংলগ হেক্কৎনিংব মচিং অম ভাঙনংমীগী নকোংও শোয়র। মতু মেম্বব থৌ তৌদব য়াদে। মচা মতুদ খানয়ৈ-চৈতন ব্রাবকাখিবা অহলন্ন হক্নেং শোল্লব মতমদ অভাংহল শিংতলা অমক লক্রবকপ, কারেম্বব মান্ন উই।

শেল পামতুন শোংপ চাব মনিং খুংদতুন নতাশিংন জুরার শাৎম্নে। নিংব কায়বল অলইব কাইনংপ লৌগী চেংদুন লোশাগী মংলান, মিনেমাগী মিকমদ মতম খা মুম্বু্না পোংগানিংই। লৈব মানদব বাবুন শেল চা নিংই, নংমল্লবদি পাম্বা কানি থোচং খুনুং লাইবক য়ানিংলকই। থবক রান শাদো শককখর কোম্ম পাংব শেল পাম্নে! পবক শবগী কান্নবতু ধম্ম শুইন মা কয়ান থাজবগে? খিংলিব লম্বাক্ত চৎনিংদনব মাক্তকে খনবারোমদ চৎনিংনব লম্বী পনপ পরপ শোম্বিব দরকার ওই। হেম্ন পন, শুংহেংব কাম্নব লম্বী শেম্বায়ো। যৈ-চৈতন রারকপ ভাক্ক থবক পাদে, মুন্ন রাখল তৌনগ নশা মশান থিংজনিংনব অপব লম্বাম্ন চাওন শেমতুন থম্বিদব য়াদে "ঐগী লম্বীগন মপবে" হায়বগী মতমতু নত্রে।

জি. সি. তোংব্রা।

থানীল —নং শুন্দা শাওগৎখিন্নুনে। লাংলগা নুপিমচা বি, এ, থাগদৌ-রিবা অসি লাইব্রিক ঔরাইবা য়াররোইনে। চংশিল্লকউ ব্রা হায়গেনে। ওসি থাংজনি শগোল লমজেল নুমিৎনি অফাওবা শগোল নহানমথৈ ট্রাই তৌদ্রিবা নং ৮ কারু অচৌবা অচু খোংগনি হায়দুনা লুপা ৫০৲ পীবা পাও অমা তারে। ৫০০/৬০০ মিংনা কুপ্পদা পায়গে হায়রবদি ওসি নুমিৎ অসিদা লুপা ২০০৲ দং থিদবা য়াদে।—

১০০ দি লৈরে ইবুংডো থম্বৌনা পিদুনা। ১০০দি নঙনা হুজিক থিবা তারে।

লৈবাকলৈ—হরে হরে পাও মমল য়াম্বা ৫০ পীবা হায়বদি অচু ওইরেসে।

থানীল—ঐ ওইবগী ফংইবা পাওনি, মী অষ্টৈনা ১০০ পীগে মখোঙ পায়গে হায়বা ফাওবা ফংপোৎ নত্তে খঙব্রা ?

লৈবাকলৈ—ঐদি জুয়ারদা শেল থাবা প্রিন্সিপল য়াজদে।

থানীল—নংগীদগী পক্লদে পীরোই হায়রবসু নচাশিংগী লিক্লা কোল্লা ১০০দনি য়ামপোৎ নত্তে। মতম তাঞ্জা লিংথোকপা য়াপোৎ নত্রেকো।

লৈ— অঙাংশিংগী লিক্লাসু বন্ধান থম্বা শাপোৎ নত্তে শিনবা থম্বনি।

থানীল—ঐবু শাওহনগনু সনা, ওসি যাত্রা কাহ্হনগনু—

লৈবা—যাত্রা খুগাইব নত্তদে, লিক্লু খুগাইবা বন্ধান থমজবা ওমজরোই হায়বনি।

থানীল—প্রিন্সিপল লৈজবা থবক তৌসু মৈতৈ খুপী ! মুপাগী মঙ্গল থুগাইগমু হরাও হরাও ১০০গী সনা পীয়্ন ।

লৈবা— লৈজদেয়ে, ঙমজরোইয়ে, শান্ননবা শেলদি ।

থানীল—তো, মাত্তুদি নং ঐগী মঙ্গল থুগাইরেনে । যাত্রা কাইহনগে হায়রেনে ( স্বর থৈবা ) নুপিমচা, ইমামচা— ইপাগী ইবেম্মা, নমাশিনা পাবুংগী যাত্রা কাইহনগদৌরিবা, মঙ্গল থুগাই-গদৌরিবসি উব্রা ? নং সাক্ষী ওইহৌ । ইপা শাওগৎ-খিদৌরে ঐনা শাওখ্রবদি সাক্ষী লৈহৌরোই, নেকপা খঙওই, প্রিন্সিপল ঙাক্লবা ঐ ফাইট তৌনি ।

ইমামচা— ( নপা মোমোন তৌত্লনা মচেক্কুগী ছোরী হুক্কোক্লনা ) যাত্রা কাইদনবা পাবুং ( পীবা ) । শা লানগী চংতৌ-রিবনি হায়রবদি ইমা নংম্ভু মঙ্গোল পীয়ুনে পাবুংদা ।

থানীল— ইচাদনি স্নান তাবা. য়ুম অমগী নুপি ওইবদা মতিক চাবা হায়নবু অত্নিদনা ( স্বর থৈবা ) জয় মাধব মাধব ।

লৈবা ( হৌগৎত্লনা মকোক খুম্নগা ) মঙ্গল ওইহবিরকউ ।

থানীল - ( খোংকাপ ২ ৩ থাংলগা ) নুপিমচা ঙসিদি শগোল লম-জেনসি পুং ৫।। দা লোইবনি, নবকুমারদু রাজার রেগ অমগা লাকইল্লু নখোয়না চানিংবা থকনিংবা ঙা চাক হায়রকউ । ননাগুদু লাইবিক ভম্বা কাথ্রবা ? করি করিনো মানা লৈরিয়ু, হায়বদু খুজি হায়রব্রা পাওদর হায়রব্রা অমুক্তা কৌবিরকউ ।

ইমামচা—নুপীমচা ! পাবুংনে লাও হায়রয়ে ।

লৈমা— ( চাক চারম্বদগী থোরক্তুনা ) করিনো পাবুং ?
থানীল—নংনা লৈবিয় হায়বদো করি করিনো—
লৈমা— লিক্লি খুজি জুরা ১০, শমফাবী, পাওদর স্নোকা য়াওবা ইচেমাগীদুগুম্বা উপু অমা, কোকলা লিকলি অমা অদুগা ইচেমাগীদুগুম্বা হেন্দ বেগ অমগা।
থানীল---নংস্তু নচেগা চপ মান্নরগে হায়রবোইরেকো। উম ইচাস্তু চহি ১৩ শুররিনি চুমই। লাইরিক কম্না ঔরাইরম্মু পাবুংনা লৈরক্কনি।
লৈমা— ঐস্তু লাক্কে পাবুং!
থানীল---হোরেল নং তা নবকুমারদা মরোল শুগাইনা তাকলকউ. নমাগা নংগা কৈথেন্দা পুবা পাবুং কিদৈ, ভুজিক্তবু থরা হল্লবনি। ( স্বব য়েংহুনা চৎখিবা )
লৈমা— হচেমা নংগীদা নত্তে, ঐগীস্তু নংগীদুগুম্বা বেগ, উপু লৈদোবে।
ইমামচা -চৎলো থো... নহায়, নং লাইবিক তম্বা কারোইদ্রাং।
লৈমা পুং ১১ তাদোবে, থেংখ্রে ভাসাদ কাররোই।
লেপা— করি কান্নবা পিরুরিবা লিক্রোনে ?
ইমামচা—পাদ্রবদি নগোয়নি শংনবোইদ্রা ? থৎনরবাদ যাত্রা কাইরে মঙ্গল লৈত্রে- -মী নিপানা শা লাম চংলমদাইদা অতুম্না শুগৎপা হৌনবা—
( স্যুট টাই তৌহুনা নাকলদা শাল জুরা অহনবা কৈথেন্দগী লৈরুরগা য়েপ্তুনা ল কপা ইমামচানা ইমুংদা চংহুনা মিতৎ-থোং ময়াদা ফমখিবা )

লিক্লাই—ইমা ইবেম্মা, চংজরকপা য়াগদ্রা—?

লৈবা— ইচানা চংলক্কবা শারিবা য়ুম নক্রা ? খোংউপ য়াওজসন্নু হেক্তা চংলকউ ঙুপিমচা চৌকি, চৌকি থীল্লে। করিনো শেগাদা য়েপলিবদো ?

( লৈমতোন্ন চৌকি পুথোক্তুনা থাবা, ফম্বা )

লিক্লাই—নহাল হায়নখিবা শাল জুরা অতুনে, পানুংনা শা থাদোকপা লৈখিদ্রবনা তান চারুদ্রবা, ঙসিদি ঙুমিৎ শুরমাল্লে, পাম পামদবদি খংদে লৈজবক্কবনি য়েংনবিয়ু মচুদি পামদ্রবস্থ শিনবা য়ানি, ফিদি অতুদগী হেনবা ইম্ফাল তকান্দা থোক্তে।

লৈবা— ( ফাক্তুনা য়েংবা লোথোকপা ) ঙুপীমচা নং তামোগী চা পুরকউ, ফিসি য়েংশিলাও ( ইন্দুনা য়েংবা মিংশেন্দ ) মসিদি ওন্থোক্না ফঙখ্রেদ', কয়া পিবকই ইবুংঙো—

( ইমামচানা চা পুরক্তুনা পিবা )

লিক্লাই- ইমা ইবেম্মা, মমলবুদি য়ামপোৎ নত্তে, লুপা ২৩৪।। দমক পী, ২৫০ দগী তারোই হায়তুনা শিথাং থাংইপোৎনি ঐ ওইবগী পীরকইবনি।

ইমামচা— ইমানা ইনবদি ফনা পকই, নহা থরা ওইখ্‌লিদনা

লিক্লাই--ইবেম্মা অমুক্তং ইন্দুনা য়েংবিয়ু, মচু পামদ্রবস্থ অনৌক শিনবা য়ানি।

( মমানা মীনা ভাংবা তাদমথৈ, ইল্লগা মিংশেল য়েংতুনা চেপ্তুনা পৈতুনা তুং ওন্থোক্তুনা লৈবা ইমামচা ১স্থং লিক্লাইনা লোম্না নোকপা )

লৈবা— চহিসি য়ামশিনখ্রেদো পাম্মুইদ (মেনপ চিংথংপা ক্সুংভাইতবা উংপা ) মুপীমচা নং ইল্লু য়েংশি । ( ইমামচানা ইনবা মিংশেল য়েংবা তুং মাং য়েংতুনা কেবা ) ।

লৈম— ( পরপ পরপ থোরক্লুনা ) কনাগী শাললো কনানা লৈবকইদনো ।

লৈবা— নচেগীনি, নচেগীনি ।

লৈম— ইচেগীদি পংলৈদ লৈরকই, ঐগীদি অমত্তস্ত লৈবিরক্তে করম্বা নুপাশিংনোনে !

ইমাম— মসি অভাংসিদে তুমিন্না লৈয় ।

লৈম— ঐ অমুক্তা ইন্দুনা য়েংগেবা ?

লিক্লাই নংগীদি থা মথাই অমরোম লৈরগা লৈবিরক্তে করম্ব পামই ।

লৈম— ( ও ল্লগা ) মসি ঐগী ওইজরগে, থা মথাই অমা লৈরগা লৈরকদোবিবত্ত ইচেমাগী ওইহল্লু ।

ইমাম— নচেনগী ওইজোদা, ঐগীদি শালকা পামজদে, ওভাবেটি ওইনা চৎলন ।

লিক্লাই - করম্বা মচুগী পাম্বিবগে ?

ইমাম— মচুদি অনুবা ওইরবস্তু য়াই ।

লিক্লাই - B A পরীক্ষা লোইরগা য়েংমিন্নতুনা অপাম্বা থনবনা ফংগনি ।

ইমাম— পরিক্ষা হংচিত্রা ভাইরবদা ঐনা তৌরিবসে চুমদ্রে (চংখবা)

লৈম--- ইচেমানা ওভরকোট পামই হায়বনিনা শালসি ঐগী ওইবা ভাবে বেশ !

লৈবা--- ইচাগীনি ইচাগীনি মোৎকনি থুপচিনসি ( থুপচিনমিন্নবা )

লিক্লাই---অতুদি ইমাশি ঐ চৎচরগে ঐ থবক অমা চংলুদোবা ঝাংলি।

লৈবা -- লেংও ইবুংঙো, নচলস্থু পরীক্ষানি হায়ত্তুনা করিমত হাদ্রেদো। ঝারী ঝাতাইগ্নি শাদ্রে। ( লিক্লাই চংখ্রগা মিতুৎত মিংচিনা য়েংবা )

লৈম— মখোয়সিনা ইমা পোৎচৈদ পংলেদা লৈরকলিবসিবু পাম্মুবদ্ধ খঙদ্রবাও ? ইচেমাগীদা লৈরকই ঐগীদি স্থকলৈহেক লৈরক্কে করিগীনো ?

লৈবা – নংগীগ্নি নোংমৈকাদি পোৎ লৈবিনিংডাই পিকখন্না লাক্লু-নিদা ইচাসিদি !

নবকুমার –( লাই অয়েকপা অমা পাইতুনা পরপ পরপ লাক্লগা ) পাবুংনা ঐবু করি করি হায়রমই, ইমা ইবেন্মা ?

লৈবা— পুং ৫।।০ দা বাজার বেগ প্তুনা ঙা চাক লৈবা লাকউ শগোল লমজেন তাগ্নকমদা শেল ৫০০।৬০০ ফংগনি হায়বনি।

লৈম— ঐগী লৈরক্কদবা পোক্লি ইতুনা পি । কাওবকা য়াপোৎ নত্তে।

নব— চাক লোইরবরা এগী শরুক পীরোদনা থবক অতৈস্থু চৎকদবা নৈ ।

লৈম — ঐ থিবিগে চাক থিদ্রি লাকও। নংসিস্থু পংকোইদ কোই, ওংথাক্লা ওকথিদ্রে। {( চংখিবা ) ( অতৈনা নোকপা, মমানা পোৎচৈ লোইশিনবা )}

নৈবা -- হায় নচেমোগী বতর তিন. কিশমিশ সের অমতংগা য়াওরকউ।

ইমাম— পরীক্ষা ফব ফত্তবা অরাইবনি চাবদি কহন্দবা য়াদে।

---

## অহানবা মতাং
# অনীশুবা উৎপা

পোলোগ্রাউণ্ড মনাক্কা লম্বীদ, মুংগিল পুং ৩ তাবদা মী কয়া কয়া রেশকী রাবী শাত্তুন চংনরি। নং ৮ থানা জোকীনা ইঙ্গিংনা মড়ক নোম্বত্তুনা থানিন্দা তাকলম্মি। থানীগ্না তান্নত্তন মগ্না হংক্ত জোকীনা লোন্না শোইদ্রে ট্রাইসি, হায়বম্মি। থানীগ্না হেক তাবগা থম্বো কোইথি লিবা, য়েং ওই চংত্তুনা ডহাক নৈবগা থম্বো থোনবা

থম্বো খুড়াভা লমজেল য়াওবিগদৌরিব্রা —

থানীল ইরংদোব লিবমইবনি, উন্নবা ওন্তোকনা মুংডাইখ্রেদা চুরুপ থকসি [illegible] ( কেপাইন অমা পীবা )

থম্বো— ( ঐরোন্দ [illegible] পুগোক্কুনা লিবা মশানা বেরি অয়াকপা নল্লগা মতেক অমা থকপা ) করিগুম্বা তাকপিগদৌবা ( চমত্তনা থক্লগা )

থানীল—নডোন্দা হায়মন্দুনা ইকপ্ ইকাইবে, হায়দ্রে তাঙ্গা অমা নাম্বোক্কদৌবি। নগী হান্নগী ২০০ তো[illegible] ইপা কাওদে। মহ নৈখিসন্নু ডসিগী ১০০ দং পীদ[illegible] য়াদ্রে। অডাংশিং- গীনি মুহর ৩ না শাবনি। ( সনা পীবা )

থম্বৌ— ঐদি অঙাংশিং অনা-অয়েক্কী ৱা ওইরবোই নিংঙ্গনা লুংশা থিকুরেদা ( থল্লগা ) করিস্ন লৈতবা শেলগী ৱা ওইরেসে ( ফুরিংখাওদগী ১০ চংপি ১০ হন্না হন্না থিদোক্কুনা পাম্মুনা পীবা ) ১০০ থক্করা ?

থানীন—( পিদ্রিঙৈ পাম্মুরিঙৈ লোগে তৌত্তুনা অমুক চোপ্পা, ১০০দনি ( মানা-পীবা লুপা লোরগা সনা পীবা )

থম্বৌ— হুম করিগী সনানো ? ফুরিংখাওদা হাপচিনবিয় ।
( তন্না পীবা ইকাইত্তুনা লোদবা )

থানীন—ঐদি হাপ্লবোই ইবুংঙো পায়খ্রে, নচনগী সনানি ১০০ থকতং পীয় হায়রুববু ওল্ডোক্না চোপখ্রে ইবুংঙো, মশম্না ফলংক্লবদি, মেজিষ্ট্রেট ওইরম্মিবা মপুরোইবা ঐঙোন্দবু নন্দোন্না ১০০ পীবা কিরেদনা থাজদ্রে হায়বা । নচন্দদি ৱা থংখ্রে, মপাগী ইজৎ মাংখ্রনি হায়ত্তুনা মঙক্কগী থক চুক্কোক্কুনা পীরকইবনে। ইবুংঙো নচনসে খুবাগী থল্লাইনি ইজৎনি। অতুননি ঐনা মাবু মীশক য়েংদনা পাক পাক থাজদ্রিবা।

থম্বৌ— নুপীমচা মঙক্কা শিবা শনাবু ঐনা করম বন্ধান লোগদগে, খুরাঙাং হাপচিনবিখো। ( পাম্মুনা হনব )

থানী— বন্ধান লৌ য়াদ্রবাদ মঙোন্দ থরা পাবিবমউ ঐদি পায়নিংদ্রে। ইবুংঙোবু লমজেন য়েংথিদ্রা ?

থম্বৌ— অদু ওইরবদি ঐ পীজরগে, লমজেল য়েংলবস্ত ননাই ঐদি অহানবগী অমুক্কুং য়েংলগা লোইরে শগোন্দা শেল

থাবসি ফাদোক ফাজিন তৌনবসিদ খোইদৌ শাওগংখ্রে।
অতুদি ঐ অসিদা মী অমত্তা উন্নজরুখিগে।

থানীল— ফনি ইবুংগো (শেল থাবা, পীবা—মী কোয়েং রেংবা নবকুমার লাম্পা লাকপা উবা, খুং খৎতুনা কৌরগা) চেল্লকউনে নংদদনা ত্তোকঅরনি। (তিকেৎ লোনবা শরিক খিবা নবকুমারনা খোউ য়াংনা লাকপা) চংলু শরিক ।ধংগ্রে তিকেত লৌরুচোনে।

নব— (খরা চংলগা) লৈগদত্রা হেক্তা পীবকদবত্রা ?

থানীল করিনোনে অডাওবা বৃত্তসিনা ডাংইসিবো, শগোল লমজেনগী টিকেৎপু লৈদনা পীরকপা হৌনত্রা ? (লুপা ১৫০৲ পীবা) ৫০ সিমদি মথাকলগে।

নব— (খর চংলগা) লুপা ১০০ গী টিকেৎ পীরকউ হায়রগা হেক্তা পীবক্দৌবনিকো পাবুং ?

থানীল করম্বা গাধানোনে, শগোল নম্বর অপাম্বা খন্দুনা লৈগদবনিনে। চংলু থীল্লেনে।

নব — (খরা অমুক চংলগা) করম্বা নম্বরদ লৈজরকউ হায়বগে ?

খানীল-- বৃত্ত অশাইনা অঙম্মা হংবদি লৈদৌই ? নম্বর ৮ উইন্দা ৫০, শ্রেশতা ১০০ গী লৈরকউনে। (লোম্না) নংহৌরোই, পরপ পরপ মীবক নারক্তা শং লোরকউ (মী খরনা ডাংনৈ)

১। নম্বর ৱানগা কাইফগা বুকীদা লুপানা লুপা ৩ লৈ।

২। নম্বর আইওি লুপা ১না ৫ পীখ্রে ট্রাই তৌরোইদমাল্লে।

৩। নম্বর টুদি ইভন মনি।

( নবকুমার টিকেৎ পুরকপা )

থানীল—( টিকেৎ পাম্বরগা ৫০ সিমগা উইন্দ লৈরু, নম্বর ৮, চেল্লু মমল হন্থখ্রনি।

৫। শগেলে থাখিদোরে থাখ্রে! রাউন্দ ৩লক কোইদোবা নত্রাও? বা! বেশ! আইটসি ফজনা যোখ্রেদা!

( থানীল নবকুম : হরাওবা চোংবা ) রাউন্দ অমত্তা, ডাইরে এগোয়দি শেল মাংলেদনা হা হা! আইটনা ফাষ্ট চেনখ্রে, নং ৫ তানখংলকই হায়। হায়মা করিনো নম্বর আইটসি জোকী থাদরম্লগা শগোল মথন্তনা চেনখত্তুনা থোইরে, মসি শগোলসিদি হবে হরে, জোকী য়াওদনা কারুনা ফাষ্ট ওইরে ( দিসক্কালিফাইদা )

নব — হবে হরে শেল ফংগদ্রাসিদে!

থানীল - কৃষ্ণ কৃষ্ণ! ( হুমাই হুম্বা নিংথম থাদা ) জোকী থাদনা শগোলদুবু নম্বর ৮ শোই খবা ইবুংঙোখোই?

নব - শোইদবা তারে, নম্বর ৮ কাক দিসকালিফাইদ তারে।

ময়াম - নং ৫ না ফাষ্ট, নং ৭ না সেকেন্দ নং ২ না থার্ড তারে।

থানীল—নম্বর থেংলত্রাও, ৮ য়াওদ্রেত্রাও?

নব — য়াওদ্রে খোঙলে, শোইদ্রে শেল মাংলে। ( থানীল নম্বর কুক-থকত্নুনা রাখল তৌবা, ময়াম চংনখিবা থানীল কমথত্নুনা ব্রা ডাংদনা চিন্তা তৌবা )

লিক্লাই—চুরুপ পীরবা মনাক্তা ফম্মবা ( নবকুমারগা মখোয় অনী মমিং থংনবা। থানীল চুরুপ চম্বদা শোইবা, চাক্তনা পংচিংদ চিংবা য়া ভাংদবা। )

নব— পাবুং, য়ুমদা লেংলনি ( চিংথক্তুনা পুখিবা )

লিক্লাই—শেল কয়া য়াম্না মাংখ্রবগে? অমুক মাংবা অমুক লৌবা হায়বত্থুনি। নং ৮ না থোইরবনিদনা লাইবক থীত্থুনা তৌবনি হায়বা চংনদবা হায়বসিস্থু লুরি।

নব— লাইবক থীবা হায়বত্থুনি, আইটনা ফজনা থোইখ্রপোংনি। খোইরমদাই খিত্তনা শগোলদগী জোকী তাহৌবনি ময়েক্কীদি থোইরপোংনি, শগোল তান্নবা নত্রাও!

লিক্লাই—জোকীস্থু হৈখ্রবা জোকীনে, শোইবু শোইয়ু হায়রবদি করিস্থু লৈতেদা হয়েংমুক লৌনবা শান্নবা হায়বত্থুনি, মাংজ-খিসন্থু করিস্থু চিন্তা তৌবিরুন্থু।

থানীল—শেল মাংবদি লাইরত্থুনা নমাশিনা থোইখিবা লমজেলসি ইকাইদা ( নবকুমারনা খুৎ নাম্মা শমত্থুনা লিক্লাইনা তুং ইন্দুনা, চমদবা চুরুপ থানীলনা থক্তুনা তুমিন্না চংখিবা ) মী তান্নবা নত্তে শগোল তান্নবনি, শগোল থোইরবস্থু মী য়াওদ্রবদি য়াদে। অঙকপা চংনবিনিদা তাইবং মীগী।

## অহানবা মশাক

# অহুমশুবা উৎপা

থানীলগী ইয়ুং নুমিদাং পুং ৭॥৹ চৌকি অনি থারি, মেজদা মোমবতি থান্দুনা ইমামচা লাইরিক ঙৈরাইরি, ফক অমদা লাণ্টেন থান্দুনা লাইরিক ইচাই চাইথাইনা লৈমতোন পারি। ইরি, মনাক্তা মমানা মোরা অমদা ফমতুনা হিদাক থকলি। মাঙ্গোলদ কেলেন্দর ইম্ফাল থোইবীনচিংবা থেংলি, হিদাকপু লৈ, খুদৈনচিংবা ফিরোল খরস্তু কিয়ান্দ য়াল্লি।

লৈম— শাল লৈবকপা নিপাতুবু ময়ুম মকৈ য়াম্না খুংঙাইবরা ?

লৈবা— মী কোনুংদোনা পালিপোংলি। মপানা কোঞ্জেং ইনাকখুনবা হায়তুনা উগী কারবারদা শেলমথৈ লাল মতুংদা চীমাই শানা পৈখৎখ্রপোংলি। মচানুপা ঙসাই লাক্লম্বা অতুমত্রা পোকই। মহৈস্তু বি, এ, পাশ তৌরবনি।

লৈম— অতুগা পাবুংদা খল্লিবা নিপা অতুদি মমিং করি কৌই ?

লৈবা— থম্বৌ কৌই মতুস্তু বি, এ, নি। খ্বাইরনন্দা ক্ষি লংগী কারবার চাউনা তৌবিবা অতুনি। নহাল য়াওশংদ জোইপুর ২ থক লৌরুবা দোকান অতুবু কাওরবরা ?

লৈম— মখোয়সিনা ইচেমা লৌনি হায়তুনা পোৎচৈদা পংলৈ লৈতুনা হোংনবিবসিবু কনানা খিং ফরিবগে ?

লৈবা— নং পাবুংনদি থম্বৌনা কৈ, ঐনদি লিক্লাইনা কৈ হায়রি।

লৈম— অহুবু থুংনগদৌরিব্রা ? হিয়াংথাং লাইরেম্বীদি অমত্তনি।

লৈবা— অনমম থুংননবা নংনা কামাক্ষ্যা দেবী শাবা তারে।

লৈম— ঐবুদি মখোয়না পামইস্নু হায়দনা। ইচেমাবুদ লোগে হায়রিবসিবু মখোয় অনীমক ঙাওবু ঙাওরব্রা ?

ইমাম—(শাওরপ) মুপীমচা নংবু লাইরিক ঔরাইরিব্রা যর লাই খুরুম্বে মন্ত্র ঔরাইরিব্রা ? চহি মতাং চাপ্রি ইবেম্মা ওঝা নাইখিনু ! য়ারেম তৌদৌশরুক নমা চাক থোংদোকউরোৰা। পরীক্ষা ময়াদ ঐগী লাইরিক ঔরাইবা থুগাইরিবা অসিবু কয়া য়াম্না মুংঙাইথ্রবগে ?

লৈবা - থোংউরনি ইবেম্মা, নং পাবুংনা ঙা লৈরক্কগ্রা হায়তুনা ঙাইহাক ময়েংইবনি। নবকুমার হায়বা নহাতুবু চাক থোংবা নংনবা হু হেক চেল্লক্কে হান্নদে। মরাক্লনি ইচাসিদি লাইরিক ঔরাইয়ু ঐখোয় লাংলরোই।

লৈম— ইমাশি তা নবকুমারবসিবু ঐখোয়গা করি করি থোক্লবগে ? লাই য়াললহৌনবা বামোন মচারা ?

লৈবা — মরি থোক্লবা নত্তে, মমা মপা লোয়না শিখ্রে, লাই য়েকপা য়াম্না হৈ, লাইরিকস্নু ফনা ফৈ নহা ওইরিঙৈদদি, ঐখোয়না মীনাইদোনা শিজিন্নবিবতুদা লাইরিকস্নু নিংথিনা তম্বা ফং-জদ্রে হুজিক্তি। মুংশিতুনা মরম ওকই চাক থোংবা ফাওবা কান্ননি হায়তুনা নং পাবুংনা য়োকইবনি, মপাতুস্নু মরিংজেল থাখ্রে। নচেমাগী পাওখোলস্নু চংনবা, মতুং ইনবিনবা অর্দদালী ওইনা স্নুম থম্বনি।

ইমাম— নমা নচাগী ইতিহাসতু পারা কয়া শাংনা লৌথদৌরিগে, হয়েং তম্নবা করিমত্তা থাক্লরোইদ্রাও ?

লৈবা— নুপীমচা লাইরিক লোইশিল্লু ইমানি চাক থোংলুসি, কৈথেল কুম্মকপা ঙাইঙমপোৎ নত্তে, লাই ব্রালহৌব থেংখ্রে হায়এ।

ইমাম— ইমানা চাক থোংলিডৈ নুপীমচা নং ইচেগী কোকসি ঙাইহাক নম্মমউ, হাইরপ চিকপগুম তৌই।

লৈম— বর লাই খুরম্বা ময়াম লাক্লগা ঙসিদি পোৎচম অতৈ কংলনু ফারমাসিদগী কোক চিকপা ফবা হিদাক এস্প্রোগুম্বা গুলি ওইনা কংলো নত্রগা ডাক্তর অহৈবা অমা পুরকউ হেক হায়খো ( লাইরিক পায়তুনা ইমুংদা চঙগে তৌবা )।

ইমাম— নুপীমচা নং চৈ চানি নচিল থীনুকো।

লৈম— চৈ, লীচৈ, উশোই ব্রাশোই হৈনবা ইচে হাবিয়ু, কিশমিশ লৈরক্লগা ঐশু হৈনৈ চামিল্লসি। অঙাংবু চৈনা য়ৈত্তুনা ব্রারকউ হায়বা আজকালগী করম্বা লাইরিক্তা য়াওবগে ? ঙাংনিংবা খুসীদা ঙাংজগে ইচেমাস্থু ঙাংবিয়ু।

ইমাম— ঙাংনিংবা ব্রা ঙাংইবনি হায়তুনা ব্যবহার লৈতবা নচীন থীবা ব্রা করিগী ঙাংইগে ?

লৈম— বর লাই খুরম্বা চংপা হিয়াংথাংদ, চৈরাঙচীং, ব্রাকুনী চীং কাবা চংনরিবসিদি ব্যবহার কায়দ্রগা, চংনৈ হায়রবদি ব্যবহার কায়ব্রাও ?

ইমাম— নচেনা কোক চিকই ঙাইহাক নম্মমউ হায়বদি য়াদ্রিবস্থু ব্যবহার কায়বা নাত্রাও ?

লৈম— কোক নম্বদি ননাই নবকুমার লাক্লগা নমহল্লু, ঐদি ঙসিদি লাইরেম্বীনা হানবা লুক হৌজক্কদৌরি।

ইমাম— মসি অঙাংসি য়ৈদ্রবদি লম য়াম্না হেনবা তারে ( হৌগৎপা )

লৈম— ইমাশি হিয়াংথাং লাইরেম্বীনা কামাক্ষ্যা দেবী ওইদৌরিবী ঐঙোন্দ য়ৈদৌরে, লাইরেম্বী অনী খংনাদ্রবৈদা থামজহৌ। "খৎনখ্রবদি আসামগা মণিপুরগা লাল হৌনহুনা তোক্লরনি।

লৈবা— ( থোরক্লুনা ) অঙাংগা মান্নহুনা খংনরিবু, করি কান্নরিগে লাইরিক ঔরাইবা শিংনবা ?

ইমাম— অহুম্না কেথোকহন্দুনা লম হেলহল্লবদি ইমুংসি সুহাবাহুনা ফেৎ ফেৎ লাওনিকো।

লৈম— ( থোংজিন্দ মমাই লৈথোরক্লুনা ) থেঙ্গনা হাদৌরিব্রা ঙা-কিহোম্না হাদৌরিব্রা ? ( ইমামচানা বোষ্ট অমনা থোংজিন্দ থাবা, মমাই লৈশিনখিবা, লৈমতোম্ন ঙাইহাক লৈবগা মমাই অমুক লৈথোরক্লুনা ) য়ুহা-হারগা কৈদৌদগে, নুপী-মচা অমা লৈরিবা অসিনা চাকঙা চাকঙা লাওহনমু ঙাই-দনা। ( হুং চংখিবা )

থম্বৌ— অহলগা নহাগা করিনো তৌরিসিবো ( মহৈ মচৈ ইকাইহুনা তোক্লবা, ইমামচানা চৌকি অমদা ফম্বা মমানা থম্বৌগী অমা থাবা )

লৈবা — মচিন মনাও থৎনবা থাম্নমইবা !

থম্বৌ— খুরাঙাংনা অসাই নুপীমচাগী লিক অমা শীরমই, অসি শিজিল্লু ইবেম্মা; খুরাঙাংসি সত্তা, নুংঙাইরি, অঙাংদৌনা য়াম্না ঙাওরিনে !

লৈবা— ইবুংঙো লুপাদি লৌথিদ্রা ?

থম্বৌ— য়েঃ, শেলদি লৌখিদবগুম্বনি ১০০ থক্তনি। শগোল লম-জেলদ ফনা থরাই য়াওরি, ইবেম্মানা জোকী ওইবিবনরা কৈনো !

ইমাম— মহাজন ফরবত্রুদদি শগোল থ়দে, মী থঙদে ইথৌ থৌদনা য়াংনা চেনখ্রে। ঐথোয় ইমাশি থোয়না থুর্জি চিংখত্তুনা থাম্বা ঙম্বপোং নত্তে পাবুংবু।

লৈবা— ইবুংঙো নং খুরাঙাংনা থাবা শগোলবু করম্বা রেস্তা করম্বা শগোন্দা থারিদনো—

ইমাম— কারু অচৌবদা থানি হায়বগুম তৌবনি।

থম্বৌ— ইবেম্মা, থংইনা ! কারু অচৌবদি অনীশুবা রেস্তা চেনবা নং ৮ অত্নু ওইরীনি। মত্নুদি জোকী থাদরমত্নুনা মকোক ওই, দিসকালীফাইদ ওইরে, অথাবা মী শেল মাংজরে হায়বগুম হাইরপ তারমই, মুন্না খঙপোং নত্তে লাক্লগা খঙবা হায়বত্নুনি। হৈ থরা য়াওরকই ময়াম চাসিবা ( রুমালদগী অঙ্গুর লৌথোক্তুনা টেবলদা থম্বা, মশিং থিত্নুনা য়েনগে তৌবা )

ইমাম— মসি হৈসিদি হকচাং য়াম্না ফবা জাৎনি অঙাংনা চাত্নুনা কান্নপোং নত্তে, ইমাস্থু মহাও থরা য়েংবিরলাও ( পাক পাক লৌত্নুনা চাবা )

লৈবা— কৈনো অঙাংস্থু থরা পীজোনে।

ইমাম— অঙাংনা চাবা হৈপোং নত্তেদা।

লৈম— ঐডোন্দসু হয়েং হৈরুক পিকথন্না কৎলবা কাল লাকপিনি, মী হায়সে তম্-ওমপোৎ নত্তে।

থম্বৌ— (মখুদাং লাক্লুনা চিংশিল্লগা) লাও চারো লাওনে।

লৈম বালড়ুকসিবু ঐসু চাবা য়াগদ্রাও (চাবা)।

ইমাম— করিসু ইকাইরুম্ন হাবিয়ু (অকবা অহাওবা মথৈ থন্দুনা মখুত্তা পাইরগা)

(খানীনা পুখ্রীদ তারুবগী ইচোং চোং কাবক কাবক শুমদোক্লগা থক থক নিক্লুনা নবকুমাব লিক্লাইনা চিং-খংপগী মখুং মথোং খরা খরা চোত্তুনা লাকমিন্নবা)

লৈবা— করিনো করিনো স্বর পুংকম য়েংদুনা চংখিবনা মঙ্গন্না য়াও-রুবদোনা ইচোং চোংলহুনা! নুপীমচা নং পাবুংগী কি হোংদোরুবা—

(ময়াম চংহুনা ইবাং লাংনা সেবা তৌবা, খুদৈ পীবা তৈ-থোরুবা, ফক থাবা চৌকি থাবা ইৎক ওরুবা, কৈদোরবগে হনবা, অবাকপা কাংবুনা ইতাক তাক্লবা, থানীলনা ফি হোন্দোকপা অচোংপমথৈ, থক থক নিক্লুনা নিংগম্না উংপা।)

ইমাম—(থাংগা নত্ৰগা কবল অমা মপাদ পীরগা) অরুম হৌরক তৌরুরনি নিংখিমা ইল্লগা ভাব তানা কমসি পাবুং।

লৈবা— কৈদোরগনে নবকুমাব ডাস তৌরকইবসিবো? খুং হুমহুনা মীগী ডা থোকপা পুখ্রীদ ডা ফাগে তৌরুরিব্রা? তুমিন তুমিন লৈনরিবসিবু হেলোইকা ভুংকা ওক্লরকপা জাংলাও?

লৈম— নত্রগা শগোল চেল্লকপদা পৃথীদা তাবা জাৎলা ? হৌজিক কালগী শগোলসিস্থু কাওগনখ্রবনি ।

ইমাম— অত্থু ওইরবস্থু লোন্দি থোকফৈনা করিনো ।

থম্বৌ— অডাং অপিকপদি য়েরুম চারগা মরোল্ল থোক্তে য়ৈশিল্লি হায়নৈ, হৌজিক কালগী হোটেলসিনা য়োন্দবা লৈত্রবসিদা চাং য়েংলুরবা জাৎলা ঐদি হোটেল চংবসি তঞ্জত্রে ।

লৈবা-- বম বম মহাদেব পূজা তৌবা হুমিং নোংমাইজিংস্থু নত্তে, থাংগনি ।

নব--- ( মকোক হোংলগা ) করিস্থু নত্তেদ, য়ুমদা স্থুম হল্লকপদা থোঙ্গাল ওন্নহনা লাইশ্রম কোম্থোওগী কবোকলৈ কৌবা পৃথী মপান্দ অমম্বদা উদহনা নাম্থবদগী পৃথীদ হুমাং শৌবস্থু ফনবা চোংথকবে ঐখোয় অনী চংহনা চিংথংপনি ।

( থানীল হৌগত্লনা গিদাকপু লৌরগা ডাম্থক য়াওদনা প্রোক পোক থকপা । ময়াম ওক্লা য়েংনবা, মহৈ মহৈ ইংকাই কোইনা ফমহনা চিন্থা তৌনবা য়াও, থরা থরা মখোল থোক্তনা নোরুবস্থু য়াওবা । )

লৈবা – প্রিন্সিপল অমগী মতৃংইয়া হুক্তিগী হুমিদাং য়ুমদা হল্লকপদা নোংমতা কোন্থোং ওন্নহনা পৃথীদা তাদে ওসিগীসিব !

ইমাম — করিনো ইমাশিনা ডাকইসবো নোংমফাদোক শোক্তবু শোকইহত্রা ? অহন্দি হায়রুস্থ অডাংদস্থু ঈশিংদা তাত

লিক্লাই — তাইবং মী অসিদি শোইনবা ডাওনি, শোইদবু ওস্থবদি দলিন্দা সহী তৌনগত্রাও, শোই চাবা, হুকান ফন্বা মুংনগত্রা ?

লৈম— শোইবসিস্থ মশোই মশোই লৈরিদা, ঐদি শুক কুইনা চাক চারকপসি নোংমতা নাকোংদ চাক ইন্দ্রি হায়ৰা।

ইমাম—ইবেম্মদি লুক হাৰদি হৈবি, নোংমদা অহুমসক ঐরাইবনিনা পাক পাক শোইরোই।

থম্বী— তোইনা তৌবা হৈনখ্রবা থবক্তি পাক পাক শোইগন্দে, শোইবা থোক্লযস্থ থীনা থক চোপতে, পুথ্রীদা তাগন্দে, শো ফাওবা হূরানবদি শাবদা শোইগন্দে।

লিক্লাই—ইতং তত্তনা তৌবা থবকসি ইহোং হোংদনা অস্থম তৌরদি হাকাম চন্দুনা ডুকান ফম্বগুম তল্লকইদা, মরক মরক্তা থবক হোংবা, শিল হোংবা; লাইবক য়েংবী; থৌনা ফবা থবকস্থ থর মতৌদ্রবদি পুন্সিসি অয়ুকস্থ হঙ্গাম মুমিদাংস্থ চাবদৌনা তৌরবদি মুংঙাইরক্কেদা; হিসাব য়াঙদনা ভেনচর থর তৌবা ফৈ।

লৈবা—হঙ্গাম ঙাক্তা চাহূনা লৈবস্থ হাওতে হায়হূনা নং খুড়া ইবুংঙোনা কৈথেন্দগী লৈরগা নবকুমারদা পীরকই হায়হূনা শরেং থগাই অমরোম শাংবা অমা থোংববু ফনা হাওইদ, ঙা হায়বসিস্থ ইচাশা চাথোক্তনা চাবদি।

লৈম— ইচেমা শরেং চারুবগী চিল মুংঙাইতে, নংগী মাখমগা কিশমিশকা তপথিবা অহু মাখম্দু চাক্ত চানবা থম্মবস্থ কিশমিশকাতু ময়াম থরা থরা চাসি য়েল্লুদনা, নংসি চাবা ওন্থোক্লা ফজখিদ্রে, লিকখ্রেদা।

ইমাম—থংনবা হৌবিরকইবসিবু ইবেম্মা নংগী কোকোলা লিক্লিকা খুজিকা শগোন্না নেংথাইখ্রে হায়ডুনা ঐডোন্দা শাওবিরকই-ব্রাও ? লাইবক য়েংডনা পোং থরা য়াম্না তপহৌগনি !

লিক — সত্যা ঙসিগী শগোল কারু নং ৮ না চেনথংলক্লুনা থোই-বড়ুদি ফ.দি ফজখ্রেদা শেলদি মাংনরবস্নু। অড়ুক ফজববু শেল মাংজশনু।

থম্বৌ— ফবুফজরবদি শেলদি মাংগে হায়বমখৈ মাংজসনু ডুনিয়া অসি ফজবা হায়বা পিন্সিপলতুগীদমক্তা নত্রাও ? সিনেমা থিয়েটর, কুস্মৈ য়েংনরিবা, য়ুম শানরিবা, পোং লৈনরিবা জুরার শানরিবা, লোন্না শো হুরান্নরিবা, মীশক থন্নরিবা ফজবগী নত্রাও. থেচি দ, ঙা পোংবদ, হরাই থোংবদা থাইঙং থাক্লবিবা, মাইদ হরাইট রাস কৌনরিবা, চিনবান ঙাংনরিবা ফজনবা নত্রাও ?

নব— শগোল তান্নবদা জোকী তাহৌরগা শেল পীদ্রিবসি ঙকইয়ে লমজেলসগী প্রিন্সিপল। থঙদ্রে ফজ ফজরবা জোকীনা শোইহনা ফজরবা শগোলন্দগী কোক য়ুংনা তানরবা মতম-সিদা, মী শগোলদা মশীং নাইদনা শেলবু ফজবগী প্রিন্সি-পলদা পংথা থানবসিগ্ন নুংশাথীদা।

থম্বৌ— চুমই ইবুংঙো শগোন্দ শেল থাদৌ শরুকতি শগোলগী শজিক ফান্নবা, শগোল ইরুজবিবা মতু তকপীবা, হন্না চাবকা পুথোকপীতুনা শৈশ ওইনা ওইনা লেম্না শোইদনা শেল তানবনস্নু ফৈ।

লিক— শৈশস অসিস্থ মতা চাত্রবদি শগোলব্ লোন্না থৈদোক্লগা মাংখ্রে হায়ত্নুা খোতুনা চৎথিবস্থ ময়াওই ; শৈস, জোকা, শগোলব্ কলেজা লৈতবা মীনা থাজবা ঙমপোং নত্তে। জোকী থাজরবনা তাত্নুা শোইরে, থাজবা লুবা শগোলনা শোইরক্তে, ঙসি লমজেলত্ ঙকচখ্রে।

লৈম — শগোল হৈবনা শগোলদগী ওস্থত্নুা পুত্রীদা তাবা মী হৈনবনা মমিদা চাওত্না অমুক্তং চৎপা হায়বত্নুদি শোইদবা জাৎনি।

থা— ঙসিসিব্ অঙাংশা ন্নুমিৎ য়ুংগদবা কয়া ব্লাৎলিবগে ? ( ময়াম্না ব্লানোকপা )

থম্বৌ — ( ময়াম্ব থাম্মগা ) খুরাঙাং পুং মাপল মথাইরোম তারে, নোংয়াই য়োগদবা পুং ২৷৷০ লোম ব্লাংলি। নোংয়াইস্থ ১২ ন্নুমিৎ য়ুংবস্থ ১২ দনি।

থা— ঐদি ঙসিদি দর্শন শাস্ত্রগী লুরবা ভাব অমা মন্না খল্লুত্নুা নথোয় ময়াম্না ঐবু ঙাওরবেইকা নিংলরিনিকো ?

ইমা— কনাস্থ নিংদে পাবং, প্রিন্সিপল অতোপ্পা অমা ওইবিনি থম্নে।

থা — নত্তে, ইপান হায়বদি নথোয়না ঐবু ঙাওরমাল্লে হায়না নিংথীত্রবস্থ ঐনা নিংখ্রমাল্লে হায়না নিংত্নুা ঙাওদবা শাবনা ঙাওবা হায়রপ মাল্লদবা।

থম্বৌ— বরিস্থ ঙাওবা মান্দেনা।

লিক— কনাস্থ ঙাওইহায়না থন্নদেদা।

লৈবা— পুখ্রীদা কোক থুমদনা খিক্তবু তাই, ইডাওবু ডাওদে হায়-রিবনিনে ঐখোয়দে। নত্তে, প্রিন্সিপল মত্তা মতাননি হায়বা।

ইমা— পাবুংদি করিনো রাখলবু য়াম্না তৌবা জ্ঞান য়াম্না তাবা মাল্লিনা।

লৈম— নখোয় ময়াম্না অতুম তৌহনা পাবুংবু অডাওবা শেমদো-রিব্রাও? ( মনাক্তা ফম্বা ) ডাওস্তু ডাওবীরোইদবদা।

থা— পাবুং কৈশু ডাওদে ইচাসিদি সিনা নাকোংনি, সিনা কোক্নি, অসিনা নাতোন্নি নত্রাও?

লৈম— মানি পাবুং নাতোন্নি।

থা— মাসিবু মাতোন্নি হায়বা খডভিবা ঐবু অডাওবনি খল্লবদি খল্লিবশিংছুবু অডাওবনি হায়নখিবস্তুডাই। অতুদা মীনা চাওবগীদমক্তা ঐনা লাংতক্লিরিবসিবু করিগীনি হায়বগে? লৈবাক্তা ঐবু ডাওরে হায়না খল্লিদরা হায়না খল্লিবসিবু ঐবু খল্লিবা হায়বতুবা—নখোয়স্তু অস্তুম হায়না খনব্রাও?

লৈবা— ঐখোয়স্তু খন্দি খল্লি হায়ববু পুখ্রীদা তাজগে হায়তুনদি খঞ্জদে, প্রিন্সিপল মান্নদবনিনা।

থা— চুমই ডসিগী লমডেল নংনা থোইরে, ঐ পোরে পুখ্রীদা তারুরে। নোংমা পুখ্রীদা তানি, নোংমা কংফালগা লৈনি, পুন্সি হায়বসি অসিনি, থবক তৌবা তাই, লাইবক য়েংব তাই। শোইবা কিবা লাইবক য়েংনিংদবা মীশিংদো মানা মানা লাইবক য়েংনিংবা মফম-মতমতু লাক্লগা য়েংগ-

দবগী তুংথৎলিবনি তাশিল্লিবনি। থবক তৌদ্রবদি মং খঙদে অচৌবা খঙদে, লাইবক য়েংদ্রবদি হিংবগী অং করিনো ? নং জোকী অমা ওইবা য়াই ঐস্থু জোকী অম ওইবা য়াই (মচাশিংদ) নং শগোল ওইবা য়াই নংস্থু শগোল মচা ওইবা য়াই। ইবুঙো অনীসি শগোলদা শেল থোইনবা থাবা য়াই। শোইদনা ঙসি নমাশিংগুম কং-ফালদা লৈবা য়াই। শেলদি নহানি থাবা তাই, থাবা তাই! কনানা শেল তানবদা ঙাওরি কনানা লমজেলদা ঙাওরি, কনানা মী খঙনিংই, মীবু তম্বীনিংই। মী খঙনবা চাং য়েংবগী ফিস লুপা কয়া মাঙখ্রে হনবিয়ুরা হনবীগে ? I am sorry পুথ্রীদা তাবদা ফুরিৎথাও নাকলদা হাপ্পা রুমালনা কিবা শেল খরা তাহোরেদো ! নথোয় অমুক্তা য়েংউ (ইমামচা নত্তনা ময়াম থাংমৈ পায়দুনা থিবা চৎথিব) য়েংউ কয়াদা পঙখ্রবা মীশিংনো ! রাখল ইতো তৌদনা মখোয়না ঙাওরে খল্লিবা ঐনা হায়বা থাজদুনা ঙাওখ্রিবসে উব্রা ? য়েংউ ঙুপীমচা ! নঙ শগোল রেসকী ফজরবী শগোল অমনি। নংবু থৌখিবা জোকীন নমা ১ ঐ ১। নমানা থৌবদা থাবিবা জুরারীনা লিক্লাই, মথন্তা পোকপা ইনাকখুনবা মপাগী শো ফক্কুনা জুরার শান্নবিবা। ঐনা থৌবদা থাবিবনা থম্বৌ তুকান্দার, মশানা শেমজবা নিপা অমা ফনা চাওনা কারবার তৌজরে। কনানা লমজেল থোইদোরি ইশ্বর অমা খঙই নঙ অমা খঙইনি জোকী অনীমক থাদরমদুনা নথন্তা চেনথৎলক্কুনা ঙসিগী রেসকুম

নঙনা জোকী য়াওদনা মকোক ওইরুবা য়াই। নচ লৈশাবী মচা নত্রে বি, এ, পরীক্ষার্থীনি ফজনা লমজেল চেল্লু, লেম্না শাম্নো নুপীমচা। ( ময়াম হল্লকই )

লৈম— তাস্নু তারমদে পাবুং !

থা— তারম্মোই ইবেম্মা তারমফম থোক্তে। ফুরিংখাও নাকলদা রুমালনা কিম্নুনা লুম্না হাপ্পা শেল অসিনা ( পুথোকপা ) করম্না পুথ্রীদা তাহৌনি ঐগীকোক চোৎপ্রাও ?

লৈম— চোংতে পাবুং।

থা— ঐনা কোক য়ুংনা মথক মথা ওন্না পুথ্রীদা তাদ্রবদি করম্না মসি তাহৌগনি, নত্তো য়েংগে তৌবনি। ডাওগন্নু ; অডাও-বনি অপঙবনি খনবা মীনা হায়বা রা, ডাওদবা অশিংবা নখোয়না রাখল তৌদনা করিগী থবক্তা পাক পাইথৎলী ? কয়া লুবা থবক্রো ? থবক তৌবা তাই, তৌদ্রিবৈদা মতিকচানা খনবা তাই, পঙথা থাজবা চুমদে, থেংখ্রে ইবুঙো অনী থীন্দোক্কে।

( অহুম চংমিন্নখিবদা ) অপাম্বা মফমদদি জুরার শাম্নবা তাই, শেল থাবা তাই, মাংবকিব্রাও ?

লিক— কিজদে পাথংনি।

থা— করিগী কিরুদগে ? নিপা মচানি। য়েস, মহুনি নহা হায়দুদি !

ইমামচা—( লাওনা ) পাবুং Shoe store দগী খোংচুপ হায়বদো !

থা— নহাগী পুন্সি হায়বু অহুনি। লেম্না লান্দা চংগনি, পুথ্রীদা তাসন্নু কংফালদা কাসন্নু।

( ৱারী শাতুনা চৎখিৱা তারম্বদগী )

লৈবা— ( মুপাশাতুনা ) য়েস, হীয়ার মী ; নখোয়না হয়েং নয়ুম পান্দুনা নিপাবু ৱারক্কে খুতুম চনগে, হয়িং ফাৰগুম ফাগে, খুদোম্বীদা লৈদুনা পুগে হায়রবদি নিপাবু মশক খঙউ। নিপাবু ডাওরবস্তু পঙলবসু শিংই হাইয়ু, লেকচর তৌহল্লু কিশন্নৌ, শো শিন্নৌ । মানা তৌরিবমখৈ অফবনি অশিংবনি হাইয়ু, ইমুং মরা ত্তপকনি, খংনরোই সতী মানগনি খঙলদ্রাও ?

লৈম— ওঝাবু ননাই ঐ ভাব তাজরে।

লৈবা— নহাক্তি ?

ইমা— ওঝাবু ননাই ঐদি নিপাদা উরীগুম য়েত্তুনা উতাংবীগুম তাংদুনা চীরোল তৌদুনা, চীনবান্দা খোইহি তৈদুনা সতী মানবী শাজরোই।

নিপানা মুপীদা নপ্পা চীরোল তৌরবা, য়াইথিংদে। মুপী ঐনা নিপাগী থৌগল তৌবা, মখোঙ নোইবা, লুখাক চাবা মীনাই শাবা ননাই ঐ পামজদে ওঝাবু।

লৈম— আই সিং হীয়াংথাং লাইরেম্বী !

( হায়রম্মা চেনখিবা, ইমামচান তান্নখিবা )

লৈবা— নচিন্ননাও চিক্করগেরাও অফাওবী অনী ( তান্নখিবা )

---

## অনীশুবা মতাং

# অহানবা উৎপা

### স্নমজাও মাঙ্গোলদা, অয়ুক পুং ৮ তাবদা নাকথরোমদা মেজ, চৌকি থারি।

থোংজিন মপান্দা লৈমতোন্না ইশৈ শক্কদবগী হাবমনিদমক্ স্নুর শেম্মী ; ফমেন্দা নবকুমারনা ফাল অমগী মথক্তা চে থমদুনা পেন্সিলনা লাই য়েক্কদবগী ভাইদুনা শেম শাদুনা লৈবি।

নবকুমার—(পেন্সিল পায়দুনা) রেদী, ৱান, টু, থ্রী।

লৈম – ওয়েট এ মিনিট, ঐনা শক্কদোরিবা ইশৈগী ৱারী অসিগী মতম অমম্তুং মফম খঙলব্রা ?

নব— (খুংলোন্নদুনা) খঙজদ্রি।

লৈবা – খঙউ কালেন থাগী নুংশানা শারবা অয়ুক নুমিৎ যংলম-দাইদা মৈ হৌরবা কোইলাস থাবা লম্বী মথক্তনি ভাব তাও। লানবা য়াৱোই। এস রেদী—(হারমনিয়ম থোংবা) (ইমামচানা বাঙ্গালী নুপী শারদুনা কেনা থোরকপা)

ইমা— নবকুমার কৈগেন্দা চংলুসি নক্পী হোংদোকউ।

লৈম— নো মেন ! পরীক্ষা লোরি। অকেলিজাইয়ে।

ইমা— মসি অঙাংসে য়ৈনিংলেদা সত্তা।

লৈম— য়েস, হৌজিক্তি য়ৈনিংলনি। মতম অমদদি ঐবু অঙাংনি হায়দুনা ইমুং অসিদা লৈবা মী পুন্নমক্তা নুনা তৌরম্মী, ঐনা

হায়বা খুদিংদা গীগী তারম্মী, হুজিক্তি নিপামচা লাইয়েকপা আর্টিষ্ট অসি লৈত্তেদগী ঐগী সিংহাসন্দু মাগা মুন্নরে। ইবানি নিংথৌখুভমগীদমক পরীক্ষা তৌনরি ঐনা শক্পা ইশৈ মানা য়েকপা, মানা য়েকপা লাই ঐনা ইশৈদা শকপা। অদোম্মা বিচার পত্তি অমুক্তা ওইরিয়্, সীট-দাউন প্লীজ। ( ইমামচা ফম্বা )

লৈম— ( হারমনিয়ম মচেদা খোংহনবা ) মফী শেম্বা, কেবা

**ইশৈ**

( মতৌ তমত্তুনা শকপ )

তোল্লীদা পঙলবা লোলা!
তল্লীদা কসম আল্লা !
পুহল্লে পোংলুম মথক্তা,
থাংজরে ময়াং কোন্দুনা।
তোংখংলে মশাকসু বোবোবী,
নুংশি হৈতবী লৈনম্বী।
থাম্বীরে অউবা শানোনা,
কাওতুম কাওরকই লোলানা।

য়েকপা লোইরবরা য়েঙ্গে নিপামচা ( মনাক্তা চংবা )

ইমা— ঙসিগী ইশৈসি ওস্তোক্না মুংঙাইখ্রে মনাদি খুপাক্না থাবা তারে ! ( তান্নতুনা ফুগে তৌবা )

লৈম— ( কোইচেন চেন্দুনা ) থাম্মুনে ভাই নংঙু ! ইচেগী মিচ শাঙ ? ( থাম্বা ঙমদবা )

(লৈবাকলৈনা কোষ্ঠী অনীপাই, লিক্লাইন্না খোংউপ উপু মখুৎ ২নিনা য়োমতুনা ৭।৮ পুরকপা।

লৈবা— নচিন মনাও থৎনবসি থংনৈদা। হৈ মচা অমগীম্তু লৈ মচা অমগীম্তু থংনৈ নিংথীনা য়েন্নবা ময়াদ্রবো নুপীমচা ?

( থংনবা তোকপা লিক্লাই খোংউপ থম্মগা চৌকিদা ফম্বা চুরূপ ১ থকপা )

ইমা— করিগী খোংউপ ময়ামনো রানা পুবিরক্লেদা।

লিক— রাবশিম্ন নুংঙাইবা মরা-জাং লৈরি। নহাল খোংউপ হায়তুনা শোন খিগুম তৌবত্নদা— ( উথদা ইমামচাগী তেংবাংবা )

ইমা ( চৌকীদা ফমতুনা খোংউপ থনবা লৈমতোনস্তু লোথোক লোথোক্লুনা আপাম্বা অচাবা খনবা )

লৈম— ইমা নংস্তু অপাম্বা থঞ্জহোনে, হায় নুপামচা নংস্তু অপাম্বা অমা খঞ্জহোরো।

ইমা— নবকুমার চা হাওত্রবা নানত্রবা ফক্তত্রবা অমত্তা লৌরুচো থুরকউ।

মসিমদি চাবা তাইয়ে। ( নবকুমার চংখিবা )

লৈম— ঐদি মসি কোমলপ তৌরবস্তু খরা লৈরগা চাগনি মসি লৌজরনি। ইমা নংগীস্তু অপাম্বা থলহোরো।

লৈবা— ঐগী লৈরকপদি নত্তনা মসি অঙাংসিদি ইকাইজৈদা। কুষ্ঠী য়েংউব্র পাজিনা ওন্থোক্লা পক্লে হায়রকই।

লিক— ইমাশিগীস্তু অচাবা অমা খনবীহোরো।

( লৈবাকলৈ অমদি লৈমত্তোম্না অচাবা অপাম্বা অমমম খল্লগা ইমুংদা প্লশিনখিবা )

ইমা— খোংউপ অস্লক য়াম্না শেল তিংত্নুনা লৈবীরকইবসিবু পাম্মুবা খংবীব্রবা জাংলা ? য়ুমদা তারগা করি হায়রমগদগে ?

লিক— মীনা পাম্মুবা খংনবীবা লিক্লরিবসি মক্ষম অমদা মতাং অমদা পাম্মুজরোই মাংহনজগে হায়বগীনি। মচানা অস্লুম্না কলেজা তৌবা ডম্লবা ঐখোয় পাবুংনা শেল লিক্লা শিজিন্ন-ত্নুনা য়ানা তানজরিবনি।

ইমা— য়ুমদা শাওনরোইদ্রাও ?

লিক— য়ুম শাওহনবীগে শাওহনবীরোই অদোমগী খুসীদা লৈখ্রে।

ইমা— ঐগীদি শাওবীদ্ম হায়রিবনি।

( নবকুমার চা কপ ২ পুরকপা )

লিক— ইবুঙো খোংউপ অতৈসি পুশীনখো ঘড়ী ঘড়ীগী লৈবা য়াদনবা ( পুখিবা )

বি, এ, পরীক্ষা লোইখিরবরা ?

ইমা— লোইজরে।

লিক— অতুদি য়াই শংবীরেদনা, পাশ ওইরক্লনিদনা।

ইমা— পাশতি ওইরকপা য়াই, য়াইদি পঙশংশংজদ্রি।

লিক— করিগী ? করি অমুক অচিনম্বা ?

ইমা— এম, এ, বি. এল, তমশিরা ? ইলেক্সনদা লেপখিদ্রা খঙদ্রে ? নুপী ময়াম্না ঐবু লেপ্তুবা য়াদে হায়ত্নুনা কন্না তকই।

লক— লেপ্প থোক্লবদি ময়াম্না য়াবনিনা কাবদি শোইদেদা।

মা— অতুদা কন্না চেনবিনবা নোম্বীনবা য়াঙ্ক্রবদি য়াদ্রিবা অতুগা শেলস্তু লুপা লিশিং ৩।৪ দি চংলদোরিবা।

লক— (শেল তাবদা ৱাখল তৌবা)

মা— শেলবুদি পুথোকপিগে হায়বা মী য়াম্না লৈদ থবক নোম্বীনবা নহা ৱা ঙাংবা লেকচর তৌবা হৈবা মী খৱা চংইয়ে।

লক— ৱা ঙাংবা নোম্বদি ঐখোয়স্তু ওখাক মঙমজনি। শেল পুথোক্কে হায়ববু কনানিনা?

মা— পাবুংদ মহাজনকা ওইবা থম্বৌ হায়বা তুকান্দারতুনি।

লক— মীনা পুথোকপা ঙম্মবদি ঐখোয়স্তু পুথোকপা ঙম্মিদা। মহাক্না পাইরিবা শেল খৱা অতুদি লিক্লা লিক্লা মতেক পাইদগী শাগৎপনি। ঐখোয় পাবুংনা উগী ৎকাদগী নোং অহনবা ময়োম ময়োম উপুদা থম্মিবসি শো অমা থোক শারগা লোইরে। ঐবু মীনা লাকচবদি পাবুংদি মচেৎ অমা য়াদবা জাৎনি।

মা— হোরেলদি ইম্ফাল থিয়েটরদ মোইরাং থোইবী শান্ননি হায়না তারি য়েংবিনিংদ্রাঙ ?

লক— য়েংউসিনে পুং কয়াদ হৌরকউ হায়বগে? অদোয়া লৈবাক্কী থবক্কি, মিতিং চৎলিবনি হায়তুনা থবক্তা পঙচিন্দ চিনবা উবতুদা ঐখোয়দি কুশ্মৈ য়েংসি হায়তুনা হোদোবা ইকাইতুনা লৈজরিবনে।

ইমা— মথোয়গীদু পুং ৭ তা হৌদোবা লীলানি। ঐথোয়সিদগী পুং ৬।। চপ চানা তাবা কান্দা চৎপনা ফবা তাই।

লিক— অদুদি ঐ হোরেল হৌজরক্কে।

ইমা— ৬।। চপ চানা তাবদা।

লিক— ৬।।

ইমা— অহোয়!

লিক— অদুদি ঐ চৎচরগে।

ইমা— নমস্তে ( খুৎ লোন্নবা )

লিক— নমস্তে ( খুৎ লোন্নরগা ) চৎথিবা।

( লিক্লাইনা হন্না য়েংবা, ইচামচানা কেনা মিংনা ওকপা )

নবকু— ( থোংদা লোন্না য়েংলম্বদগী ) মিস্তুদ খুদি থিদুনা মী য়াম্না তুনরেকো ধর্ম্ম য়েংউ।

ইমা— নং কল্লকপ্রাও? মসি ধর্ম্মনি, পূবা নত্তে, ব্রাইবা নত্তে; ঐগী মিং অসিদা কৎচরবনে ( কেনা ) শঙবিবব্রাও?

নব— কুম্মৈসি মতা চাদ্রবদি তেংপাক চাইকো, মীসি মথরাং চাক্লবদি মৈ থাগে......। ( থানীন কোষ্ঠী ২ পাইদুনা থম্বৌনা খোংউপ জুরা ৪.৫ য়েপ্তুনা পূরকপা উবদা মথোয় অনী তুমিন তুমিন )

থানী— মৈ থাগৎপা হায়ববু ইন্তিগী মৈরাও? মুক্তিগী ফিরোল তক্তুবদি য়াদ্রব্রাও। কোষ্ঠী অনীসি থমজিল্লু য়াম্না পক্কত্রে হায়রক্কে। চা কপ অনি পুরকউ নিপামচা,—ইবুংঙো লেংশিল্লু ( ফম্নবা।)

ইমা— ( ফিদা থারগা ) ওনবোক্লা ৱানা খোংউপ ময়ামসি পুবি-
রকলেদা। খোংউপকী কারবার অমুক তৌবিরব্রাও?
দাকঘরদগী পার্শেল হন্দোকপিক্লরিব্রাও?

থম্বৌ— Imphal shoe store দগী লৈরকইবনি।

ইমা— পাবুংনা লৈয়ু হায়দুনা লৈরকইব্রা?

থম্বৌ— নত্তে নত্তে, কদাইদগী। ঐনা লৈদুনা পুরক্লবা মতুংদা
খোঙ্গান্দ পাবুংগা উন্নবনি।

থানী— নুপীমচা! পাবুং পঙচোপ চোক্লা নুপা নত্তেদা। অদুদৈ
নমাশিনা লৈশারিদৈদ পাবুংনা খাইরম্বন দুকান্দগী হোম্বা
কিয়ামদুদি দুকান পূন্নমককি ফি য়োন্ননিংঙাই লৈতদুনা
বন্দ তৌবনিদনা। কান্নদে নথোয়না ঙহৌদ্রবনিনা হায়দুনা
থাজরোই হায়বা।

থম্বৌ— অপাম্বা অচাবা য়েংবিয়ুনে ( ইমামচাদ )

ইমা— অমত্তা লৈরক্কেদি হায়দনা সুক য়াম্বাসি পুবদসু লুম্মে
ফুরিৎখাওদনা ইরাং য়াংলনি করি কান্নগদগে?

থম্বৌ— করিনো পোৎপু লেম্ব হৌনব্রাও, অতৈ অঙাংশিংসু লৈরি।

থানী— লেন্নি হায়দুনা মুংশা থীরগা হায় অঙাংশা কনা কনা লৈ
খোংউপ অরেম্বশিংসি ৱাই চাইথাইদনবা শিংচিল্লরাওদনা।
( মমা মচা খোংউপ থল্লবা )
( নবকুমারনা চা গ্লাস অনী পুরক্লুনা থানীলদা অমা অমসুং
থম্বৌদ অমা পীরবা )

থানী— নংগীসু খোংউপ অমতং খঞ্জহৌদনা!

নব — ঐগীদি লৈজরে অমা—পাবুং; অসাই তাদ লিক্লাইনা অমা পীবিরে। (থম্বৌ ডকপা)

লৈম — অসাইগীদুনা হেল্লী ফজবা জাং মথল ২ শুবা।

থানী — অসাই লিক্লাইনা খোংউপ জুরা কয়া জাং কয়া পুরক্লদুনা।

লৈবা — মশিংবু থীবা ডমহৌদে য়ামখ্রে, ফজখ্রবা ডাক্তনি সিদগী য়াম্না হেল্লি।

থম্বৌ — অচুমরনে ডৌবস্মা?

ইমা — অসাইগীদুনা খোংউপ মগুং ফজবা খিত্তনি হেননা, মশিং য়াম্না হেনপোং নত্রে জুবা অমা অনীদা ওইরিনিদা।

থম্বৌ — (শাওরপ তৌনা খোংগও না) নবকুমার ইবুংগো ৱা হায়গে … (কলম অমা লৌখোক্লুনা চে মচেং অমদা ইবা লোইবগা) খ্বাইরক্পদ Imphal shoe store দা চংলু, ওইনা তোংবা য়াবা খোংউপ, হেক অনৈন মখৈ পুরকউ, রিঞ্জা মতিক চানা রাইবা ফংদ্রগা লোড়ী অমদা হাপ্পকউ হায়য়ু। ঐগী শ্লিপ অসি পীরম্মু।

থানী — করিনো ইবুংগো কৈকান্দগে ডুকান ইনাকপুন্নবা খোংউপ্প, কৈদা খিনবস্থ য়াপোং ওওপা—

থম্বৌ — খুড়াডাং এসিদি ননাচ ঐ, নাপিরঞ্জ পুক্লিং য়াম্না নুংশিখ্রে। চেম্ম ইবুংগো, আদা লৈপিবা হম্বর অশংবাদু ইয়াম্বগীনি হোংলো। (নবকুমার চংখিবা)

ইমা — অরেম্বদা শাওগংপীদৌ শরুক চাদুম ফাল্লুবা, হোরেলদি লোইবা থোইবী পুং ৭ ডাবদা ইম্ফাল থীয়েটরদ উংকনি হায়না তারিয়ে। ম্বেংবিরোইদ্রা?

থম্বো— ইথন্দদি তল্লি, ইবেম্মাথোয় পরীক্ষা লোইরগদি ভাইহাক য়েংউসি হায়রবস্থু বেরা লৈতে।

থানী— খোংউপশিংছু লোইশিল্ল অভাংশা ইচাই চাইথংইরতুনা মীগী মমাংদা ফজদে। ( মমা মচানা লোইশিনবা )

লৈম— খোংউপ থমফম্বু লৈত্রে কদাইদনো থমদোবা।

লৈবা— ভাকবাক থডদে চন্দোলউ থডদে জাগা লৈবা থরা হাংবদা কিং কিং হেক্কা নমতুমা থম্মু।

থানী— চন্দোল উ দ দৌবি মহু ত্তা নমাগী শেঙ্গাওদা মানা পাম-জবদো হেক থম্বিয়ু! খোংউপকী কারবার হোৎনরিউদ ঐগোয়দি চাক চাদ্রেদনা ( ৩ মক চংখিব )

থম্বো— পরীক্ষা লোইবসিদি রাই ইশং শংলতুনা মুংভাইথ্রবনিদা সতা, ময়াম রা রা পীকনিকচংপা লম কোইবা লোক্লাক্লা সিনদী য়েংবা।

ইমাম— ঐদি থবকপু ইশং শংগে হায়বা য়ারোইদৌরিয়ে মণিপুর মহিল্লা মরুপ্পা কুমসিদি ঐবু ইলেক্সন্দা লেপ্প্ মম্বী থউদবা য়াদে হাত্নুনা কন্না তকই. ঐনদি এম, এ, বিএল ওম্বা চংনিংই ওন্থোক্লা লুথ্রে শেলদ ইতিক চানা লৈজদে। ইলেক্সন লেপ্পসিস্থু মী বা ভাংবা হৈবা, য়াম্না মীচং কন্দ্রবদি ফনা লুরি।

থম্বো— কনিনো, ইবেম্মাগী, শেল, মী করিগী য়াংলুদগে! ইমাশি লৈরি, লিক্লাই লৈবি।

ইমাম—লিক্লাই হায়বতুস্থু জগোং চাবা মুপামচা নাত্তেদা মরম্নাই তান্দুনা খুসীদা পায়বা শেল নত্তে। মপাদগী ছুরানবা

ফংবা কান্দ ইনাক খুনবা, তুরানবা ফংদবা কান্দা চা থক্কব পৈশা মরি ফাওবা পায়দবা জাৎনি। থঙদে অত্তুবু মানদি শেলস্থু পাংনি, মীস্থু পাংনি হায়রম্মী।

থম্বৌ— লাইরিক তমথবা এম, এ, বিএলগী চংপদা ওইরে ইলেক্সন লেপ্পদা ওইরে ; মানা পাংবা শেলতুগী শরুক অনি, মীশিং-গীস্থু শরুক অনী ঐনা পাংজগনি।

নব— ( নুংশা মপী হোন্দুনা চেল্লকপা ) তাইবুংগো ওন্থোকপা থবক অমা তৌরেদা।

থম্বৌ - কৈদোরে পীরক্কুবা ?

নব— পীরক্কুবা নত্তে, Imphal shoe store দা লৈরিবা খোং-ঙুপ নুপীনা তোংবা য়াবা মখৈ লোইনা পুরগে হায়তুনা য়োম্বা হৌরবা কান্দ তামো লিক্লাইত্থু লাক্লতুনা মগোয় মেনেজরগা ইঙ্গিং তৌনরগা মথাক্লা শেল লোইনা থীরে অমত্তা য়োল্লম্লাই হেক্তা হায়। ঐগা মেনেজরগা তপ্তা-বমখৈ খংনরগা লাকইবনি।

থম্বৌ— শেরা মাগী লেংনা !—ইবুংগো নং ৱাবা য়াদে শিংজমৈদা branch লৈবতুদা অমুক্তা চেল্লুনে।

নব— ঐদি ৱাবগী থবক লৈজদে মতুগী তুকান্দু ফমখিদ্রমাল্লে।

থম্বৌ— অত্তুদি ডিমাপুর য়োবা তারেদনা।

ইমাম—করি কান্নগদগে অরেম্বদা খংনবিত্তনা হৌজিকপু ডিমাপুর লেংলবদি হোরেল থীয়েটর য়েংউসি হায়দুদি তোকপা তারেদো।

থম্বৌ— অহুদি কোন্না চেন্নবা হায়তুনি কানপুরদগীরা কলিকাটাদগীরা লীলাবু পুং ৭ তা হৌনি হায়ব্রা পুং কয়াদা সিদা লাকউ হায়বগে চপ চাবা ; ডসি মিটিংকা চংকদবা লৈত্রাও ?

ইমাম—পুং ৬।। চপ চানা তাবা মতমদা শংজনি, মহুগী মমাংদা মিটিং লোইরগনি।

থম্বৌ— অহুদি ঐ শেল থুম থরা থৌজিনগদবা লৈ। অমুক্তা চং-চরুশিগে । নমস্তে ।

ইমাম----( চৌগত্রনা ) নমস্তে ! ( রাখল তৌহনা লৈব ) রারেম থৌরেমদা লৈনাক্নী অরবা থবক শোইহনা তোঞ্জরনি। ( চংশিবা )

( থানীল ভিদাকপদ ভিদাক থক্তনা থোবকপা লৈবাকলৈনা মতুংদা চংহনা ইন্নরকপা মপান্দ ফম্বা )

লৈবা — রাগি সাগি ফাগিনগী অাঃ থৌশিন্নশিহুনা মী চোপ্পগদৌবি শিনগদৌবি। ঐদি ইকাইজখুদা মীগী মমাংদা ।

থানা— মী চোম্ভঙলোই শিনঃল্লোই নশাস্থ ইকাইবা য়াগুরোই হারনবদি থবক অহুদগী নখুৎশোংনা হামদোক্তুনা লেম্না পোথাক্তনা লৈবিয়ু ; থৌরি চিংনবা য়াগুবিরক্ত, শগোল থোবা জোকী গুর্থবিরকু।

লৈবা— খৌরিসি মতোন পায়জুনা চিংনরিউ ডম্নদ্রিউ লেদো। অমরোমদা ঐনা পায়রি।। মতোন অসি পানা যাদোকপা, মগী পানা পায়বিবি।। মতোম অহুনা নিংথিনা চিংহুনা থোইরবদি কৈ, অহুদি নত্তনা খংবা থাদোকপদা লোংখাক লোংনা তুনবদি দিসন্ধালিফাইদ ওইনা তোকপাম্নু য়াই।

থানী— মংনা লিক্লাইগী কোষ্ঠী পুতনা য়েংউবত্তুব পক্কে হায়রকপ্রাও ?

লৈবা— মাগী পাবুংনা থম্বোগী পুতনা চংলুবা অতুদগী হেন্না পক্কে হায়র কই ।

থানী— করম হায়না পক্কবিবা ঐগীদি তাদ্রিবৈনা—

লৈবা— ভান্নুগ খোংবানগা, লৈরাংগ খোইম্নুগ থোক্কৈ ওন্থোক্লা পক্কখ্রে মথক লৈত্রে হায়বা ।

থানী— ইচানা করি ওইবা নং লিক্লাইদ্না করি ওইবা ।

লৈবা— নচান্নুপীনা ভান্নু, লিক্লাইনা খোংবান, নচান্নুপীনা লৈরাং লিক্লাইনা খোইম্নুনিদনা ।

থানী— অতুমক হায়রকপ্রাও, শোইদ্রব্রাও ?

লৈবা— শোইদ্রে পক্কে, তাৎতৌনবা য়াপোৎলাও ?

থানী— অত্তুদি লিক্লাইদ নচান্নুপী গাজবা য়াদ্রে ।

লৈবা— কনন্না ?

থানী— খোংবান লিক্লাইনা ইশিং থরা লৈরিবৈ মপাদগী শেল থরা ফংলিবৈ নচা নুপাইরনী, খোংবান মচাত্না ইন্থমথাদা থ্রুক থ্রুক কংলবদা ইচাদি লৈকংদা কংবা তারে । হায়দোকখো কান্নদে । নচানা লৈবাং লিক্লাইনা খোইম । নচানা চহি থরা য়াম্মুক্তুনা মপোক থরা কাপ্পক মনা থরা থুইরক ময়া তেকশল্লক নং খোইমত মবুকচেল খোইশাত্না খোইথি-বোইদ্রাও ? পক্কদবা হায়ত্তুদা থেংখ্রে ইবেম্মা পরপ পরপ হায়দোকখো ।

লৈবা— মাগী পাবুংনা পক্কে হায়রিবা মপক্কা অত্তুদি করম তৌবা মপক্কা জাৎনো ?

থানী— য়াম্না পক্কবা জাংনি নংনা য়েংথোংপা ওস্মোই
লৈবা— অতুবু অমুক্তদি তাশিদনা ?
থানী— নচান্নুপীনা হৌদোং, য়ুমলৈমা নয়া থম্বোনা গৌ গৌ। ওস্মগা য়েংলুদনা ?
লৈবা— মীনা মতোইনা ওাওরবদি হিদাক লৈতবা ৱা ওইরে। হৌদোংগা তুইগম্বু করমগায়না পক্কগদৌরিবনো ? উনবা য়াদবমথৈ কান্নরিবা থোংনরিবতুবু পক্কবা হায়তুরাও ?
থানী— হৌদোং লৈরে হায়তুনা তুই অমত্তা য়ুম থাদোক্কুনা চেনশিবরা ? তুই লৈরে হায়তুনা হৌদোং অমত্তা য়ুমদা লৈয়্ য়াদবরাও ?
লৈম— চান্ননা লৈয়্ য়াব্রনে ?
থানী— নুপীগা নুপাগা চান্ননা থবক ইংখাং শুবা-চংপা তনবা মথৌ, অমবু অমনা ওহাক উদনা লৈবা ওমত্রবদবু য়ুম অতু মীওইনা পানবা য়ানখিদ্রাও ? ফজথ্রবা নুপীতু ফজথ্রবা নিপা অমগা ফজাগী রস চুপইবা প্লুন্সিনি হায়তুনা লৈবাং থোইমুদা মীওইবগী থবক অতৈ শূদবমথৈ লেমিন্নহলু… উম…তুইখি ব্রান্দিগী বস হৈনজৈ পামজৈ হায়ভনা মতম লৈবা খিবিক্কা বস পৌবোম থৌবোম থন্না ঈমত্তুনা লৈবিয়ু হায়বা। তুইগী মনাক্তা হৌদোংমা চংবা তনবগুম হৌদোংনা উচি ফাবনচিংবা মথৌ তৌবা অমনা অমগী মথক্তা য়েথাইদবা। চান্ননা নুংশিনদ্রবা হায়রবস্তু অনিমক য়ুমগী ফনবা তাইবং পানগী মঙ্গোল ওইনবা থবক শুবা মসিনি য়ুম পামবগী অর্থ।

লৈবা— চোংলম চাদবা তানিংদবা রানিদা। থম্মোই হায়বা ঙুকান মচা তেক তেক ফমবতুদা ইচা থাজগদ্রাও?

থানী— মপাঙ্গল মরোশিংনা মীগী মপান তাংদবতুদা থাজদ্রবদি নংগী, মপাগী শেলনা ফুটানী তৌবা মশাগী মরল পাই অমত্তা লৈতবতুদা ইচা থাজগদ্রোও?

লৈবা— মপাগী মরল তংখাই অমা তুন্না কিস হুন্নবা কান্দা জ্ঞান তারকপদি যাদ্রবা? মতুদা থম্মোইনা হেনগদ্রা? অরেম্বা তংখাইতুনা কারবার তৌববদি থম্মোইগী ঙুকান্না হেনগদ্রোও? জ্ঞান তাবগিবু নিপা অনম্বা চিকাবোও? মী অতৈদি অপুম অপুম শিংলকপা মখোয়না চংচবা হৈরকপা য়াদ্রববাও?

থানী— লুপী-লুপা পরবা হায়রবসি ইবানীদা খোঙ্গেং থায়। নংনা পাম্বা ঐনা পামদে ঐনা পাম্বা নংনা পামদে। নংগী কিদন্না অমা ঐগীনা অমা নংনা লুবিদা!

লৈবা— ঐদি [illegible] লৈরে।

থানী— ঐসু Principle কাইবদি ওনজরোই।

লৈম— চাক লোইরবা কোন্না থংনবীয়্ন মীশিং নোমদ্রবা নচা অমম্ম লৈজরি লিলাম লাওখীনবা

( মতৈ মনাও ভুক্কুনা য়েংবা )

## অনীশুবা মতাং

# অনীশুবা উৎপা

লুমিদাংবাক্ত পুং ৬ তাবদা, নোং তারিবা সোরোক্তা ইমামচা অমগুং নবকুমারনা ছাটিন তুপ্পুনা টোচ অমা পায়দুনা ৱারী শানেনা চংলি।

নবকুমার —লীশা ৱেংবা চংসি হায়রম্মগা তুমিন্না শং ইমান্নিদা লাকশিনু মানা করি হায়নবিদগে ?

ইমাম —পুং ৬গী চপ চানা তাবা মতমদা লাকউ হায়রগা অমনা ৬ তা লাক্লে মতম রাংলি কোক্তখোকউবো চপচানা লাকউ হায়রগা ৬গী তাবদদি চপ চানা লাকচদে অমনা ৭ কা তাবা মতমদা লাকলমদোবনি।

নব — মানা শীবা পোৎচৈ পচলোদা লোশিনব পীরক্লবা তাং পাং তৌরিবসিনু হয়েং মতম অমদা ইকাইনা নংগুইদ্রাও ?

ইমাম—মহোয়না পডুনা পীজরকপনি কংচরকপনি বার্নী মহাদেবদা পরমাত্ত খুৎথদা কনলুবা শেল পোৎচৈ থোনরুবা য়াব্রাও ? অপচবগী মবন্দি অমদা নত্রগা অমদা মাংখদোবা লৈরে। মহোয়দনু ঐনা পোংচৈ পীরকউ লৈগে হায়রুব্রাও ? ইশৈ লুচাইদুনা থাবা শেল পোংচৈ হন্দোক্লব্রাও ? ইশক ইতৌ ফজনত্তদা থাজনকপা শেল কচ্চরকপা পোৎচৈ নত্রাও ? খুবাক ইশৈদা বাস না শেল য়াম্না থারগা ইশৈ হনবীদুহারদু য়ুমদা পুরগে লোরগে হায়বা য়ানব্রাও ?

নব — মীবু থাজতন্নগা চাংপা তায়বদু তারোইদ্রাও ?

ইমাম - মথোয়বু কনানা শন্দা থাজবীয়্ হায়বগে ইশাগী রা অরেপ্পা অমত্তা খঙদবমথৈ ? মথোয়না মতদা শেল পোৎচৈ থারিবগিবু ঐখা খোগরা ? লোরোই পুরক্কন্ন হায়দুনা কয়া য়েংলে য়ারিরাও ? অদু রোনা পডলবদি মতৌ য়েংবদা ফনা খুড়াইবে হায়দুনা লৌরিবনে।

নব— থসাই মিটিংদা কৱি লেপখ্রে ?

ইমাম - ঐনা ইলেমনদা ইস্কাল ইন্থকী লেপ্পা তাবে। লেপপু লেপলবদি কাবা সোইদ্রে। মন্ত্রী ওইবা থোক্লবদি কারি ফম ভাগৌয়ুগে ?

নব — অতুম হায়রনা অদুম তৌবীয়ু খাদা হায়দুনা লৈবাক্কী মন্ত্রীবু লৈকাইগী মন্ত্রী, ইমুং মন্ত্ৰুংগী মন্ত্রী, মরুপ মপাংগী মন্ত্রীদা হন্নবা চাইরোল তৌরীবা মরুপ চাংপা মীশক নচ্চদে।

ইমাম - সিনেমা পুংখাই ১, লীলা পুংখাই ১ তমক য়েংসিকো।

নব — মোইরাং পর্ববু মীতৈ তুগীনা ডহাক য়েংলগা হল্লকসি য়াগাদ্রাও ?

ইমাম— ইবু মাইতে হুপী মরো ব্রাও ? ( চংখিবা )

(লাঙ্গোগা লৈমাতাবনা ছাটিন অমদ পুম্লপ তুপমিন্ন, লিল্লাইগা শানাগে ছাটিন অমদা তুপামিন্নদুনা টোর্চ লাইট কাপ্তুনা লৈমতোন থোয়না থীরকপা।)

লৈম। -- ঐখী ইচা ইবেম্মাম ডকথুগোংনি মতম খজিক্তা শোইনবা ঙাপোং নত্তে, শোইরে হায়দুনা চংখ্রিবনে।

লিক— ইমাশি মতম শোইবগী মাগী মমাংদা মাইবু উংপা চম্মোই-দৌরি থীনা হায়রুবদি থদ্বিখো।

থম্বো— মাশিনদি মানা খরা হেনবমিনা ইমাশি হেক উনবগা ঐখোয়না হায়রুদোবা হায়বু ইবেম্মা রারোবীবা য়াদে, মতম চানা লাকচবা ঙমহৌদ্রে।

লৈম— মতুদা হিয়াংথাং লাইরেম্বীনা হায়রকদবা হায়বু, হায়নবা মতম শোইবগী হোটেলদা সঙ্গোম ক্ষের ভেকচাও ১ লৈয়ু, মিঠাই মোন ২॥ লৈয়ু হায়গে অসিতনি। ঐস্তু ঙসিদি মহা প্রসাদিতু খুনবা য়াওবা তারি। ( তিনয়োংপা, নাকল অমদগী থানীলনা নোং চোংতুনা লাকপা )

থানী— কদায়দনো ময়াম খুং লিংতুনা লাকইবসিব ?

লৈম— নুপী অমা চেনখ্রে ফাগে তান্নরকইবা।

থানী— ইম্ফাল থীয়েটবদা মোইবাং খোইবী য়েংনি হায়তুনা নিকেৎ লোহৌরে বোক্সতা। করিনো ইবুঙো অনীগা চংমীয়দি হায়রগা নচনবু প্রবীদনা সোমদা লৈখোক্ত্রীসিদে ?

থম্বো— পাবুং ননাই ঐ মিনিট খরা থেংউরে।

লিক— ননাই ঐনা খিংতং ঙল্লুবগী শোইরবা।

থানী— অতুদি চুমত্রদো ইচাশা, ঐগী ইচান্নুপীতুদি বিলাঙী পড়ীনি স্যুইস মেক নত্তে হায়বা। চংলো থীল্লে, খোঙ্গান্দা ডাই-হৌরিবনি মৈ হৌবমখৈ শাওরম্মনি মীগী নবকুমার থবক চংচগদবাবু চংপা য়াদে নখোয় অমা লাক্কি্রবা ফাওবা হায়তুনা ফাহৌরে। য়েংউ শাওবা ফনবা শুম হায়নু পাবুংনা চংলু হায়তুনা চংলিউঙে মতম চাহৌদ্রে হায়য়ু খরা ফনবা।

( ছাটিন খনবা থাক্লোকদ্দমত্তুনা ২না মী উপদা ব্রা অমত্তা

চাংদনা য়াংবা তান্নত্তুনা চৎখিবা মর্মা-মচা মোং চোংপা।

থানীল মতৌ য়েংলগা )

থানী— মীনা সত্ভোইনা পাংলবদি করি হীদাক লৈবগে ( ফীনা নেংং পনবা ) ?

লৈম - ধর্ম্মন্ থোক্লেনে পাবুং।

থানা— ইচা তোপ্পীগীদি নচেগা মান্নবোই, ধর্ম্মগী মথক্তা নিলাম নংগা চিংখলা ওইনা তৌনি ( চোংনা য়ুমদা হংশিবা ) ( নোং চাংখ্রে পুং ৮ তারে, লশ্বী মী কয়া চত্তে। ইমামচানে, নবকুমারনে, লিক্লাইনে, থম্বৌনে ছাটিন অমমম পায়ত্তুনা য়ুমলেংমদা চন্নকপা ইমামচানা মাং থাত্তুনা কপলি ২ রা লোংবা, অংকনা ইকাই -ইকাই তাত্তুনা ইন্নবকপা )

ইমাম -- য্রা মচক যাম্বগী মমাংদা ঐবু পায়দা হানবা তান্নগে হায়ত্তুনা থোক লানচঙ্গা গাড়ী মপণ অনীনা গুরুং২ ইন্নবগুম মাক্তা চন্নবীবিব মীনা ঐবু করি হায়নগদগে ? ঐদি থোঙ থুং পং তিংগোক্তুনা কপ্পীংঙিদা সত্য সোরোক ময়াই অসিদা। ( হীক ২ কপ্পা )

থম্বৌ— ব্রানা কাইথদি মিঙৎ লিক্লাইননি।

লিক-— ঐনা কনয়া রা কাইহল্লীবা তুকান্দার বাবু ? ঐব ব্রাচেং থাক্টনবা থাংলাও ?

থম্বৌ — ব্রাচেং থাং নত্রনম্ভ অংদি ইবুঙো উপুলো য়ুকবা জমকংনে। অশাই ইবেপ্পমদা লীলা য়েংবা চৎমিন্নসি পুং ৬। তাবদা

হায়বছু ঐ মিনিট ৩।৪ শোইরে নংনা খরা ভল্লেদনা।
পাবুংনা ইমাশিদা তাকপীরে থীরেটর হোলদা ইবেম্মনা য়াম্না
য়ানা শাওনা ভাইহৌরে পরপ পয়প চংলো: ইবানি
চংলিদনা ।

লিক— চংলিনে স্থুম ডুকান্দার, হায়য়ুনে য়াম্না লিক্লা কুপ্না তম্মুনে।
য়েনসাংদা থুম থাকপা পাম্মুত্নুনা থুমবোড়া মচেং কাটিনা
চপ্তুনা থাকপগী মতৌছু তৌরকউনে ।

থ:ম্বৌ— ইবেম্মনা ভাইরমদোরে—হায়ত্নুনা থীয়েটর হোলদা ঐনা
পরপ ২ চংপদা ফুবিংথাও চপকদবগী মতাগুম ঐবু পরপ ২
তান্নয়কপা নত্রাও? সো হুরানবনা?

লিক— থোন ফজ ফজনা ভাংনসি, ঐনা চংপদা য়াওশংগী ফি
ফত্তবা অপভবদা য়োনগে পরপ ২ লাক্লবগুম নংনা তা-
ন্নকপা নত্রা ঐনা তানথংনকপ্রাও? নংনদি হান্না ইবেম্মা
য়ৌত্রা য়েংশি হায়ত্নুনা তান্নগে তান্নবনিনে।

থম্বৌ— নংনবু হানবা ভমত্রাও?

নব— মী খরদি নেংথাইরম্মী থেংগাইরম্মী হায়বু অনীমক ইচেম্মগী
খুং তাপ ২ পায়বদি মান্নেদা—। ( থাম্মগা )

ইমাম— লীলা য়েংবা চংপদা মীয়াম মমাংদা ঐবু য়ুবীরাকপী শান্ন-
বীরিশিবু মীনা ঐবু করি হায়না ভাংনখিদগে? ঐনা
লীলা য়েংত্রা হায়বু মীনত্নুম ঐবু লীলা ওইনা য়েংহৌরে
করি খোল্লবগে? ঐগী লাইবকসি থীপ্রবোইদা হে: ঈশ্বর!
ঐবু করিন্নুংগী নৈবাক কুম্মে ওইনবা পোকহনবীরিবনো

( কপ কপ্তুনা চান্নবা ) পিশক পীক্লিদৌ ফনেক খোইখা শেংলিদৌদগী নিপমচা খুকউমুক ম্লাংবদগী পাথং সরী ফাওবনা হয়িংখোই মকোনগুম ড্রোং ড্রোং ইনবিরে, তীনথোক অশিবদা ককচেং ময়াম্না ওম্বগুম ইশাসি ম্লাই ঙাইহাক শংহনবীদ্রে, মী ওইনা পোকপগী করিগুম্বা কান্নবা থবক ম্লাইশংনা তৌহন্নবশিবু ঐনা করি পাপ তৌরুহুনা লাক্লিবনো হে: নোংদম থীবা বিধাতা। চাওজরে জ্ঞান তাজরে বি, এ, পরীক্ষা থাজরে, থরা ফগত্রা খল্লি, সিখাং সিখাং থাংহুনা বুলদোগকুম তীম্ফাগুম থাদোক্লদবা হন্নবা নাইদবা ইশা ইশানা জ্ঞান তানদবাশিবু ঐবু ব্যবহার লৈতে লৈবাক মচা তাদে খোন্দা থী হায়হনবিগদবগী ঙাইনবিরিব্রাও ?
( সুং সুং কপ্পা, থম্বৌ লিক্লাইনা রুমাল অমমম পুখোক্লুনা মমিং নাম নামগী মপী তৈথোক্লবা ; নবকুমার মতৌ য়েংহুনা রুমালনা মপী তৈথোকশিন্নবা। ইমামচান মপী তৈথোকহনবা নিংথিনা য়াহুনা )।

নব— অমনা য়েং থংব মীংকী পী, অমনা ওইগী লম হেক্সিন্নবীমু থংনরক্লনি থাম্বা ম্লাইকো লৈবাকমচা ঙাক্তনি।

ইমাম— কপপ্রা হায়ববু ঐদি ইশিশিনা নোক্লিংঙিদা !}

( শাওরপ নিংগাংনা ফমথবা )

থম্বৌ— ফী চোক্তনবা ঐগী ছাটিন্দা ফম্বীয়ু।

লিক— ঐগী ছাটিনশিম্নু তুপ্পা ফম্বা ইয়া য়াবা ছাটিন্নী—

( অনীমক লৈবাক্তা ফম্বা )

ইমাম— ( ত্তপ্পা হোৌগৎলগা ) নবকুমর, ইচেবু কমদৌশিগে?
নব— কাওরা কৈরা অমা ফানহল্লুনে ?
ইমাম— কদায়দগী লৌরুদৌরিবা ?
লিক— অমনা ইস্ফালদগী অমনা মৈরাংদগী মোটর সাইকল অমমম থৌনরকপা, ময়াই চবুক তাবা লোক্চিংগী অতুদা থেঙ্গাইনগে হিংহৌবা নুপাবু মরুপ অশেংবা ওইহন্নসে ( কন্না ) !
থম্বৌ— জীপ ওইনা থেঙ্গাইনাস। মোটর সাইকলদি মমসস্থ য়ামদে পীকপনিনা থেঙ্গাইনদবস্থু য়াই ( তপলপ )
লিক— জীপতি তল্লিনে, 1951 গী মোদেল কারনা ঙাইনসিনে।
নব— তৌনবিস্থু মী লম্বী চৎপা তক্কানকো। ( ইমাসচা চিন্তা তৌতুনা ভাইহাক লৈবা ময়ামস্থ তুমিন তুমিন্না চিন্তা তৌবা )
লিক— মুরা ওইনা থাদনসিরা, বোক্সিং ওইনা থিন্দৎনশিরা ? নিপামচা অমা ওইনা ঐখোইস্থু মীনা লাকচবা য়াদবা জাৎনিদা।
থম্বৌ-- মরক ময়া মাই পোন্নবা খুকউ হুবাংনবদি তনবু তল্লি অভাং মাল্লি। থাংশাং থৌরবা লংলবা জাংতু অমমম পাইনরগা তুবৎ তুবৎ লোইশিন্নসে নত্রগা শিংজংনা থাই-নসিনে।
নব— থানানা তারগা করি হায়গদগে তাম্মোখোয় শোত্তোক-নিনে ( থাম্বা )

লিক— শাহিং ভাহিং চাবা ভা শার্ক য়াম্না লৈব খজোব সাগরদ ইরোইহুনা লানবা তাম্নগেনে লাম্বা লৈরবদি।

থম্বৌ— ঈশিংদা ফি চোৎপদি তল্লি, নোংশা কৈ শামু লমশানা থম্নবা আফ্রিকাগী জঙ্গল কোঙ্গো বেসিন্দ মাইল কয়ানৌ তাম্নগে ইপা লৈরবদি।

লিক— তিকি খুবাকমুক পাকপাত্নু পুমভাং ভাংনা চাকহল্লগা ফৈবাক মথক্তা কুইনা থম্বা তাম্নগে কনানো?

থম্বৌ— ব্রাপুম অমা ব্রাচেং খাইরগা কবাক থোরবত্নু পানা ইংলগা উশাদা য়াল্লগা খুৎনা পাইহুনা শিংথনরক্কেনে। কনাগনো? (ইমাম, নব মনা মেনবা)

লিক— ইরোইগী ফোং ফোং শাবা (খুৎ তম্নগা) পোং কয়ানো য়াম্না চাবা তাম্নগেনে?

থম্বৌ— ইরোইগী খিত্তংত্নু পুক থনফম থংনরোই (ইমাম মচিন মেনবা নবকুমারনা থুক থুক লাওবা উংপা) শামুগীদ তাম্নগে।

লিক— নত্তে শনাইবেম্মা মুংশিবী থব্রাই অসে প্রোক প্রোক চাক্লহুনা তৌবনি হায়বা, হৌনবা হৌনদবা লৈবাক-মচা তাবা তাদবা খীত্রবনি মুংভাইমনখিত্রহুনা, করিনো অমত্তদি তাম্নজগে মুক্লারা, কাংজৈরা বোক্সিংলা, থাংলা, লমজেল্লা, ইরোইবরা অমতদি শনায়াথং তাকপীয়ু কৈদোগে?

থম্বৌ— ব্রারৌবীবা য়াদে লৈবাকমচা তাদবা ব্রা কয়া কয়া ভাং-নগ্রে ঐথোয়গী দশাসি তাবা মীদি মথংখিহুনা ভাকপীগনি

নিংজৈ, অতু নত্তবনদি য়ৈনিংঙদবা জাৎনি। পঙই হায়গে হায়বিয়ু শিঙই হায়গে হায়বিয়ু; চোপ্পা লেম্বা খঙদে পুক্লিংসি শস্থী তান্নবা পরীক্ষা অমত্তদি লৌবিয়ুনে সনাহনবী।

ইমাম— নহালমথৈ চয়েৎনবমথৈ ওমচাক্কনা তান্নরকইবসিবু থিবিদ্র-ব্রাও? চোপ্পা, লেম্বা, ইকাইবা; ইফিবা, পঙবা, শিঙবা, করিমত্তা বিচার লৈবিদ্রবাও বি, এ, পাশ তৌবিরবা ঙাক্তা নল্রাও?

লিক— ইকহৈ ইকি চোপ্পা লেম্বা, মশক খঙবা জ্ঞান তাবা মীনা নুংশিবা য়াব্রা, নুংশিবা ঙমব্রা নুংশিবা মশক খঙব্রাও? নুংশিরৈ।

থম্বৌ— বি,এ পাশ তৌরবনি লাইরিক হৈরবনি শিংলবনি হায়তুনা নুংশিবগী নুংশিং নুংগা লাংবদা তেরা মফোনগুম্না উরু উরু লৈতুনা অতিয়াদা মাইকৈ খঙদনা পাইদবা ঙমব্রাও নুংশিং মপী।

ইমাম— ঐবু করি ইরালগী পাপনো দণ্ডিনো? রাহু কেটুনা য়েংবগুম অস্তুক য়াইচিনবা দশা তারিবসিবু কৈদৌরগা ফগদগে? ঐদি কানি মতুম তোলা অমা য়োত্তুনা শি-নিংলেদা সত্য। ঐনা কানি তোলা অমা চাতুনা শিখ্রবদি রাহু কেটু অনীবু কনাদা য়েংবিহৌদগে? (কপ্লি কপ্লি)

লিক— কানি তোলা অমা চাতুনা শিখিবা জাৎতি তোলা অহুম চাতুনা শিরগা ইরাই লাইনা যোমগী থোঙ্গাল য়োত্রিঙৈ তান্নবা ফংনিনা।

থম্বৌ— তোলা মশিং য়াম্না চাতুনা শিন্নবদি য়ানা লুম্না চেনবা ঙমজদবস্থু ঙাই, ঐদি তোলা অনিদং য়োৎলগা য়াংলব তান্নতুনা যোম লৈবাক য়ৌফাত্রিঙৈদা ফাগনি। ( ইমামচা লৈপাক্লা ঙেক ফমতুনা চিন্তা তৌবা )

নব— ফিবু লোইনা চোৎপা তারেমে।

ইমাম— ( হৌগৎলগা ) পুংসি ১০ তাদোরে, তুম্বা থেংনরে য়ুম য়ুমদা হন্নরসিবা।

লিক— ঐবু থিত্তা নুংশিবিদ্রাও, থিত্তা ফাওবা?

ইমাম— করিগী নুংশিরোইদৌরিবনো থিত্তা নত্তে শংবাই অমা নুংশিয়ে।

লিক— ( হরাউনা ) শংবাইত্বু অখেংপরা, অচোনবরা?

ইমাম— ওরো ওরো পাবমথৈ চোনবা জাৎনি।

থম্বৌ— ঐবুদি নুংশিবিদ্রাও?

ইমাম— করম্না নুংশিরোইদৌবিবনো?

থম্বৌ— ঐদি শংবাইদা ওনবিনু পাথোকপা পাম্মুই বোড়াদ হাপ্পিয়ু।

ইমাম— শংবাই অচোনবা অমা চনবা বোড়ামুক নুংশি।

থম্বৌ— করিমত্তা হাপ্পিরোইদ্রাও?

লিক— চোপ্পাখ্রেদা সত্য দোকান্দোন।

ইমাম— অনীমক চপ মান্নেয়ে।

থম্বৌ— শংবাইদ হাপ্পদি কোকথোং নাতুনা পুবদা থোঙ্গৎপদা মরাইনা থন্না তাজহৌনি।

ইমাম— নত্তে যুম য়ুমদা লেংও ঐস্ম চৎচয়গে চৎমিন্নবা য়াওরি হিক্তদে।

( নব, ইমাম থবা চৎপা অনীনা ইন্নবা ) ( হন্না য়েংলগা য়ুমদা হনবা ডনবিরিব্রাও ? ( অনীমক খুমদবা ) ঐথোয়দ লেংবিরক্কে হায়রবদি হোরেন অহিং নোংয়াই য়োরমদগীদা লম্বোইবা শাত্নুনা লাকপিয়ুনে । গুদ নাইট ( অনীনা চৎ-থিবা অনীনা ডক্কুনা রাখল তৌনত্নুনা চপ চপ লেপ্লুনা লৈহৌবা অনীমক কোক্তগী তোন্দা শক মুন্না রা ডাংদনা য়েংনবা তুমিন তুমিন লৈনবা )।

লিক— ঐনা উরিবা নহাক মীনিকো মিষ্টর ?

থম্বৌ— মালি মিষ্টরগুম্বা নিপা অমনি।

লিক— নিপাবু মুপীমচা অমনা অস্মুক লাকচবা হৌনব্রাও ?

থম্বৌ— ইবানিনা ইশানা য়াত্নুনা লাকচখ্রিবা নত্রাও ?

লিক— ( চুরুপ অনী পুথোক্কুনা অমমম চুপ্পা ) মৈথেৎ য়াওব্রা খেৎলু।

থম্বৌ— য়াওবগুম তৌবনি ( লৌথোক্কুনা খেৎপা চুরুপ চমত্নুনা থকমিন্নবা )।

লিক— নংবু ভাই হোরেল লম্বোইত্নুনা ভিক্ষা লাকউ হায়রিস্নিবু চৎকব্রাও ? হা !

থম্বৌ— অত্নুক ইজ্জৎ মাংবা উশিত্তবা রাবু চৎকনুব্রাও ? নিপা অমনি, বি, এনি, শেল রাংপা মী নত্তে, ইপা ইপুম্বী ইজ্জৎ য়েং-ডোইব্রাও ? করিগী চৎকনুদগে।

লিক— হোয়নে অহুম্মা জ্ঞান তানসিনে, মাই পান্দবা মীদ হায়গদবা উশিত্রবা য়াবু মাণ্ডবা সুপামচা অমনা ঐখোয়নীদা হায়বা ঙমখ্রে হায়। সুক্কিং খেৎখ্রে চংশি। ( থুং শম্মহুনা চংপা )

থম্বৌ— ঙসিদি ফাম্বিওই করিওই পঙহাই হায়নখ্রে য়ারৌনম্লুসিকো।

লিক— করিনো অদুবু য়ারৌনবা য়াব্রাও? উকিল ২ কোর্টতা ডাইহাক য়েংনরগা চান্না য়েঙক্রাও।

থম্বৌ— হোয়নে গীতাগী "সুখ দুখে সমে কৃত্বা লাভা লাভৌ জয়া জয়ৌ" লান ঙম্বা ঙমদবা চপ মান্নবা থন্দুনা অর্জ্জুনদা কৃষ্ণনা লাল চংউ ইনসিনবা অহুগী মতৌনি হায়বা। থল্লুরগা ইকাইখ্রেদা সতা নৈবাক মমাংদ!

লিক— নৈবাক্তি লাইবু লাইরি য়ুমদা মাইবু উৎপ ঙমদ্রেনে সত্য! ঙসিদি থীরে সত্য!

থম্বৌ— হুমুক থারে হায়থনি ( অনীমক খুং শমবহনা চংখিবা )।

---

## অনীশুবা মতাং

# অহুমশুবা উৎপা

ইমামচাগী কাদা ফমুং অনানবা মেজ চৌকি, লাইরিক ময়াম টেবল লেম্প, ঘড়ী অলমির্‌া টাইম পিস, চৌকি অনী ফিয়ান অমা লৈ, হেক থংনবা কাজাও অমা লৈ ; মতুগী মচি অমদা মেজ চৌকি থাহ্‌না থানীলগী লাইরিক পাক্‌মনি। মোম্বতি অমা থাল্লি, লাইরিক থরা মেজ মথক্তা অতুগা কাচিন অমদা অয়েকপা লাই থরা লৈ। ফাল অমসুং পাংদ লাই য়েকপগী মপোং মচৈ ব্রশ রংনচিবা লৈ। লাপ্পা ফক অমা থারি মোন অমা লৈ। ফক মথক্তা হারমনিয়ম অমসুং টবলা লৈ। পুং ১০ তারে ঘড়ীদ, মেজ অনীদ থাউমৈ ডাম্না থাল্লি। থানীলনা লাইরিক ফাক্তুনা থম্মগা করিগুম্বা থরা লুনা থন্দুনা লাইরিক অমা ইয়ি ফক্তা ফমতুনা। লৈবাকলৈমা হারমনিয়ম খোংই, লৈমতন ইশৈ শকলি। হায়দি হায়দনা থানীলনা ইশৈ তানিংদবা উংলি।

### ইশৈ

মসিনি কলা মাংবা নাইদবি
তাইবং পুন্সিদ থিনবা ফজবি
মেম্মানবা নিম্মানবা ন'গী অতিয়া
য়াইডং কমলানে মচু অডাংবা
পুন্না তিল্লগা থোকহল্লি মচু

মভান্না কাইথোকপা চুমথাংগী মচু
মসিনি কলা মাংবা নাইদবি
ভাইবং পুন্সিদ থিনবা ফজবি
হারমনিয়ম সিতার টবলা
বাঁশীসরাজ পুন্না থোংতুনা
থোকহল্লি কনসর্ট হুংডাইব থোনবুন
পুকনিং শুমহৎনা তানরি মীয়াম্না

থানীলনা **Purposely** ইশৈত্থু লোইরমদাইদা পুং য়ৈত্থুনা তান থীনা থুগাইবা। মমা মচানা ডকপা।

লৈবা— করিনো ডাওবু ডাওরবরা তৌরিত্থুবো ?

থানী— মসিনি ঐখোয় ইমুংদা থোকইবা কন্সার্টকী কংকোর্দ, মসিনি ঐখোয়গী লৈবাক্তা শকইবা কোরস স্থুরগী হারমনি। মসিনি ছুনিয়াদ শক্লরিবা মেংলবা ইশৈগী থোনবুন মরক্তা পোকথাইরিবা হাইড্রোজেন বোম, তাও, মুন্না তাও প্রসান্ত মহাসাগরদ পোকথাইথিবা হায়ড্রোজেন বোমগী থোন্থাংনা নিল্লবা ভাইবংপানগী কল্লাপ নিকপা মথোল। য়েংউ চেকশিন্না য়েংউ সোভিয়েট রুশিয়ানা কদাইদা নাইট্রোজেন বোম পোকথাইগদৌরি করম্বা মতমদা পৃথ্বী শিনবা থুংনা **Radio Aotive** উফুল লৈরিক্ল নোংম পুংউম উমগদৌরিবা। তাও ঐখোয় লৈবাক্তা লাওরিবা তোডাল তোডালবা পার্টিগী খোল্লাও। পার্টি খুদিংমক মী খুদিংমক চাওখৎপগী গৌরিশঙ্কর মতোন তান্না কাবা

পাম্মী। পামহই নুংঙাই য়াইফবা রাক্ত পাদবা, পাম্মী শান্তি মবা তপ্পা চান্নবা লৈমিন্নবা। অতুদি করিগী চিংথরি থাদা অমনা কারগা থক্তা, করিগী ইল্লি অমনা থাদা অমনা অরাংদা, নমানা থোবা শগোলদ থারি শেল লিক্লাই জুরারনা নপানা থোবা শগোলদ থারি শেল থম্বৌ জুরারনা করম্বা মাইগেদ চেনগদৌরি থরাই পানবা শগোল্লা? মী খুদিংমক পামহ লমজেল থোক্লবা, মী খুদিংমক পাম্মী লৈবাক্কী চাওখৎপা মীয়ামগী নুংঙাইবা, মীয়াম্না থল্লি মীকোক মীয়ামগী নুংঙাইনবা, মী য়াম্না শিন্নরি অহৈ অশিংদ মীয়ামগী য়াইফবা, মবন্নাই নুংঙাইনবা যক্ষগী কুণ্ডদ মীকোক্লা পীরি আহুতি লৈবাক্কী য়াইফবা। ডক্লবা মীয়াম্না ঊরি হাইদ্রোজেন বোমাসিগী মৈরি। অকিবা কংলবা। মৈরি অসি মুংনবা মী কয়া কয়া হৈজিন্নি মী থাগ যজ্ঞগী মৈবক্তা মৎলনি শোইদ্রে তমথীববা মৈরি অসে। কংলনি শান্তি লালগী লৈচিন্না মমলবা অতিরাসি নুংঙাইবনি ইশৈ তাঞ্জা চানা থাদ্রে (ময়াই চল্লকপদা মমা নচানা উইনবা, থাংবা, অমুক উইবা লোইবদা অনীমক উইবদগী খেঞ্জাইনবা)

লৈবা - নুপীমচা নং পাবুংনা লেকচর ঔবাইবা লোইরগা হৌদোকউক্তো ইমা ডাইহাক্তা তুমগে।

মৈম - পাবুংনা লেকচর ঔরাইবা লোইরগা থরা হৌদোকপীরকউ, ঐ ইমা হৌদোক্কে। (মমানা হারমনিয়মদা ডারগা তুশ্বা, মচানা মনাদ ডাতুনা তুমথবা নাখোকপা হৌবা, থানালনা ডক্তুনা য়েংবা)

ওইনা য়েংনা হৌরে। নবকুমারবু তমহনবিয়ু ঐদি নিং-
শিংবদফাও দাই হল্লে।

লৈবা— করম করম তৌবা নবকুমার তম্মু তাসি।

নব -- করিনো ইমাশি, কাওজাও অনীতুনা নুপী অঙাং শন ব্রহ্মাণ খংদবমখৈ মী অমগী মকোক্তা কান অমগী মবুক্তা নেং গ্রুং গ্রুং মচি ফেংতুনা মখুৎ অনী অনীতু নুংশিত্তা হোত্তুনা ঐখোয়নাক তান্ন ফুজিল্লকপদি তর্পনগী চাকলুক ময়াম থেন্দুনা লৈরিবা চাক তাক্লমদাইদা ক্বাক পাইশিল্লকপদা মী য়ায়া লাওনবগ চপ মান্নখ্রেনে করিনো।

লৈম— করিগী মখোয়না মী নেত্তুনা থৌজিল্লকইবা।

নব— হেরা ইবেম্মা, ইচেমা পাইবা মনাক্তা হান্না য়োবা তান্নরকইবনি।

থানী— থম্বোনা হান্না পাইরিনি।

লৈবা— লিক্লাই লমজেল য়াংখ্রপোৎনি থম্বোগী লেংনা কদাইদা হানজরুগনো?

থানী— কনানা হানবগেনে ইবো? থম্বোনা হান্দ্রাও?

নব— ননাই অনী চপ মান্নে।

লৈবা— লিক্লাইন খিত্তা ফাওবা হান্দবা—

থানী— খিত্তং কোনবগুম তৌবনিদা—

লৈম— অতুদগী কমদৌবা—

নব -- অতুদগী ইচেমান ইকাইবোই শাওবোই ময়াম মরক্তগী চেন্থোরকলে য়ুম চংলনি হায়তুনা। মখোয়শু গ্রুং গ্রুং

ইন্নরকইবা ময়ামত্থু কুম্মৈ ওইনা য়েংনহৌই ( ইমামচা ইমুংদা মফি হোংদোকখিবা )

লৈম— অত্থুদগী মখোয় অনীত্থু লম্বীদা খৎনদ্রা ?

থানী— থম্বৌনা মশা ফবা হেল্লি, খৎপু খৎনরবদি লিক্লাইবুদি ফুখিদৌবা জাৎনি ।

লৈবা— মশা থরা পাই হায়বত্থুমডাই থাং মুক্রা য়ৈনস্নুনবদি লিক্লাই মমাংদা মতিক লৈপোৎ নত্তে। ঙম্মগা লেপহল্লুনে—

থানী— চুমই, উপো' শিল্লুনা তুরবা লিক্লাইগী মমাংদ থম্বৌনা পুংখাই ফানা লেপ্পা ঙম্মোই, মথক্তা ফমত্থুনা চুপ চুপ খুতুম্না শুজিনখিনি লেপ্পুনা লৈবা ঙম্মোই।

লৈবা— সেরা লিক্লাইবু অত্থুক লাকচবা ঙমগদ্রাও ?

থানী— নুংগী থম্বৌইদ লিক্লাই মাগুম্বদি শেং শেং কাইরোইদ্রাও ?

লৈবা— থম্বৌদি চাঙরবা মপুমত্থু অনীগা লিক্লাইনা ঙাহাক্তদা শাইদেকইবা পোংনি।

লৈম— ইমাগা পাবুংগা মবাইনা খৎনজহৌসন্নু নংগী ব্রারী অত্থু পরপ ২ লীথৌবা ।

নব— অত্থুদগী লিক্লাইনা মোটর সাইকল অমমম থৌরগা তান্নসি থেংগাইনসি হেক হায় ।

লৈবা— উম হাযগনি মোটর সাইকল থৌবদি মহাক্তি গোরাশিংগী মথক্তি :

থানী— চুমই লাল মনুংদা গোরানা মাংদা ফমত্থুনা মোটর সাইকল থৌন্নগা মাবু মনিংদা নপহন্দুনা নোংফাদোক য়াংনা ফম্বা ময়াওখিবনি। মাদি থৌবা হৈত্রবস্থু য়াংবা জাৎনি।

নব— থম্মোনা অতুদগী জীপ থোবা তান্নসি হেক হায়রেদো ! তান্নবদা নত্তনা থেঙ্গাইনসিবু হায়দা ।

থানী— মাগী হন্দক জীপ অহনবা অমা চেল্লি হায়বতু থুংলবা তারেদনা ।

লৈবা— মাগী নত্তে মবাই ওইগে হায়তুনা মানা রানোমজবিবা করি বাবুনো অতুগীনি ।

নব— অতুদগী অমনা ঈশিংদা ঈরোইবা তান্নসি, অমনা জঙ্গলদা চৎপা তান্নসি । করিনো মথোয় অনীনা মথং মথং তান্ন খৎলকপদি ঐ য়েংবদা মীৎ অসি ইথক থকপনিদনা মথরাই মাংনরগন্রা হায়তুনা নুংশাবু থীরুরেদা !

লৈবা— অতুদগী লিক্লাইনা মমৈদা লাকচৈ হায়রক্কদৌবিবা নত্রাও ? হায়য়ু হায়য়ু অশেংবা পাও তম্ববু করিগী কিরুদগে ইচাসিদি ।

নব— ইমাশি অতুদগী ননাই লিক্লাইনা অঙকপা ফংবা রা অমা হেক হায়দোরকই ।

লৈবা— হায়দবদিকো ফজনা মরিক চুন্না তম্মু ।

নব— লিক্লাইসিবু ইমাশি শল ইরোইকা লোইব্রাও ?

লৈবা— শল ঈরোই থমথো শগোলবু মশিং থীবা ঙম্বপোং নত্তে ।

নব— লিক্লাইনা ঈরোইগী ফোং ফোং শাবা কাইথোরকপাদা ঙাইরিবা অতু পোৎ কয়ানো ফদৎ ফদং চিংথত্তুনা চাবা তান্নসি হেক হায়দোরক্লেদা ।

লৈবা— অং অং মরিংজেলদো !

থানী— ( মচিল মনাত্তোন খুম্লগা ) মতুদা মরিংজেল হায়গন্ম মবুক-চেল হায়য়ু । মবুকচাওবা মাই থাবা শক্কা চানা ডাং-থোরকইদা অচ্চা !

লৈবা— থম্বৌত্থু ময়াহেক কুম্মিনি অতুদা ।

থানী— মবুক চাওবা চোপ্পা মাইথাবা, ব্যবহার থঙদবদদি নং লিক্লাই হায়বতুনা হেল্লমগদরা ।

নব · পাবুং হেন্দে তাবীখো ।

থানী— হা ! থম্বৌনা করি হায়গে ? তুমিন লৈগেদি হায়দনা ইলেম লেম্না ।

নব— তুমিন লৈপোৎ নত্তে পাবুং । ঈরোইগীদি পুক থনফম খঙবা পোৎ নত্তে, শামুগীথু মীপোং কয়ানো চাবা তাম্নসি হায়রকইবনে । পাবুং থম্বৌশিবু শামুকা লোইত্রানে ?

থানী— আসামদা লৈরিবা জঙ্গলগী শামু ময়াম ফাদ্রিবা মথৈ থম্বৌগীনিদনা অহুবু হৌজিক ফাওবা খঙদ্রিবাও ?

লৈবা — থম্বৌ মপাথু নীংথৌ পাল্লিডৈদা কোকচাইদা শামু তানবা অমুক্তুং য়াওরুবদা শামুগী করিয়েনা নন্দুনা শিথিবনিদনা । অতুডৈ নিংথৌথু মবুক ফথরে মণিপুরগী সীমানা রাংমদা লৈবা আসামগী শামু মথৈ ফাদ্রিবা জাৎতি মচা থম্বৌদা পীথোক অম্মী হায়বনি ।

ইমাম— ( Night dress শেৎলগা ফী অমা ইন্মুনা থোরকপা ) ডসিদি নোংয়াই য়োঁদোরে মরৈ য়েংনবদা পুক থন্নীরবা

জাংলা ? তরা লুক্কোইকা অমম্ত্রা হানররোইঞ্জাও ? ( ময়াম ইমুংচংবা, ইমামচানা মাগী কাদা— লাইরিক ঙাইহাক ফমুংদা হিপ্তুনা পাবা, মিংশেল য়েংতুনা ঙহাক কেরবা মতুংদা )

লৈম— মেম সাহেবকী তুম্বা কাইনি চাকশংদা মরৈ য়েংনবীয়ু। নবকুমার ইবুঙো নংগীদো লোইরবরা ? পোংহাব থিঙ্গদি লীথখো।

লৈবা— কান চাদনা মরৈ য়েংলদনা, মুপী ঐখোয়দা লাকচবা য়ারোইদা নবকুমার !

থানী— মরৈগী জাংত্তি ঐস্নু থবক তোক্লবনিনা ঙারৌ ফাওবা থানতুনা য়েংনগে ইপা পীয়ু মচা তোম্বী। ( মবিমক চংখিবা য়েংনতুনা )

( ইমামচানা টেবলদা ঙহাক লাইরিক পারম্মদগী ফমুংদা লোংথাক লোংনা হিপ্তুনা পাখিবা ) । ঙহাক লৈরগা মকু খোংবা, হুই খোংবা, অচিকপা অঙ্গীংগী মতৌ, অতুদগী মপান্দা মন্দিলা থিংবা। ইমামচানা মপান্দ থোকপা ঙহাক রাখল তৌরগা—থম্মৌনা যোগীগী পোংশাক শেং, লম্মোইবৈ তুপী উপ থুরুম অমা তোং, মালা খাও অমা পায়তুনা ইমামচাগী মতুং ইন্দুনা তপ্পা তপ্পা চংলকপা থুরুম মখোল ফাবা রানা রানা। মালাথাও মনুংদা লৈ নাচোম অমা কা মতপ ২ লোজেন্সমু থরা, রুমাল অমা, ফোটো অমা চুরুপ ২ য়াওবা উপু ১গা মৈখেৎ উপু অমগা য়াও-

রক্কই। ইমামচানা টেবল মনাক্তা চৌকি অমা তম্না থাহুনা ফমহল্লি, মশাম্থু চৌকি অমা থাহুনা মাই ওন-শিন্নহুনা কম্মিন্নৈ। মিং চানহুনা মিনিট অমরোম অনীহু য়েংনৈ। ইমামচানা মোমোন নোক্তুনা হৌগৎলগা মোন ময়াদা লৈবা চুরুপ অমত্তা হাপ্পা। উপু অমস্থুং মৈথেৎ লৌরগা পীরে। থম্বৌনা মথক্লাই মুংডাইতন মপী তরং তরং চেন্দুনা মালাখাওদগী রুমাল লৌথোক্তুনা মমাই খুমহুনা ইকাইনা মপী তৈথোকই )।

ইমাম—( চুরুট পীরগা ) কয়ানি শুবীরবগে? চুরুট ফানবিব্রা?

থম্বৌ— এঃ ঙসিদা ঙাইজরি, ফানবীয়ুনে করিনো ঐস্থু য়াওজরি ( পুথোরকপা চুরুট, মৈথেৎ )

( থম্বৌনা পুথোরকপা ইমামচানা থকপা )

থম্বৌ— ঐখোয়দি পুক্লিংদা চপ লেপথ্রবা থবক্তি ব্রাগে ব্রাও, চোপকে চোপ্পু, হেক্তা ঙমজবা জাৎনি। মীনা ঐখোয় ইতৌ পাক তম্বা ঙম্বা পোৎ নত্তে ঙক্করিবা জাৎনি।

ইমাম—অহোয় মী অমনা—পাক মতৌ তম্বা ফনা লুনা থোকই কয়া পাংদবা জাৎতি। মালা খাওহুবু করি করি? ( লোজেন্স লৌথোক্তুনা চামিন্নবা ফাক্তুনা থীরগা ) ফোটোসিদি কনাগীনো? ( য়েংবা )

থম্বৌ— মাগী মশুং লাংম্নীনি ঐনা ভেক ফংজরিবা।

ইমাম—ঐগী ফোটোরা শিবো ?

থম্বৌ— ওথাক মান্নবীনি ( হুই খোংবা, মপান্দা মন্দিলা থিংবা

অনীমক ওকপা থওলপতৌবা,—ইমামচানা খুয়াদা ফমুংগী লোংনবা ইঙ্গিং তৌবা থম্বোনা লোংপা, ইমামচানা মপান্দা থোকপা লিক্লাইনা থম্বৌগুম্না যোগী শাত্থুনা, হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে হায়হনা ইমামচাগী তুং ইন্নত্থুনা লাকপা )।

ইমাম— অহিংদা নাম শোন্দুনা লাকপীরিবশিবু করিগী ওইরবনো ?

লিক— ভিক্ষা লাকচরিবনে।

ইমাম— ফৌবু শুজহোদ্রেনে ওসিদি।

লিক— ফৌচেং পামজদে মী ওইনা হাপ্পীয়ু।

ইমাম— করিগুম্বা মী ওইনা ভিক্ষা হাপ্পা থোক্লবদি লৌবীয়ু য়ারোইদা ?

লিক— হাপ্তবগি ৱাদনি হাপপু হাপ্পীরবদি লৌজদবগী থবক্তি লৈতেদা।

ইমাম— ( কেনা ) সত্য অওইবরাও ?

লিক— নোরোকতানি হাপতা হাপ্পীয়ু।

ইমাম— হুজিক ঐনা লম্বোইবা মচা অমা চেংফুদগী লৌথোক্লুনা হাপ্লবদি (থম্বোনা মকোক থাংগৎতুনা লোন্না—য়েংলম্বদগী লুকথথিবা ) লৌয়ারোইকো।

লিক— নিপারাও? লম্বোইবীরা হায়রো ?

ইমাম— ফাগী তৌবনি কদায়দগী লৌরুগবনো।

লিক— ঐখোয়দবু ওম্মগে হায়বগী ওম্বনি, মী অতৈনা ঐখোয় ইতৌ তম্বা ওম্বা পোং নত্তেদা।

ইমাম— অতাংবা স্রাংনি মী অতৈনা পাকপাক ডম্মরোই।

( হুই খোংবা, লৈবাকলৈনা লালটেল ১ পায়, নবকুমারন তা অমা পায়, অতুগ খানীলনা নোংমৈ অমা পায়তুনা লাওবা খরা থোরক্লগা—"হৌদোং-হুরানবা !"—

ইমাম— কৈদৌরগে পাবুং ? ( লিক্লাইনা খুয়াদা—থম্মৌনা লুখুমদা )

থানী— ইবেম্মা—নং তুমদ্রিবাও ? ঙসিদি ঐ খোয় য়েনখা য়েং-খুনসিবু ভূত প্রেতপ্পা হুরান চিন্থিরা হুরু হুরু প্রেক প্রেক তৌই হায়নমিং ননা শিংউ করিস্সু কৌনু তুম্মু তুম্মু।

লৈবা— খোঙ মনিং মমাং লোনশিল্লু হুরান চিন্থী চংগনি, থুম্মোক তাইরুক চেকশল্লু উচি হৌদোং চংগনি।

নব— হুরানবা উংর উবে লোংতুনা কান্নবোই নয়ুম চংলো—।

লৈবা— হুবান্দুনা চাদৌ শরুক লম্মোইতুনা ঝলী পায়রগা ভিক্ষা কোইচং চংকে হায়দেদো হুজিক কাল অসিনা।

থানী— থবক শূনিংদতুনা নিতুনা চাদৌ শরুক পাঙ্গল খৌনা শি-জিন্নতুনা হুরানবনবু কৈদা অতুগী হায়রুরবদি ঐদদি ভিক্ষা ঝলী পায়তুনা—নিবদদি ইকাইজখ্রে মাই পুবা ডমজরোই চারবস্থু চাদ্রবস্থু কাংথদা মীন উবা ফংদনবা লোংতুনা লৈজগে।

লৈবা— অহুদি হুবানবা তানক্ম থোক্কে, ইনুং চংশি হুগে হুরানজসনু।

থানী— কদৌনা তানদদগে ? হুবানবনা পাঙ্গল মরৌশিং শিজিন্ন-তুনা হুরানবা চংচবা মপুনা মপোৎ পাম্মুরগা চাকচবস্থু ডাই।

লৈবা— পোং শংলবস্থ ইথন্তগী শংদোবা নত্তে তুমত্থম তুম্মুগে
(চংবা লালটেল থম্মগা)

থানী— নংদি পাম্মুদ্রগা ঐদি পাম্মুরে হায়।
(নোংমৈ থনমত্থনা চংখিবা)

(নবকুমারনা নোংমৈ লালটেল পুন্না পায়রগা ইমামচাগী মনাক্তা লাক্লুনা ইবেম্মা মুপীমচা নংবো ! হূরান চিম্থিনা য়েনখা লুকখা গ্রোং গ্রোং চেন্নরব মতমসিদা ময়ামগা অমদা পুন্না লৈমিন্নবস্থ নত্তা।

ইমাম— হূরানবনা হূরাল্লীবসি পোংনি, ঐদি পোং নচদবনিনা কিজদে। অকিবা মথৈ মুডাইনা তুম্বীরু কীদবা ঐ হূরানবা শংহোগে।

নব— খ্বাইগী মুপীদি নত্তবনিনা কিরোইনে।

ইমাম— করিগী কিরুদগে ?

নব— কিদ্রগা—তোকচোদনা— (চংখিবা)

(লিক্লাই উফুল কম্থোক্লুনা তপ্পা হৌগংলকপা)—

লিক— হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে। হরে রাম, রাম রাম হরে হরে।

ইমাম— অঙাংমচাদোনা লম্বোইবা শাত্থনা লাকপীরিবসিবু য়ুম থংহৌদ্রাও ? লৈকাইদগী লৌবিরকইবা ভেক্কা ?

লিক— লম্বোইবগী বেশ অসি ইমাবু কৈথেন্দগী লোন্না মী থংহন্দনা লৈহল্লকপনি। লম্বোইবা মান্নবা মেক অপ অসিনা

ইমা ইচানা লোন্না ঐগী কাদ হোৎনরিবৈদ পাবুংনা উখ্রত্থুনা "হৈদি হৈতনা ঐ শেংপীগে হায়ত্থুনা শেংপীরকপনি। ইকাইথাং ওইনা পাজিনা শেম্বী শাবিবত্থু ঐ তুমিন্না য়ারকই। লোইরগা লাকপদা ইমানা ইতুংদা ঐবু ভাওরে হায়ত্থুনা স্থুং স্থুং কপহৌই। পাজিনা তান্নত্থুনা কোম্থোং ময়াদা হায়রকই "ভসিদি মুপীত্থু নংগী ঝুলিদ হাপ্তুনা শোইদনা পোরক্কবা য়াদে" ঐনা খুমলম্মী—"লাইবক য়েংজরক্কে লাই খুরুমবিরম্মু।" ঐবু য়ুমদা করি হায়না খুম্মু হায়বগে। (থম্বাই চাক্লা তম্বা কপ্পী কপ্পী, ইমামচান রুমালনা মপী তৈথোকপীবা)

ইমাম—(মথম্বাই শুংভাইতনা চিন্তা ভহাক পৌরম্বদগী) ভসি তম্বীরিবা রাসিবু অওইবা ভাক্তা ?

লিক — থাজবিদ্রগা হুজিকমক ইবুংগো নবকুমারগা য়ুমদা চত্তুনা হংবিরু ঐ কদাসদা চংখিবগে হায়ত্থুনা। ঐ ইবেম্মদা অওইবা রা ভাংবা ওম্নবা মী খুদিংদা ওইদবা ভাংলম্বা য়াই, ইমাবু নমথাক তৌই. পাজিদা অরানবা রা হায় মতম মতমগী মতুং ইন্না, করিগী ? ইবেম্মদা চিল থীদনবা অচুম্বা ভাংবা ওম্নবা। মরুপ কগাবু ইতাং তৌত্থুনা শিজিন্নৈ, মরি মতা কগাবু নমথাক তৌই, অহল লমন লাইগুরু কগাগী মমিক্তা উং চাইশিল্লি নংনা থাজবিনবা, নংনা মুংশিবিনবা নমাংদা মাই পাকচনবা (ইমামচা কপতুনা মমাই খুম্বা মেজদা ভাথবা)

পাংদনা ঐনা থোনা ফবা শাই, ইরল লৈতনা ঐনা ইনাক থুনরা শাই, ইপং পংনা অশিংবা শাই—নংনা নুংশিবিনবা। মসি পুম্নমক ইবেম্মনা থংবিরিবা অত্তুনি। য়ুমদা ঐবু বাজিনা ইমানা ডাওরে হায়, ইমুংগি অশাংশিং অতৈনা প্রমান পান্থৈনা কয়া করেম্নৈ—মতম অম্মুক কুই সি ইনা পংবা মীগুম্না তাজরকত্রি। লৈকাইগী য়ুমলোন কৈরোন্নবনা, মরুপ মপাংনা, অচৌবা অপিকপা অডাং ফাওবা ইমাংদা তুমিন তুমিন লৈনরবস্তু ইতুংদা মখোইগী ৱারী শাফম ওইরি, নোক্লবা পুকৈ ওইরি। মসি পুম্নমক মতম অমদা কাওনথিনি, নোংমা ইমাই পাক্রনি, হায়বগি আশানা ঐবু ডসি ফাওবা অৱা-অনা, ইকাই-ইকিনা করিস্ত তৌবা ডমদ্রি। ঐনা খল্লি হোংনবগী অৱাবা থাংবগী পংখে লৈ। পংখে অড় ডসি ঐবু যৌরব্রা হায়না ইবেম্মদা হংজনিংই, হংনদি কি-হংনিংদে।

( রুমালনা মপি তৈথোকপা মনপ শিংপা )

ইমাম— কদিস্ত লৈত্রবী নুপীমচা অসি অমগীদমক্তা কা হেন্না ৱাবিরে, ইকাইবা নংবীরে কমদোগদগে থনবদা চময়ত্না লৈজনকইবা মতম কুইরে, চারে হাওফম থংদে, তুম্মি পোথাফম থংদে, চংলি মাইকৈ থংদে। ঐনা থল্লি "ঐবু ডাওদি ডাওদ্রিবরা, মুন্না থংবীবা মীনদি হায় নং মীরোল খরা ৱাংনা উরে"। মীনা ডাওরে হায়দনবা হোংনবদা থর খরদি ঐসে ডাওনা উরম্বা তারে খল্লি।

লিক— মীনা ভাওনা উরবস্থু ঐনা ভাওরবনরা ভাশুনা উজদে। অভাওবা মশেল ভাওদবা খ্বাইনা শৈনরিবা তাইবংদগী লাপ্পা লৈরবদি কয়া নুভাইগনা। ওঃ মতম অদো হে ঈশ্বর, কয়া রাংলিগনা!

ইমাম— মতম অদো ভসিমক লুজিকমক ওইবদা থীনবু থীল্লবনি। অহুদা ঐগী লন্নাই ওইবা অরুবা রাদি ঐগী পুন্সীগী রাশক্তি ময়ামগী সেবা তৌবা, লৈবাক্নী তাইবং মী পুন্নমক্কি মঙ্গল-গীদমক ইপাঙ্গল ইরৌশিং লৈজবা ইরল পুন্নমক কথোকপা অসিনি। মী অমা নত্রগা থরগী মীচং চংহুনা পার্টি মচা অমগীদমক ময়ামগী ওইগদবা ইরল ইপাঙ্গল চাদিং তৌ-জনিংদে মসিবু কাইহনবিরোই হায়রবদি অপাম্বা লম্বীদা ঐবু হি ওইনা হেন্দুনা পুবিয়ু য়াগনি।

লিক— ভসি ফাওবা ঐদি করিগুম্বা পার্টি অতৈদা য়াওজদ্রি, তেলঙ্গা মমৈগুম্বা জাংনি, তেলঙ্গানা পাইবা মাইকৈদা ঐ অমম্নুং ঐগী লৈজবা পুন্নমক পাইজগনি, পাইজরকই।

ইমাম— ঙী হোন্নবা নৌ ওইবীনিংদে তেলঙ্গা মমৈ ওইনা নহানমথৈ লৈবিরকইবা, অমুয়া নৈবিথিগে হায়রগা গুমিং অসি থেংলে পুঃ ১১ হেনখ্রে লৈবাক্নী থবক তৌবা ভম্নবা পোথাবাকরো য়ুমদা, ঐস্থু ভহাক পোথাজগে।

লিক— নহানমথৈ ওইরক্লিবা তেলঙ্গা মমৈ অসি পাঙ্গল থোক্কে, ভসিদগী চানবীরবদি নৌ পাইহুনা নিপা থোক্লা হিনাও অমুক্তা শাহুনা য়েংজগে হায়রিব্বনিনে।

ইমাম— মাইকৈদি চুম্না হোনবিবা তাইদো ?

লিক— হোঙ্গগনি লৈবাক্কী মঙ্গল ওইনবগীদমক মাইকৈ খিত্তং পৈবদা mariners compass কুপ্পা তাকপীরকউ।

ইমাম— অত্তুদি হুজিক কদোমর্দা হোনবিগদগে ? তাকপীয়ু জাহাজগী কেপ্তেন্না।

( মক্সী মরোল পোং-চৈ খরা লংফৈ চংলমদাইগীগুম য়োমতুনা নাকলদা য়েপ্লগা লেপ্পা )

লিক— ঐনা ওসিদগী কেপ্তেন জাহাজগী ওইবা তারবদি—নুমিৎ অমত্তুং পুংফম ফরিডেদা ঐখোয় যুমলোমদা থোজবা তারি।

ইমাম— য়াম্না ফনি। ( অনিমক থর চৎপা হোরগা )

( নবকুমার মতৌ লোন্না য়েংবা, নোক্লিংলম্নদগী মুঙাইতবা উৎপা )

থম্বৌ— (তপ্পা হৌগৎতুনা খৌদেংগা, অনিনা হন্না য়েংলকপদা )
জাহাজ অত্তু থামখো কেপ্তেন শাবা ঈশিংদা লুপ্পিংদ্রবদি থৌরিবা মাইকৈত্তু ওন্নরে, নং কুমথৌ ঐ থোগে ঐখোই য়ুম লোমদা।

লিক— পাক্লবা সমুদ্রদা হোল্লিবা মমল য়াম্লবা জাহাজ লুট তৌগে লাক্লিবা পিক্লবা নেম্লবা দাকু নংবু কনানো ? নথরাই মাংনিংদ্রবদি তুমিন্না তিল্লাইখোম্বী মরক্তা কুন্দুনা য়ুম অসি নোংঙানবফাওবদং শংহৌ। নোং ঙাল্লগা নংগী তুকানগী পোৎ য়াম্না লৈবিরগে লুহোংগী অচংবমথৈ। মাংখিবা শেল পুম্বা হঞ্জিনবীগে তুকান্দার মরম ওক্লা তুমিন্না লৈহৌ, মী অতৈ তুম্বা কায়নী।

থম্বৌ— সো ফক্কাইবদা নমিং চৎলবা মিষ্টর পিক পোকেট ! নংনা হূরান্দুনা পুদোরিবহ্নু, লুপা নত্তে, নোট নত্তে, সনা নত্তে। নংনা থীরিবা উপু খুদিংমক চাবা সোহুদি ঐথোয় হুকান্দা য়াওরি হয়েং পীগে। নতৈমবেম্মা ওইদোরিবী অহু তাদদা থনম্মু চৎলো থেংখ্রে নথোয়গী অহল লমন্না থানাদা লৈখ্রব্রা জেল চংখ্রবা হায়হুনা কোইথি থীনরম্মনি। চৎলো থেংখ্রে ইনাওশিদি ওহাক ডাওরেদনা।

লিক— মী অতৈ তুম্বা কাইনি লৈকাই তারক্কনি তুমিন্না লৈবাকমচা তানা লৈহৌকো। ( ইমামচাগী খুং নাম্মা পাইবা )

থম্বৌ— ( চংশিল্লগা ) নংনা চৎমিন্নখ্রগা অহাংবা য়ুম শংহোবামা নুংডাইনি থল্লবদি নং য়ুম শংহৌ ইয়াম্বা মম্মবম্নু মমনা চং-মিন্নখ্রগে। ( ইনামচাগী খুংনামা পায়বা )

ইমাম— ( খিত্তং চিংনবা হৌরকপদা ) ঐস্নু অহিংবা জীবনিনা য়ুম্বী মথল্লাই পান্দবদি নত্তবনিনা ঐগী ইন্না অমুক্তং তাবীগে হায়ব্রা শ্বা থাজরো হায়ব্রা ? তপ্না লেম্না )

লিক— তাকপীয়ু করিনো ?

থম্বৌ— তানি হায়বিয়ু।

ইমাম—অনি চংহুনা শিরশি অচং চং চিংনবীদোরি, চিংনরিবা অনিনদি শিনদ্রহুনা ময়াইদা লৈরিবা ঐনা শিবাথোক্লবদি ?

লিক— শিরস্নু ঐদি লোজগেনে ?

থম্বৌ— অহুদি শিরগা নং লৌ হিংলিডৈদা ঐ লোগেনে।

ইমাম— অত্তুদি শিরগা অমনা লৌবা. হিংলিডৈ অমনা লৌবা লুপা অমা কাপখৎলগা অউপ্পী অরোংবী তৌরসি, কনানা অউপ্পী পামই কনানা অরোংবী পামই অপাম্বা থল্লবীয়ুদনা লাইবক্তা।

লিক— লাইবক য়েংবা ঙমজরোই ঐদি লৌদবা ঙমজরোই শোইদনা।

থম্বৌ – ঐনা নহানমথৈ তান্নরকইবশিদি অশোইবা তান্নরকইবোইরে ঐগী লৈজরিবা দোকান সম্পতি পূন্নমক নঙোন্দা পীরগে নহাক ঐগী লম্বীদা মতম ঙাইবা বোমগুম মাইনগুম বেরা তৌরমু।

লিক— ঐনা বাজিদগী ফংগদৌরিবা স্বত্ব পূন্নমক দোকানগী শেল্লেপ ওইনবীরো ইবেম্মশিগা ঐগা চাকখুম অমত্তগী চাক চারগা দোকান থবক তৌবা কাজরক্কেনে। ফজদে ভায়া চনপ্পীগুম পাখ্রা লুখ্রাগুম য়েংলমু অহল লমন্না য়ুমদা ন্না থোক্লে ইকাইবনস্থ অম্যত্তোইবা লোইরে মী মমাংদা ঐ খুরুম- জরগে লোংখ্রো থাবীবো। ( খুরম্বা )

থম্বৌ— ( চিংখৎলগা ন্নাথল ঙগাক তৌরগা ) ইকাইবা চোপ্পা নুঙাইতবগী হায়রুরদি নখোইগদি অহল লমন্ন ঙাংবনি চৈবনি অঙাংগুম্না ঙাওশিন্নবা য়াই। ঐখোয়দি, ইনাও ইচন ইমাক অঙাং ময়ামগী মমাংদা ঐনা অহল শাজুনা লৈরগা ঙাওশিন্নবগী মাইশি থমফম লৈত্রপোংনি। নঙোন্দা

খুরুমগে মাপতৌবীয়ু ঐ লৌজগে, নংগীদি অহল লমন লৈরি নুপী হায়বীনবা ।

( লিক্লাইদা খুরুম্বা, লিক্লাইনা চিংথৎপা )

লিক— মসিনা য়ানররোই থাংলা ছুরিরা অমমম পায়নরগা মত্রগা নোংমৈ অমমম পায়নতুনা লাইগী নোংদম য়েংনরসিদা ।

থম্বৌ— ফরে, মতুম তৌনশি হায়রবসু ঐ তৈয়ারনি ।

ইমাম—( থাম্মগা তুমীন্না ফম্নহল্লগা ) অমনা শিরগা হিংহৌবদা লৈবা ডমজরোই, অনীমক শিরগা মীনা ঐবু মী হাংলি হায়গনি। কবিগুম্বা চাং য়েংনবদা অমনা মাই পাকলো মাই পাকপা নিপাতুদা ঐনা লৈ হুক্লবদি মাইথীবা নিপাতু শিগে হায়রোইদ্রা, ঐদি মী অমবু চংহাৎ হাৎপা ডমজরোহ ।

( অহুম্মক ব্লাথল তৌনবা )

ঐদি অনীমক লিংজেল মান্ননা, অনীদা নত্তে ঐসু য়াওনা, ঐদা নত্তে লৈবাক পুম্বগা লিংজেল মান্ননা মীওইবা পূন্নমক্কী মঙ্গল ওইনবা কান্নবা অফবা ফজবা থবক তৌমিন্নবা পামজৈ। অমগা অমগা য়েংথীহনবা লান তৌনবা মাং তাক্লহনবা ঐগী পুন্সিগী উদ্দেশ্য নচ্চদে ।

লিক— খুদম অরাইবা অমা পীবীয়ু ।

থম্বৌ— লিংজেল মান্ননবা হোৎনবদা ঐগী ইথৌদাং ব্লাৎতনা পুবা ডমগনি ।

লিক— ঐসু মী অমনা ডম্বা থবক ডমগনি ।

ইমাম— খুদম হায়ববু ( হৌগৎলগা মন্দিলা হারমনিয়ম টবলা পুরকপা ) লিংজেল মান্নবা ফজবা কোন্সর্ট অমত্তং।

থম্বৌ— অপাম্বা যন্ত্র থম্বীয়ু ( লিক্লাইদা )।

লিক— পামদবা অমা পায়জগে।

ইমাম— অমুক হৌরেদো। ( লুপা ১ কাপথংপা ) অতুগা থম্বৌদ হারমনিয়ম লিক্লাইদা টবলা পীবা, মশানা মন্দিলানা তান থাবা )।

## ইশৈ

( Classical song ১ শকপা ময়েকয়াওদনা )

অনীনা যন্ত্র অমমম পায়তুনা follow তৌবা

( থনীল, সনা, নবকুমার, নৈমতোন থোরক্লুনা লোন্না কুম্মৈ য়েংবা ৬কপ, নোকপা মখোল থোক্লনা )

---

ইমাম— ( হেক থাবদা খুবাক খুবা—লোন্না য়েংইবা ভাবোক্লা মখোল হৌদনা তপ্না খুবাক খুবা )।

বেশ, বেশ, বেশ। মসিনি ঐনা পামজবা লিংজেল মমান্ন অমগা অমগা য়েংথীনবগী মচুংতা লোইনা লিংজেল মান্নতুনা ফজবা কান্নবা অনৌবা পুথোক্লুনা লৈবন ঐগী পুন্সিগী উদ্দেশ্যনি। অতোপ্পা অতৈ চাব থকপা শেংপনা অনীশুবা থন্নগদবা হিরম্নী।

থম্বৌ— Long live the ideal ফীদম অসি মতম কুইনা হীংসনু।

লিক— Long live the noble feeling অচৌবা পুকচেলসি কুইনা লৈশনু।

ইমাম— অরেম্বা মরমগীদমক মতম কুইনা লিংজেল মান্নবা হিংসনু। মসি য়াম্নবিরবা নত্রা ?

২মক— অরেম্বা মরমগীদমক মতম কুইন লিংজেল মান্নবা হিংসনু।

ইমাম— অতুদি অরেম্বা মরমগা ঐখোয় তগা পুন্না লুহোংলবনি। লুহোংবসি মতম কুইনা খাইনদবা ওইসনু।

২মক— লুহোংবসি মতম কুইনা খাইনদবা ওইসনু।

ইমাম— ঐখোয় অতুম্না থুনমক পাইখৎপা য়াবা অরেম্বা থবক খুৎ থাবা য়ানা শিনবিরবা লৈনবীব্রা ?

লিক— ঐদি য়ুম পান্নবা বুদ্ধি তৌবিদ্রে অদোমগী ভাবতি ইখল খল্লদ্রি।

থম্বৌ— ঐসু মানি নগানমখৈ থৌরী চিংনবী য়াওজরকইবনি ঙম্মক খংদবমখৈ।

ইমাম— অতুদি ঐগী অমা লৈজে তেংবাংবীবদা মতিক চান্না থন্নবীয়ু মণিপুরসি হুজিক লাইবৈ শেৎপা চাবা মতিক চান ফংদে, চাওখৎলব সমাজগী মীনা হিংলিবা মহিংগী চাং অতুদগী য়াম্না হন্থনা লৈনরি; মসি কোক্লবা হোৎনবদা তেংবাং-বিবিদ্রাও ?

লিক— মতুদা অঙম্বা ইতেং পীজগনি। ঙসিদগী চাক-ফী পার্টিদা য়াওজরে খংবীয়ু।

থম্বৌ— মহাদা পাংডু য়াদবা মীদি মী নত্রে শাদা তারে। ঐস্থু উম্বমথৈ ইতেং পীজগে। জয় চাকফী পার্টিগী জয়।

ইমাম— অত্তুদি ঐখোয়না চংগদৌরিবা লাঞ্জংশি হয়েং মচা খাইনা উংচগে অয়ুক্তা লেংবীরকউ মিটিং অমুক্তং তৌনখ্বা। ময়ামগী অপাম্বা মোংস্থু পীবিয়ু।

লিক— মতমদি পুং কয়াদা ?

থম্বৌ— অওইবনি মতমসি থরা শোইনরবস্থু য়েংনশি ঙাইনশিকো।

ইমাম— ( মোমোন তৌরগা ) মিনিট ৫ দগী ১০ ফাওবা ঙাইনবা হায়বত্তুনি। ঙসিসিদি নোংয়াই য়ৌররিনি, ঐখোইসিদা লেকপীখ্রগে হায়বরা হিপ্পবা পৌরাং তৌজরগে।

লিক— ফিভম অসিনা হয়েং অয়ুক মীগী মমাংদা করম্না চংকদগে ?

থম্বৌ— অহিং ওইরিঙৈদা য়ুম য়ৌহৌবনা চুম্বা তাইদা।

ইমাম— অত্তুদি নমস্তে।

২মক— নমস্তে। ( খুৎ শন্নরগা খোংকাপ লাওনা তপ্প কান্দুনা চংমিন্নখিবা, ইমামচানা য়েংত্তুনা লৈহৌবা )। ময়ামস্থু য়েংত্তুনা লোন্না অত্তুম লৈহৌবা ইউক ঙক্না।

**DROP**

---

অহুমশুবা মতাং

# অহানবা উৎপা

## লম্বী, অমুক পুং ১০ তাবা মতম

থানীল অমস্তুং সনানা কৈথেন্দগী পোৎ-চৈ খরা-
লৈরুরগা য়ুমলোমদা লাকপদা ব্লারী শাবা ।

সনা— লিক্লাইগা থম্বোগনা ঐখোয়গী নুপীমচা অহন ইমামচা চীফ মিনিষ্টরবু অতুক নুংশিরম্বতু লোক্তাক্তা মতম খরা লৈরম্বা কোঙ্গোলগুম হুজিক্তি লোইনা তাকখ্রেদো !

থানী— তাইবংপান অসিদা করিগুম্বা পোৎ অমা লৈরম্মগা পুম্মাং মাংখিবা য়াদে, মশক মওং হোংখিবা য়াই। সাইন্স ওইনা হায়য়ু হারগা লোক্তাক্তা লৈরম্বা কোঙ্গোল অতু নুংশিংনা পোংথোকহনবা ঈশিংগী ব্লাদর বোল। নুংশিংনা নুংশিত্তা তিনখ্রে, ঈশিংনা ঈশিংদা তিনখ্রে, মশক ওনখ্রে পুম্মাং মাংখিবদি নত্তে। সাহিত্য ওইনা হারয়ু হায়রগা চাংজো নাইদ্রব নুংশি ঈপাক লোক্তাক্তা তাওরম্বা কোঙ্গোল তাক্কলবশিংদো অওকপা অকনবা নোংলৈনা খোমজিন্দুনা ঈথীঙ করাং থাঙ্গনা চীংবা চীংজাও কয়া ওনখ্রে।

সনা— কোঙ্গোল্লা চীং করম্না ওল্লিবা ?

থানী— সাহিত্যনিনে ইবেম্মা সাহিত্য ।

সনা— সাহিত্যানি হায়তুনস্তু নাতৈ চাদবা য়াস। লিক্লাই থম্বৌনা ইমামচাবু নুংশিরম্বা কোঙ্গোলশিংন্তু, করম্না থাঙ্গ, করাং চীংজাও ওনখ্রিবনো ?

থানী— অতুডৈ নংনা লৈশাক্সিডৈ খুবাক ইশৈ বাশোক শকপা কোইচৎ চংলম্মী, পুংয়ৈবস্তু নত্তবা তানথাবস্তু নত্তবা পাথং অমা কোইনা ইল্লিদনা। মীনা নডোন্দা হৈ মচেৎ অমত্তং ক্না মতপ অমত্তং নুংশিন্তুনা চাও হায়তুনা পীরকপহু নংনা চাগেদি হায়দতুনা ঐঙোন্দা লোন্না পীজনবা রুমালদা পুন্দুনা থম্বদো কাওরবরাও ইশৈ হনবী।

সনা— কাওজদে, পুংয়ৈদনা তুং ইনবা।

থানী— অতুডৈ নংনা রুমালদা যোমথিবা ক্নাহ্ হৈহু হুজিক ইচা অমনা মন্ত্রী ওইরবা অমনা লৈশাবী পোমশাৎমরবা মতম-শিদদি ইপোক হোৌরবা ঐঙোন্দা পীজনিংদ্রে নচাদা পীজ-নিংলে হায়বা।

সনা— ধর্ম্ম নত্তবা য়া হায়নুনে, মাই পাবুংদা পীজনিংদে হায়বা য়াসিবু অঙাবা অমনা তাখ্রগা করি হায়গদগে ?

থানী— অওইবা য়াদি তাগে তাসনু সনা। নহাল ডারৌ অমত্তং হাপ্পু হায়বদা অহাওবা ডাদি লৈজদ্রে হায়তুনা থাবক্না নচানুপীগী থাক্লগা ডক্রা সোরো উইখ্রবা ঐনা শাইবা ওমদবা ২/৩ হাপ্লবা অতুবু অতুডৈ রুমালদা কিথিবা ডারৌরা ? ( কপ্পা )

সনা— থাবক হাপই মরুনা চাবা য়াদে, লৈরৌ হাপই উইবনা শাইবা য়াদে, কনানা থাংবা ঙমগদগে, মাই পাবুংনা পোক-হৌঙেদগী তৌরকইবা নিঙাইসিবো ! ঐদি ওঃ থোংনা কপ্পীংইদকো করম্বা নোংদম থীবা বিধাতানা অতুডৈ অতুক মবুক করম্বা খুবাক ইশৈ কোইশক শকউবা হল্লকপদা লফু ইরোনবগা উতোঙাগা হাওই হাওই চামিন্নরম্বা নিপাবু অম্মুক নিঙাই ফত্তবা হন্নুবা ওনহনবীরকইবনো ! হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ । ( কপ্পা )

থানী— তাওনে ইবেম্মা শ্রীমতী রাধে ! অতুডৈ কদম মথোংদা নম্বুল তুরেল মপান্দা মান্দোপ মান্দোপ্পা খুবাক ইশৈ শকপা চৎমিন্নবদা পুল্লম্বা লীমোন থৌরিদগী হেন্না কনবা নুংশি লীচিংদো হুজিক্তি নোংথাং চাইরে, নুংশানা কাহৎলে সুম চারে থাকলে। লংলা কয়া ফায়রবা থৌরিদো মচা মচা লোথোক্লুনা ময়ামদা য়েংস্থোকখিত্নুনা য়া শোল্লে ঙমু লৈরো অউইবা শাইবা ঙম্লক্রে। ( কপ্পা )

সনা— লিক্লাই থম্বোগী ইমামচা নুংশিবগী রাদগী কদাইদনো লম কয়া কোইনা লেংখ্রিত্নুবো—।

থানী— মতুদা তারক্লদৌরি।।নি প্রিয়ে, লাপ্পা থক চৎথোকওই। লিক্লাই থম্বোনা নচানুগী নুংশিরম্বদো নুংশিদবা নত্তে নুংশিরি, ইবানিনা হৌজিক থরা হন্থবা লফু ইরোনবা ফাবৌ হাওবা ঙমদনা নুংশিনবগুম। ইবানিনা নুংশনবদো ইচা ইগুদা থরা থাইদোকখিত্নুনা ময়েং তাথিবগুম ইমামচাবু

য়ুবী থৌরিমুক কন্না মুংশিরম্বদো মরৈবাক অমসুং লৈত লাইর প্রজা ময়ামদা য়েন্থোকখ্রে। মখোয় অহুম্মক চাক ফী পার্টিদা য়াওহুনা লৈবাক্কী থবক তৌবদগী ময়ামনা য়াহুনা হৌজিক অহুম্মক মন্ত্রী ওইখ্রে। ইমামচাবুদা মুং-শিবা লোক্তাক্কি কোঙ্গোন মচাদো লৈবাক অমসুং মীওইববু মুংশিবা থাঙ্গ, করাং, চীংজাও ওনখ্রে।

সনা— লৈবাক্কী থবক তৌরবনি মন্ত্রী ওইরবনি হায়হুনা খাংলবসু মীগী মচাশিংদি নিপানিনা ফৈ, নচান্নুপী লৈশাবী অমরসিবু চহি লীশিং কয়া লৈশাখিগদগে ?

থানী— অরুবা থবক্তা য়াই চিন্দুনা তৌজরিবনি, অরাইবা করিস্নু লৈতবা থবকতুগী য়াইকুপপুবী নংনা য়াবিরিব্রাও ? মণিপুরদা পাথং শরি পীকথন্না লৈ মানা থবক শংবা কান্দা ১০ থংদে ২০ থংদে মরাইনা থীজনি নথৌ ইথৌ লৈব্রাও ?

সনা— ইচান্নুপীগী ইয়া থীববু ইথৌ নত্রবদি ঐগী ইথৌবু করিনো ?

থানী— চুম্নগী লৈশাবী মীচম নত্রবী Chief minister ওইরবী লৈশাবী ভীষ্মগী নিপাবু নং ঐনা থীবা য়াগদ্রাও ? নং ঐগী ইথৌদি অহুভৈগী লফু ইরোনবহু অমুক্তা হাওনা থোংভনে ইশৈ হনবী, নং অহুভৈগী রুমালহু ক্বাকা য়াওরিব্রা মতপ অমত্তা চাসিনে।

সনা— শুপারি তংখাইনা চপ্পা ক্বাদি য়াওজরি, শায়ব্বীগে হায়ব্রাও?

থানী— হরে কৃষ্ণ মতম অদো !

(চংথিবা)

( ইমামচানা শারী ফজবা অমা শেং আনোক ১ উপ, লাই-রিক অমা পাই, ৱাখল তৌনা মাং থংহুনা লাকপা, তুংদা নবকুমার ট্রাওজর কোট তৌহুনা ফাইল অম পাইহুনা ৱা ডাংহুনা লাকপা )।

নব— অয়াম্বা তান্দুনা কান্নপোং নত্তে, অহানবদা ঐখোয়না পীবা ডয়বা হোৎনগদবা হায়বু চাক্ক ফীগ মী খুদিংমক্তা। চাক-ফী পার্টিনা ভোট হেন্দুনা কাখ্রিবা মন্ত্রী ওইখ্রিবা লৈবাক্কী থবক পুখ্রিবসি মী খুদিংদা মতিক চানা চাক পীনি, মতিক চানা ফী পীনি হায়বা ৱাশক অহু থাজনবগীনি। অহানবদা ৱাশক অসি ডাকখিবতাই।

ইমাম—চাক ফী পার্টিনা চাক পীনি হায়রগা চাক্তা পীবা য়াদে য়েনশাং থুম মোরোক শিংনচিংবা পীদবা য়াদে, ফী পীনি হায়বগা ফৈজোম অমা ফনেক অমত্তা পীবা য়াপোং নত্তে, লিংনবা ইন্নবা ফৈজুপ ওইনবা ফমুং মোন চপচানা মী খুদিংগী পীদবা য়ারোই। অয়াম্বা মণিপুরীনা মতিক চানা হকচাং ফনবা চীঞ্জাক লৈতে, ফৈজুপ কাংথল লৈনদে। মী থরদনা কা হেন্না অরেম অপা নাইনা মরাং কাইনা শিজিন্নবনি, মসি মান্নবা তেমথোকপা অরাইবা থবক নত্তে। তেমথোক্লগা সরেং ডারেন্দা চারম্বা মীদনা কয়া হন্থনা পীজনি ডারি ডাতাইদা চারম্বা মীদা কয়া য়াম্না ফগৎনা পীজনি অসিনচিংবা অৱাইবা থবক নত্তে। হান্না হাওনা চারম্বা অফবতা শেংলশ্বশিংবু মশানা য়ানা মুনবা নত্তনা

হন্থৌ হায়দৌবস্নু কয়া লুরিবনো। মতুগী মথক্তা চাক অমস্নুং ফী পীবদনা ঐখোয় পার্টিগী থবক ওইরোইদৌরি। চাবা শেংপা থুংবদা নত্তনা লৈনবা য়ুম পানবা লাইরিক, অহাংবা মতম লেন্নবা শান্নপোৎ, কুম্মৈ, কান্নবা অমস্নুং সুডাইবা থবক কয়া ২ পীদবা য়াদে। মসি পাঙথোকপা তারবদি মণিপুরদা লৈবা মী খুদিংমক সহযোগ পীবা তাই লীংজেল মান্নবা তাই।

( চৎমিন্নখিবা )

থন্বৌ অমস্নুং লিক্লাই মন্ত্রী স্নুট শেৎলগা নাকন্দ লাইরিক, ফাইল, মেগাজিন···য়েপ্লগা ব্রারী শাতুনা লাকই।

২ন্বৌ— নহান্দি ঐ মিটিংদ থরা ইকাইখ্রে দিয়ার।

লিক— করম্বা ব্রাফমদা ?

থন্বৌ— ঐখোয়গী চাক-ফী পার্টিগী নিপা অমনা হৌদোরকই নুপী মশানা য়ারগা চেনবা য়াবসি করম্বা চহি মতাংদা আইন্না ককসিগে ? অমনা চহি ১৮ দা, অতোপ্পা অমনা ২১ দনা ফৈ হায়। মনিংদ কম্বা নুপা অমনা "অহল লমন য়াদনা নুপী চেনবসি" থিংলসি হায়রকই। থরনা ফৈ ফৈ হায়। অতুদা ঐনা হিরম খুদিংদমক অফ ফত্ত, কান্নবা কান্নদবা সের ফালা থারগা ওন্দুনা য়েংদনা আইন ওইহনবা চুমদে হায়তুনা য়েংলি। ইমামচা চিফ মিনিষ্টরনা দোকানগী সের ফালা য়াওবিরকপ্রা হায়তুনা হংলকপদা ময়াম্না জা লাওনা নোকখিববু সত্য ইকাইখ্রেদা।

লিক্‌— দোকান ফম্নমই হায়বা খংবা কাংবুনা নোকপা ওইরিনি। মুপীমচাহ্নুা পামদবা নিপাদ মমা মপানা য়োনগে তৌর ক্লবদি মুপীমচাহু ঙাম্নু খুন্নু ওনবা তারেনে অহুদে।

থম্বৌ— য়েস, মাইকৈ অমরোমদদা য়েংবা য়াপোৎ নত্তে। ঐখোয়না ভোট য়ামই হায়হুনাম্নু য়ারেপ অহুগী মমল মগুণ মুন্না য়েংদনা নমহুনা তাশিনবা ঐদি য়ানিংদে Numerical majority by itself is not democracy।

লিক— অশেংবনি, ঐখোয়না মশিং য়ামই হায়হুনা মুংশাবুদি থাবন্না ঙানবা হেল্লি হায়বা য়ারেপ তানবা ভোট লৌনবা ইকাইবা য়ানি।

থম্বৌ— দোকান ফম্বা তোক্লগা মন্ত্রী ওইররিবসি ইকাইবা কয়া থারবনী হায়বা উৎপা থোরকপা নত্তে হায়বা।

লিক— থবক হাপ্পগী লেপনদৌরিব Policy অহু অয়াম্বা মীনা ঐখোয়গী মীদ, ঐখোয়গী voter শিংদা merit থোইনা য়েংদনা হাপ্পবা পামই; ঐদি মহু য়ানিংদে। মতিক মগুণ লৈবা হেনবদা 1st chance পীগদবনি অনৌবা থবক মথৌ। করি থনবিবগে হিরম অসিদা?

থম্বৌ— ঐদি সেবফালাগী Symbol দা ভোট ফংহুনা ওইজরকপা মন্ত্রীনিনা Candidate শিংগী মতিক মগুণদো চংনি থাহুনা ওল্লগা শম্না অমা লুম্বা হেনবদা হাপচনি।

লিক— মহুনি তৌগদবা, করিগুম্বা মান্নবা থোক্লো, ঐখোয়গী চাক-ফী

Party দা হাপ্পব য়াই। Party গী মীনি হাপ্পত্নবু B A. থন্দোক্লগা Matric হাপ্পবু লৈবাকমচাশিংগী পনতন্ত্ররাও?

থম্বৌ— খুৎ কল্লি হায়তুনা অতোপ্পা থবক তৌদো শরুক তুকান ফমজরুগে ঐদি (চৎখি)

(লৈমতোন কাংলেন্না লাকপদা থেংনত্নুনা য়েংনবা। লৈমতোন্না অনীদা নমস্তে তৌবা. কাংলেন্না মখোয়সিবু মুন্না য়েংবা চৎনখিবা)।

কাংলেন—অনীসিবু ইবেম্মা কনা কনানো মশক থরা থরা খংবগুম তৌইদা।

লৈম— খংলম্বা য়াই, ইচেমা কোইবম্বা নিপা ডাক্তনি, হুজিক্তি মন্ত্রী ওইমিন্নখ্রে, থবক চিন্দুনা কোইবা লুহোংবা শংদ্রে।

কাং— অং অং মন্ত্রী ওইখ্রবোইরে। অমদি ইশৈগা য়াম্না শকপ হৈবনিনা। নচেমনা পীক্লিডৈ নংমুক চাওরকপা কান্দা মখোয়সি সঙ্গ সঙ্গ ঐডোন্দা ব্রা নোম্বা লাক্লম্বনি হুংশিদা। ঐশু নং পাবুনা পাখংমচাগী উকিল ওইব তোক্তুনা থবক তোকডৈদগী লৌ উত্নুনত লৈরুদনা ইম্ফালগী ইপাং খ দ্রেদো? ডাইথো লাই য়েকপা নুপা নবকুমার হায়বত্নুদি নচেম্মদা য়াওং ইল্লবরা? মখোয়নি পীক্লিডৈদগী ফন হুংশিনবনি হুজিক কমদৌরি?

লৈম— অত্নুগী ব্রাতু পঞ্জরুন্নু ব্রা থোকচনি। হিয়াংথাং লাইরেম্বীনা মখোয়নিসে মফম খংদে অহানবদা নবকুমারন চহি হল্লি হায়ত্নুনা ইচেম্মনা মাডোন্দা তামো কোরম্মী। মপা লৈত্রত্নুনা

নবকুমারসি ঐখোয়দা য়োক্তুনা থম্বসিদা ইচেম্মবী চন্দ্রাসি ওইরে ! চহিদ অশেংবদি ইচেম্মনা হল্লি মেট্রিক সারটি-ফিকেট্ট নবকুমারন হঞ্জবনি হায়হুনা নবকুমারন ইচেমদা ইচেম্মা কৌরে। মখোয়নিসি ঐ জ্ঞান তাদে।

কাং— অঃ অঃ মখোয়নিসি জ্ঞান তাদে চহি থিগৎনফম থংদবী নমহাই তৌনবীদু ওইরেনে।

লৈম— অতুগা ইচেমদো মশা নোইথৎপ থা ৮/৯ শুরেদো।

কাং— অওইবরানে ?

লৈম— মীঙোন্দ হায়দোকল্লু, নরৈ থৎচখিনি।

---

## অষ্টমশুবা মতাং

# অনীশুবা উৎপা

## ( পার্ক—অয়ুক )

লিক্লাইনা নঙ্গন পানবা সিট অমদা মখোং থ্রাক থ্রাক য়াম্থহুনা ফমই, মমাংদা থম্বৌনা mixture না চুরুপ অমা শাহুনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি।

থম্বৌ— ইবানিনা মণিপুরদ লৈগদবসি হুমিৎ ৫।৬ নিদ ভাইঃর নংনা চংথ্রনি ইয়ুরোপ্তা ঐনা চৎলনি U. S. A. দা ইমামচানা মণিপুরদা লৈহৌরগনি নত্রাও ?

লিক— ঐখোয় অহুম্না শেম্ব ত্রিভুজগী রা থাইনাগীদু হৌজিক অয়ুক্তা হৌদোরকইবু করিগীনো ? মন্ত্রী অহুম ওইনা হায়রক্কদৌ-রিবা রা মন্দ্রিনে, হা ?

থম্বৌ— Yes, মন্ত্রী অহুমগী রা নত্তে। মী ৩গী রানি, মুপা অনী ১মুং মুপী অমা।

লিক— অদুদগী করি ? ( মোমোন )

থম্বৌ— নোকথিনু নোকপা য়াবা রা নত্তেনে।

লিক— হোয়নে কপ্প য়াব রাদু হায়রোনে পাখং।

থম্বৌ— ইথন্দনা পাখং ওইরবদি পাখং নত্রবা নংগা পাখং ঐগা রারী শাবা নিয়ম নত্তে তোক্লসি ; লৈবাক্কী রা ওইনা ঙাংনরসি।

লিক— ফাগী তৌবনি, লৈবাক্কী থবক পাইখৎত্রিডৈ অয়ুক ঙাই-হাকসিদি পাখং ওইরবম্ব য়াইদ, হায়রো মিষ্টর পাখংগা পাখংগা থাইনাগী লৈরাংদুগী মরমদা করি রারি শাসি হায়ব মীদি তাথিরোইকো।

( অনীমক কোইনা তুংদম্ব য়েংবা )

থম্বৌ— ঙসি অয়ুক পুং ৭ তাবদা ইম্ফাল রেদিওদ করি হায়খি তাহৌব্রা ?

লিক— তাহৌদে, ঙসি ঐসি ৭॥ দা হৌগৎলি। ঙরাং ফি শাবীশিংগী কো-ওপরেটিভকী স্কীম অমা শেম্বদা পুং ১॥ রোম তাথ্রদুনা ঙসি হকচাংসি ইত্তেক তেকলে। ( চুরুট অমা চমদুনা থকপা ) রেদিওদ করম্বা মুংঙাইবা নত্রগা অরাবা পাও ?

থম্বৌ— মুংভাইবস্থু মত্তে অরাবস্থু নত্তে, ঐগীসিদি অঙকপা পাওনি।

লিক— মুংদাংদ লম্বোইব মচা মচা শাত্নুনা লৈশাবী ভিক্ষা নিবফাও চংলক্তুনা খিরবা ঐখোয়দা হুজিকপু খোইমু লৈরাংগী ব্রান ঙকহনবা ঙমগদবা পাওবু করি পাওনো তাসিনে।

থম্বৌ— মিশ ইমামচা ঙরাং মশা ঙমদে হায়তুনা লৈহৌইদনা—

লিক— ঙমদে হায়তুনা লৈহৌই, ঐখোয়না লোবা মুপীদি নত্তবনিনা হুন্দোকলমত্নুনা থবক চিল্লি হায়তুনা ইবানিমক লাকই। কৈন্দোরবগে ?

থম্বৌ— ঙসি অয়ুক মচা নিপা অমা পোক্লে—

লিক— হা ? ( ফিংনা )

থম্বৌ— মচা নিপা অমা পোকলে—

লিক— ( নিংথিনা চপ য়ুংনা ফমত্নুনা ) কদায়দগী মচা ?

থম্বৌ— কনানা খংজবগেনে। ( মমাই ওম্থোকপা )

লিক— হেরা খংদবা য়াব্রনে ? খংউনে।

থম্বৌ— নংবু করিমতা খংদ্রাও ? নং খংউনে।

লিক— পাওফাওবা তাদবা ঐনা কদাই খংউদগে।

থম্বৌ— পাও তাই হায়তুনা ঐনা করম খংদৌরিবা।

লিক— ভাইখো মাবু ( মখুংনা মবুক কংবা তমত্নুনা ) উহৌব্রনে ?

থম্বৌ— নংবু উহৌদ্রাও ?

লিক— ঐদি উববু শংহৌদেনে।

থম্বৌ— ঐদি থবক কয়া শংলত্নুনা উদৌরিবা।

লিক— শুকথং খংদে, মুকউ উদেকো।

থম্বৌ— কি শালগুস্ব অমা চাওনা ইনবদি ফনা কুইরে উবা।
লিক— ফিজ্জাও ইনববুদি ঐস্সু উরেদা
থম্বৌ— মপাবু কনানোনে ?
লিক— নংবু নত্ৰাও ?
থম্বৌ— ঐদি কদাই ওইদগে ?
লিক— ঐদি করম ওইদৌরিবা ( অনীমক মুন্না মুন্না য়েংনদুনা ডক্কুনা নৈনবা ডস্থাক, অত্থদগী হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা জ্ঞান মাংনদুনা ঋাখল তৌনবা )।
থম্বৌ— ভাইখো, লুহোংদ্রিবা নুপীনা মচা পোকপা য়াব্রনে ?
লিক— লৈবাক অমগী মন্ত্রী নত্ৰাও, চেল্লগা পোকপদি য়াদ্রাও ?
থম্বৌ— কদাইদা চেল্লুদুনা পোকইবনোনে ?
লিক— লোম্না চেনফাও তাহোদেদা।
থম্বৌ— লোম্না চেন্দ্রবদি নুপী মথন্দনা মচা পোকপা য়াব্রাও ? তানিংদবা হায়বু।
লিক— করিনো মথন্দা লোইবা য়েনবী য়েরুম কোকইনা পীকথন্না।
থম্বৌ— অডাংবু য়েরুম্নাও ? ইমামচাবু য়েনবীরাও।
লিক য়েনবী নত্রবস্থু য়াওশংদা কেক্রেক ক্রেক চোংবা য়াওরমগনিয়ে
থম্বৌ— অতুনিনে লোম্ন চেনবা চোংবা হায়বো।
( মখোয়নি পুন্ন ফমদুনা ঋাখল তৌরিঙৈ নবকুমার তুংদগী লোম্না লাক্লগা "Hands up" হায়বা মখুৎনা পিষ্টোল শাদুনা, হেক তাবদা মখোয় অনী মখুৎ থাঙ্কত্তুনা লেপ-

থংপা নবকুমারনা মথোয়নি কারক্তা লেপ্লগা মরেংবাদ অনীদা মখুং ২না কোল্লগা **"Sit down please"** হায়তুনা অহুম্মক ফম্মিন্নবা।

নব— ঙসি অয়ুক পুং ৭ তাবদা রেদিওদা শকথিবা ইশৈড়ু তাবিহৌব্রা ?

থর্ম্বৌ— ইশৈ শকপদি তাহৌদেনা ।

লিক— করি ইশৈনো ?

নব— ( শকপা মতেক ওইনা ) ঐবুদা ঐগীতুগী মহাকপুস্থ কাওজ-রোই মুংশিবা ঐহাক্কী কাইনজরোই থাইনজরোই

( অনীমক কোনশিনবা )

"ঐ" হায়রিবা ঐসিবু অসোমগী ঐরা অদোমগী ঐরা ? ঙসিদি ঐ ঠিক তৌদবা য়ারোইদৌরি ঐমচা পীক্লাও অমা পোকলে ঙসি। নিংথিনা লোন্না নিপা থোক্লা তাকথোক-পীগে হায়ব্রা নত্রবদি মাইবী শেল হুনবা চংখ্রি শিং শিংনা হায়দোরক্লবদি চোপ্তুনা তোক্কনিকো।

লিক— অশেংবমক মপা তাকউ য়াব্রবাও ?

নব— ( শাওনা ) লোত্তুনা নৈরগা কনানা তাকতৌরিবনো ? ইচানি হায়তুনা claim তৌগেদি হায়দ্রগা।

লিক— ঐ ওইরবোই নিংব্রাও ?

নব— নত্রবদি কনা ওইগদগে ? নিপা নত্রাও ইচানি হায়রগা কনান কৈদোৱদগে, মী অতৈস্থ পীকথন্না মচা পোক্লরি নত্রাও ?

থম্বৌ— করিস্থ ইকাইফম লৈতেনা। নুপীমচা মানা ইকাইজরবস্থু নিপানবু করি ইকাইফম থোকপগে।

লিক— ঐবু অঙাংতুগী মপারাও?

নব— নত্তবদি কনা ওইগদগে?

থম্বৌ— অঙাংমচাগুম্না চেনগন্থুকো, চেনবা য়াবোইদবা ব্রাদি।

লিক— সাক্ষী লৈব্রনে? হায়রিসিবো? (শাওনা)

নব— সাক্ষী হায়বু ইমাশিনে।

লিক— করম্না?

নব— করম্না হায়সিবু করিনো? ঐনা নেকচরুবা সাক্ষী নত্তেয়, অনেকপা মীনা থংসিন্নদ্রবদি ফন লুরেনে।

লিক— ঐদ কদাইদগী নেক্তগে?

নব— নেক্তনবু সাক্ষী থোরক্কদরাও অস্থুক লুবা কেশতা।

লিক— ফাগী ফাগীদগী করিনোনে হায়রিবা ব্রাসিবো ঐদি অঙাংতুগী মপা নত্তেনে। ব্রাশকউ হায়ব্রাও খাজদ্রগা?

নব— অতুদি কনানা ওইদৌরিবা মপানো? (থম্বৌদা) অদোমস্থু নংপীদেকো?

থম্বৌ— ঐবো?

নব— অহোয়।

থম্বৌ— ঐগীদি সাক্ষী য়াওরিব্রা?

নব— সাক্ষী ব্রাংতেনা অদোমগীস্থ পাবুংনা হায়রিবদি অতৈ কনাগীস্থ নত্তে মন্ত্রী সাহেবকী ওইরমগনি হায়রি।

থম্বৌ— নত্তে, ইমামচা দেবীনবু করি হায়বগে?

নব— হংলুবা য়াদে, মপা তাকওই নখোয় নথৌ লৈতে, তাক-নিংবা মত্তমদা তাক্কনি হায় ।

থম্বৌ— ষষ্ঠী পূজাদি কনাগী গোত্রদা কনানা শোন্দৌরি।

নব— লৈবাক্কী গোত্র হায়বদি অমুক গোত্রদা কনাগুম্বা লৈবাক মচা অমনা হেক্তা শোনবা য়াই হায়রি। মতুদা পাবুংনা হায়রি ইচা থম্বৌ মন্ত্রীবু শোলহনগনি মপা শাহনগনি হায়রি। বার্তো: অতৈ লৌবীরুম্মু ঙসি তরুক্লি শুবা নিংথৌকাবসিদি :

থম্বৌ— ঐদি অতুগী নুমিত্তা পুং ৯ দগী plane তোংতুনা Europe চৎলগনি, দেনমার্কনচিংবা লৈবাক মচা মচা য়েংউনি, মণিপুর শেমগৎনবা মতৌ তম্নিংঙাই থীরুনি।

নব— অশোমদি থবক লৈবীব্রা ?

লিক— ঐস্মু নুমিৎ অতুদা আমেরিকা চৎনবা plane তোংগনি Imphal থাদোক্কনি।

নব— অতুদি কনা নেক্কনি।

লিক— মী নেকপা ব্রাদো শরুক অদোমস্মু মীনিদো ।

থম্বৌ— ঐদি অদোম্মু চৌংনরিয়ে।

নব— বিষ্ণু বিষ্ণু! মী অতৈনা তাগ্রগা করি হায়দগে! ঐদি মী-য়াম্মাংদা chief মিনিষ্টর ইচেমা ইচেমা কৌরিপোৎনি ঐনা কদাইদগী মপা শাবা য়াগদগে তৌহৈরম্লোই।

লিক— নহালমথৈ কৌনরম্বা মীঙ্গৌফমতু ষষ্ঠী পূজা নুমিত্তগী হোং-দোকপা কৈদোগে ?

নব— ঐ ইশানা য়ারবস্থু লৈবাক্কী চৎনবী কাইজরবস্থু অঙাংতুগী মমানবু মপা তাকওই তাক্লিংদ্রি মতম ৱাংলি হায়রিনে। করম্মো তৌগদবসি ফনা লুরি লৈবাক মমাংদা ঐখোয় চাক ফী পার্টিদা মীনা বদনাম তৌদৌরি। য়ারবদি মন্ত্রী অনীগী মরক্তা নত্রগা অনী পুন্না লংফে চৎপা নোংম ৱৈথোকপীরগা মপা শাহুনা ষষ্ঠীসি শোন্দুনা লৈবীরো ঐখোয়দান থাদজগে (কাংলেন্না লীচৈ অমা পায়হুনা মফী তাখৎতুনা লাকপা শাওনা )।

কাং— ঙসিদি ইবুঙো নখোয় অহুম চেনলাকপা য়াপোৎনত্তে, অতুগা মন্ত্রীনি সেকেটরিনিকা হায়হুনা ব্যবহার কায়গাস্থু হায়গনু। নখোয়না লোৎপা হৌরবনিনা কেকু লোৎপী শান্নসি হায়রবনিনা ঐখোয়স্থু ইচা চোপ্পদি য়াদবনিনা লৈবাক মমাংদা কোংফোং হায়বা ঙম্নবা থীদবা য়ারোইদৌরি।

( লীচৈমুক্তুনা পাররগা )

মুপীমচাসি ইনঙ্গন্দা চাওনবা য়োকপনিদো ঐনা। অমা অতোম্বীসিদি নখোয়না খুশি তৌরবস্থু তৌজৌ চাওরগা য়ুম অসিদা লৈরবনি অতোম্বী লমদা লৈবনা পোকপনি। অমা অহনগীদি বদনাম তৌহনবা য়ারোই। ঐদি ফত্তে হায়গে হায়য়ু, অহন্নীনা নফম চাওগে চাওজৌ জবান লৌবা তারি।

৩মক— করি জবান ওইরবনো ?

কাং— হন্দক পোকপা অঙাংসি ঐনা পোকপনি হায়য়ু।

৩মক— হন্দক পোকপা ইচাসি ঐগী ইচানি হায়রু।

কাং— মত্থু নত্তে মত্থু নত্তে।

৩মক— মত্থু নত্তে, মত্থু নত্তে।

কাং— অঙাং মপাশে নখোয় ৩ গী মরক্তা য়াওরে লোৎপা য়ারোই মাইবী শেল হুল্লুবদা ফাওরক্লে, মতিকচাবা সাক্ষী লৈরে। লোম্না থোরক্কেরা, নমত্থুনা ফাও হায়ববা?

লিক— মাইবীনা করম্না ফাওই?

কাং— নিপাত্থু মফম চাওই, ইমামচাগা মশক মুন্নখৎনৈ, রাশিলৈ, মশক ফজৈ। নখোয় ৩গী মরক্তা শোইদ্রে। ১ য়াওরে। নিপাত্থু কেকু লোৎপী শান্নবা য়াম্না পামই ফাওবা হায়রকই। কনানো থোরক্লেনে।

থম্বৌ— সাক্ষীদি কনা?

কাং— সাক্ষীদি অঙাংদো মপা মাল্লে পামানবনে চেনবা য়ারোইয়ে ফোং ফোং।

নব— কনা মাল্লি?

কাং— ঐস্থু তাকওই নখোয় অহুমগী মরক্তা য়াওরে। মানখ্রে, মানখ্রে।

লিক— হেক্তা হায়দোকউবা খুড়া।

থম্বৌ— পাখোংসি ফোংলশি খুড়া ঐখোয় থবক য়াম্না লৈবা ঙাক্তনি।

কাং— মানখ্রে ২, ১ য়াওরে মপা কেবল হেক হৈজিনবনিনে

সত্যা। মিংতা মাল্লি, মানা, মনাতোন, কনাগী লুথমদা তাং-বফাও মান্নবনিনে করিনো ?

( নবকুমারনা লুথম লোন্না মাবা মথোয় অনিনা, কাংলেন উত্থুনা হায়রপ মোমোন )

তাকথোকউ য়াদ্রবদি অঙাংদু য়েংনরুশি লাও।

থম্বৌ— অওইবনি য়েংউশি অওইবনি। ( চংথিবা )

( থানীল অমস্থুং লৈবাকলৈ চেকশিন্না ৱারী শাত্নুনা লাক্লগা ফালদা ফম্মিন্নত্নুনা ৱা তান্নরবা )।

লৈবা— ঙসিদা নুংশা খরা হোল্লীদা সত্য !

থানী— ঙরাং নহানবু কনা নেক্কুনা হোলহনবগে ?

ঐদি মী নেক্কুনা নুংশা হোলহনবসি থাজদত্নুনা ইশানা হোঙ্গে।

লৈবা— অত্নুঙৈ মাইনু পেমচান নুংশাশোর হোনবা তনখীবত্নু মরম খংবীব্রাও ?

থানী— ইমামচান নুংশাশোর হোনবা তনদ্রিবত্নু মরম খংবিরব্রাও?

লৈবা— মাবু মরম ওকই ইকাইবা খংই হায়রিব্রাও ?

থানী— শিনা তন্দুনা চং চং হিংইবসি মরম ওকত্রাও ? মরম চাদনা ইকাইফম থোক্তুন ইকাইরবনি হায়ত্নুনা নুংশাশোর হো-ন্নোইদ্রাও ? মীয়ামনা তোনবিবা অহিংবা জীবগী ধর্ম্মবু করি ইকাইফম থোকপগে। লৈবাক্কী সমাজগী চৎনবীনি হায়ত্নুনস্থু মরম চাদ্রবদি করিগী পঙকি কিরুদগে।

লৈবা— সমাজগী চৎনবীবু ইকাইখুম্নদ্রবদি উশিংনদ্রবদি চৎনবীমখৈ থাংমুথক্তা লে।ইনা কেম্বা তারি, চৎনবী লৈত্রবদি সমাজগী মরল কুইনা পুন্সিরকপদগী ফংলকপা গুণ তুংখৎনদ্রে কান্নদ্রেনে।

থানী— চৎনবী কিরবনি, ইকাইরবনি হায়তুনা মাইনু পেমচাখোয়ন নুংশাশোর হোনব ফাওবা ইকাইখ্রিবদু সমাজগী অথীবা উৎপা অমসুং পেমচাগী অপঙবা পাংদবা উৎপা নত্রাও? সমাজনা মশাগী অমোৎপা নুরা নম্হোকত্রবদি মতিক চাবা মীন মদু শিংনদুনা তকথৎপা তাই। মতম মতমদা মফম মফমদা থোনা ফবা লৌশিং শিংবা মীনা মতম অমসুং মফমগা চাননবা সমাজগী চৎনবীশিংসি মেরামত (Repair) তৌবা তাই।

লৈবা— সমাজগী চৎনবা মেরামত তৌনবা ইশুনিপা অমা ঙসি পোকইবসি মপা মশক খংনদনা লৈখিৰা তারি, ষষ্ঠী পূজানা চহি কয়া য়েথোকপা তারিবগে?

থানী— ইশু ঙসি পোকপদুনবু মপা মশক খংনিংলে, ফুরিৎ খোং-গ্রাও লৈবিয়ু লদু বেরা লৈবিয়ু হায়জগে মপা তাকপীয়ু হায়ব্রাও?

লৈবা— ইশুনা মপা খংনিংবগী রা নত্তেনে।

থানী— অদুদি মপা শানিংবশিংনা অনেকমন ফংনব্রাও? ষষ্ঠী পূজাদা শোন্নবা ওইরগা গোত্রদা খংলগা য়ারোইদ্রাও মপা অশেংবা তাক্তু বস্থু। নত্রগা মপা মশক খংলগা বাসোক

কৌহনগে, ষষ্ঠী চাওনা শোলহৎমগে দক্ষিনা য়াম্না তৌহনগে ইন্সিন, ইন্সিন্দুনা শেল অমস্তুং মতম য়াম্না চাদিং তৌহনগে অসিরাও ?

লৈবা— লৈবাক খ্বাইগা মান্নদ্রবদি মীন নোক্লবনে ইকাইবা খং-দবশিবু নপা নচাগী ঠিকারাও ? লৈবাক্কী অচৌবা থবক অমা তৌরগা চীফ মীনিষ্টর ওইরগা মীনা নোক্লনিংবা থবক তৌবা হৌনদেয়ে।

থানী— মীনা নোক্লনিংবা থবকশি অচৌবা অঙম্বনা শেল চাদবা, ঘুষ পীবদা লৌবীয়ু য়াদবা চীরোল চংদবা অনৌবা অফবা নিয়ম চৎনবী হৌদোকপা নত্রগা ফনবা শেমদোকপা অসিরা।

লৈবা— মপা লোৎপসিবু অরেম্বা থবক্লাও ? সমাজগী চৎনবী ফগৎ-নবা শেমদোকইব্রাও ?

থানী— মপা নত্তবনা মপা শাবদি সমাজগী মাইদা উৎ চাইবা নত্রাও ? মপা নেকপা ফংদ্রগ, লোৎখ্রগা মুংশাশোর হোনবা তোক্লবা হোৎনবদি অফব্রাও ? মীন তাকওই সমাজনা থীংব মীশক্তি হায়বস্তু নত্তে মতম চানা ফোংফোং তৌরক্কে মহায়জরি অসিবু করি কাইবগে ?

লৈবা— মমাক ইবুঙোহন কেকু লোৎপী শানদৌরিবু কয়া কুইনা শান্নদৌরিবনো ?

থানী— থম্বোগা লিক্লাইগা লুহোংদ্রিফাও।

লৈবা— অতুদি ষষ্ঠী পূজা নংনবা মথোয়নিগী মুপী অমকম থিদবা য়াদ্রে ।

থানী— লৈবাক্কী মন্ত্রী ওইতুনা থবক অস্মুক চিল্লীবা মীশিংতুবু করম্না লুহোংনবা নুপী থীরু হায়দোরিবা ?

লৈবা— মখোয়না থিদোবা মত্তে, ঐখোয়না থিবীনি মখোয়গী অহল লমনগা তানরগা ।

থানী— লুহোংবা শংদে হায়রবদি, লংফৈস্থু চৎলনি হায়না তারি চয়োল অসিগী মনুংদা ।

লৈবা— লুহোংববু কুইবা পোৎলা লৈ পরেং অমত্তং হুক্লরগা লোইরে চৎত্রিডৈদা ।

থানী— অহায়বা নুপী অমা মপানা থীজবস্থু লৈ, অদু পামদ্রে হায়রগা মণিপুরদা মখোয়না লোগে হায়বদা মাই হায়গদবা লৈশাবী লৈব্রাও ? হন্দক্তি মখোয়গু লুহোংসি হায়বদা বেরা তৌররোই তান অমা চারে ।

( হোগৎপা ২মক )

থানী— করম্না তান অমা চারিবা ?

লৈবা— মখোয় অহুমসি থবক্না থবক চিনবগা লুহোংবা হানবা ইকাইনতুনা তাঞ্জা য়েংনতুনা থাংনরিবা জাৎনি ।

থানী— নচা ইবেম্মা নুপী ওইনা পোকপীনা চোপ্পা হৌবসি নিপী ইবেম্মনা নুপা ঐগী ইমাংদা ইকাইবীদ্রাও ?

লৈবা— মতু নুপীবু মহৌশানা নিপাদগী থোৎপা মেংবা ফজবা হেন্না শেমলম্বনে ।

থানী— ইবেম্মখোয় নুপীনা ইকাইবা থিত্তং ব্রাৎলিবসি ফজবরোমদা খিৎতং হেনথিবনা ওইরে।

( চৎমিন্নখিবা )

## অহুমগুবা মতাং

# অহুমশুবা উৎপা

"চীফ মীনিষ্টর ইমামচাগী য়ুমদা মষ্ঠী পূজা নুমিৎ নুমিদাংৱাই পুং ৩৷৷০ তাবদা ফজরবা ফমুং অমদা ইমামচা মফী নান্না কেন শেং-লহুনা হিপই। চৌকী ফজরবা মোমপাক হানবা অমা থাবি, নর্জ ২ না খুয়া লুখুমদ লেপ্তুনা সেবা তৌগদবগী ডাইরি। নৈমতোন্না মচেমগী মনাক্তা ফম্মাংদা ফমহুনা চামচনা হৈ মহী ইল্লি।

মেজ অনানবা অমগী মখক্তা নৈশবী অনাগী ফোটো ডারী। লা অমদা ফজরবা নৈ পরেং ৬ নৈ। টেবল মনাক্তা চৌকি ২ থারি। মহুদা লিক্লাই অমস্তুং থম্বৌ ফমহুনা ৱাখল তৌরি। ইমামচাগী লুখুনদা থাবা চৌকিদা নবকুমার ফমই। গ্রামোফোন রেকোর্দ অমা খোংই মাগী মতুংদা নৈবা মেজ মচা ১ দা।

ইমাম—(নৈমতোন্দা) রেকোর্দ খোংগল্লু তানিংদে (নৈমতোন্না রেকোর্দ খোংবা লেপহনব) ঐ ফমগে শোগৎলু।

(নর্জ অনীনা ফমহনবা)

ক্ষাং— ওসি ষষ্ঠী পূজা নুমিৎনি হায়ৱুনা তৌৱা অডাংশিবু পঙকপতা কপথ্রে মপা কোর কৌৱহুনা। ইবেম্মা নখোয়নি অমুক্তা উপাই অমা তৌনা মপা লাক্তি নৈশিদা।

(নর্জ অনীনা চংখিবা পরপ পরপ)

নৈম— খুড়া কাংলেন অডাংনা মপা করন্না কৌই?

কাং— জি জি আঃ আঃ।

(থানীল অমস্তুং লৈবাকলৈ লাকপা)

থানী— অঙাংশা ঙসিদি ওন্থোকপা থবক অমা তৌরে, নখোয়গী ঙসি প্লেন্দা চংপা হায়বসি য়ৈথোকপা ময়াদ্রবা জাংলা? লুহোংবসি ঙসি দশা অমা তারে ৫ নিদং য়ৈথোকতবা য়াদ্রেনে।

ইমাম— পাবুং লংকৈ চংপদি য়ৈথোকপা য়াপোৎ নত্তে। মী ময়াম আদা ঙসি থুংলনি হায়তুনা—ঙাইতুনা লৈরমগনি। প্রোগাম অতৈ অতৈ মথং ২ কাইবা য়াপোৎ নত্তে।

থম্বৌ— লুহোংবগীদি নুপীমচাশিংহু মশা মশা য়াওদ্রবস্তু মখোয়গী ফোটো ফোটোদো ভাবনা লৈ হেক্তা হুক্লগা লোইরে।

লিক— মতুদা তাইয়ে য়ৈথোক্লদবগী শরুক ঐখোয় ফোটো অমমম মখোয়নিদা অমমম হেক পীবিরবা অতুগা ইমাশি খোয়না হেক ফনবা শিনবীরবা।

নব— মতুনবু ইশম শম্মেনে, মুমিং য়ৈথোকনুসি হায়রবদি।

লৈবা— নুপী মচা নংগী মোঙী?

ইমাম— ময়াম্নবু য়ানরবদি ঐগীদি বেরা লৈজদে।

সনা— অতুদি লুহোংবগী লৈ হুকপাসি মতম থেংদনবা হৌবশিনে, (কাংলেন্না রেকোর্দিতা কন্সার্ট ফজবা ১ খোংবা। লৈবাকলৈ অমস্তুং থানীলনা লৈ পরেং অমমম পায়তুনা ফোটো অনীতুদ পীরগা ফোটোদা য়াওবা নুপী মচাশিংতুনা পায়বগী ভাবতা লৈ পরেং অনীতু লিক্লাই অমস্তুং থম্বৌগী মঙক্তা হুকপা, ফোটো অনীতু মেজদা থম্মগা, লৈপরেং অমমম থম্বৌ

লিক্লাইদা পীরগা ফোটোদা হুকহনবা । মহু লোইরগা ইমামচাদা অমা অমস্থুং নবকুমারদা লৈ পরেং ১ পীবা। থানীল অমস্থুং লৈবাকলৈগী মতেংনা মখোয়নিগী লৈ পরেংহু হুক্লহনবা—। মহুদগী ঘড়ি য়েংনহুনা থেংথিবগী লাংতক্লবা। রেকোর্দ লেপ্পা। থম্বৌ লিক্লাই হৌগৎতুনা ময়ামগা খুং শোক্লবা……ইকোন কোনবদা ইমামচাদদি চপ মান্ননা অমন খুং য়েং অমনা ওই পায়হুনা শোক্লবা, থানীল অমস্থুং লৈবাকলৈ য়েংনহুনা মোমোন নোকপা।

ইমাম— পুংসি থেংলে, প্লেন্না ঙাইহুনা লৈররিনি। ময়াম অমুক্তা থিন্দোকপীরু। ঐদি স্থুম লৈজহৌবা তারে। নমস্তে।

থম্বৌ-লিক্লাই-- নমস্তে।

( থিন্দোকথিবা ময়াম্না, ইমামচা মথন্দা লৈহৌবা )

—x—

*The End*

# অনী থোক্ক চীংখায়রে থম্মো:

## অহানবা মতাং

### ১বা উৎপা

---

মতম হায়স্কুলগী রিহারশেল হোলদা অয়ুক পুং ৮ তাবদা ছাত্র-ছাত্রী ময়াম্ম দ্রৌপদী ফিমুনবা লীল। দ্রেস বিহারশেল তৌরি। লীলা তম্বা মরক থৎতুনা লাংই, নোকই, চা-থকই ইনিল-নিনবা মখোল তায়। ইঁশে তম্বা মখোলস্মু তায়। রজনী দেবীনা মচা নুপী সন্ধ্যা থিবা লাকই। ময়াম্মা লাংইবস্থু ঙহাক তারগা—

রজনী— নুপী মচা—সন্ধ্যারানী! তাবিপোং নত্তে, মথোয়গী লীলা হায়বসি নুংঙাইথ্রমালেদা। নুপীমচা নংবু তারিব্রমে? সন্ধ্যা রানী! ঙঃ দ্রৌপদী শাবী! [ চিংনা কৌই ]

সন্ধ্যা— [ চেন্থোরক্লগা ] ইমা ঐবু কৌব্রা? করিগীনো ঐ চাক্কা খোংবা ঙম্মোই। হোরেল হুংদাংস্মু নংনা খোংগদবনি। ঙাসিদি ঐঙোন্দা রা অমতা হায়জরক্কনু। [ চঙথিগে তৌই ]

রজনী— ঙাইথোনে যাজ্ঞশ্রেনী দ্রৌপদী শাবী, মঙাদা ঙঙবী।

সন্ধ্যা— [ শাগুরপ ] কনানা হায়রিবনো ইমা?

রজনী—কয়া কুইনা লোংপা য়াগদগে। নিংথৌগী মনাদি ফক্লাংদা থেৎপনে, "মতম" হায় স্কুলগী হেডমাষ্টরদি নিংথৌগুম্বনে। নখোইনা তমইবা লীলাতুগী মরমদা নপা নিংথৌ লোইনা

থডলে। দ্রৌপদী ফিমুনবা লীলা ডসি মুংদাং নখোয়ন শায়গে লাক্লরে, নংনা মডাদা ওডবী শারি। চুমদ্রা ?

সন্ধ্যা— লীলা শায়রগা কৈদৌগে ? দ্রৌপদীবু শারবম্মু মীনাইমুবীবু শারবমু নথৌ করি লৈবগে ?

রজনী—ঐগীদি বেরা লৈতে। মডাদা লৈগে লৈয়্, চামদা ওডগে ওডউ, মতমগী চাউখৎলবী ইবেম্মা। মথৌ ওইনা থিংলিবদি নপা নিংথৌ হেডমাষ্টরনা।

সন্ধ্যা— লীলা উত্তুনা শায়বা ছাত্রগী লাইরিক তম্বগী মশা অমনি। কনাগীসু থিংবা মথৌ নত্তে। মীওইপোক্কী অধিকারনি।

রজনী— মতমসিনা ফত্তবনা থিংদৌরিবনি। ডরাং নহালদা ছাত্র-ছাত্রী ময়াম হৌদুনা ছাত্রগী কাউন্সিল পীগদবনি, ইনকিলাব জিন্দাবাদনা লৈবাক অসি ইনীল নীল্লে, অদুগা নখোয়ন লীলা উৎতুনা ভাবোক্তা মথৌ শডবা য়াত্রা ?

সন্ধ্যা— অফবা অচুম্বা লীলা উৎপনা অয়েংবা ভাবোকী মথৌ শডবদি শডগদবনি ইমা! নমথাক অমসুং লৌনমগী পাওজেলনা নোংপুবা লৈচিন ওইদুনা আতিয়া পুম্মম ময়বা মতমদা অচুম্বনা মরক মরক্তা নোংথাং কুপ্পা ফত্তবা নত্তে ইমা!

রজনী— অচুম্বা ফজবা উৎপা খরাইগী লীলা ওইরবসু কৈ, নখোয়দি অদু নত্তে হায়নে, মীগী ছিদ্রদ ইবা মীবু লক্কবা করেম্মবা মুংতুম্না থাও ইনশিনবা লীলা ওইনা তৌই হায়।

সন্ধ্যা— দ্রৌপদী ফিমুনবা লীলাবো ইমা ?

রজনী— লীলা মমিংনা চৎনদে, নখোয়গী মরক্তা য়াতেকপা অমা য়াওরি হায়। মানা হৈরবদি ফজরবা রামায়ণ মহাভারতগী

লৌথোকপা ব্লারী ফাওবা মীগী মথোইদা শিক্লবা তুমশং ওল্লি হায়না ভারি। মরম অতুনা হোরেল মুংদাং নথোয়না শান্ননি হায়রিবা লীলাসি থিংদৌরি খণ্ডউ। নপানা হেডমাষ্টর ওইরগা অতুগুম্বা লীলাদা নং য়াওবা চুমদে মুপীমচা।

সন্ধ্যা— লীলাতুগী মরমদা কনানা পাও পী ইমা?

রজনী—স্কুল কোম্পানীগী সি-আই-দি ব্লাংকদ্রনে মুপীমচা?

সন্ধ্যা— বি, এ, এম, এদা তম্বা লীলাগী সমালোচনাবু ক্লাস ফাইভ সিক্সতা তম্মিবা মনপ চোরিবা ছাত্রনা পারগা বাবানা করম্না থাজরিবনো? থাজগল্লবদি নোংশা ফাওবা থেবনা ভম্মি।

রজনী—অতু অদা খণ্ডদে স্কুল সরকারগী মচা নংদা য়াওবিরুনু। ঐগীদি নং ব্লারক্লগা লোইরে।

সন্ধ্যা— ঐনা লীলা য়াওরিবসি ফত্তবা থবক নত্তে ইমা, ব্লারক্কে হায়রগা মুম্না খণ্ডদবা লীলা শান্ননু খিংইবা সরকার বাবাতু ব্লারকপীক। [হোলদা চংথি]

রজনী— মসিনা দ্রৌপদী শাদনা কনানা শাগদগে কয়াদা য়ৈনিং-খ্রবনো! মপানা লীলা থিংউ, মচানা লীলা থিংহনগনু মরক অসিদা ঐমা ভোদৌবসি।

[ মথোঙ থীন্দুনা মকোক হোৎতুনা হনখি ]

[ লিদর রতন সিংহনা লীলাগী দাইরেক্তর ওইতুনা মাগী এসিষ্টেন্ট চাওমচাবু প্রোমতরস বুক পায়হন্দুনা

শিল্প লাংই। চোবোর ফিদা থায়, নাকল অমদা যুধিষ্ঠির ভীম, অৰ্জ্জুন, নকুল, সহদেব ফমই, ধৃতরাষ্ট্রনা চোকীদা ফমহুনা বিছুর, বিকর্ণ কুম্মৈ য়েংই রাজসভা তিল্লি। রতন সিংহনা কোইতাক তাক্লবা মতুংদা প্রোমতরগা মখোয়নি হন্দোকতুনা "ষ্টারট" হায়না লাওরগা লীলা তম্বা হৌহল্লি ]!

শকুনী—কমদোই ছুর্য্যোধন মহারাজ?

ছুর্যোধন—মাম ইবুঙো বড়মন্ত্রিগী কৃপানি। ঐহাক্না নিংজবা পূমথুং থুংগদবা থিত্তা ডাইরে।

শকুনী—হৌজিক পাণ্ডবকী মরৈবাক, মরল মথুম, শল, শগোল লোইনমক ইমাক নিংথৌগী ওইরে। মখোয়গী থানবা পোম্বা লৈজদ্রে। করি হায়বগে যুধিষ্ঠির নখোয় মঙাম্বু অমমম ওইন মাঙহুনা মীনাই ওইরেদো?

যুধিষ্ঠির—মাম, ঐখোয় মঙাগী দ্রৌপদীদা মঙাইরে, থাবা য়াবা লল মথৈ লোইনা মাঙলে।

ভীম— হৌজিক চোবরদা মাঙখিবা লন-থুম, লৌ-ইঙ্খোল, লৈবাক ইশা ময়ামসি জুৱারদা মাঙবনিদো মাম শকুনী।

শকুনী— মানি য়াইমা, মানি।

ভীম— শান্নবা লোইরে, ছুর্যোধন মহারাজ ইনাক খুনবা হেঙ্গৎলে। লাইররবা, লৈবাক লৈত্রবা ইপাঙ্গলদি লৈজবা এখোয়না ফুদেকতুনা মুনবা য়ারেদনকো।

[ গদা পায়হুনা ভীম হৌগৎলি ]

যুধিষ্টির— য়াইমা ?

ভীম— আজ্ঞা !

যুধিষ্টির— ভীমসেন।

ভীম— দাদ মহারাজ !

যুধিষ্টির— জুরারদা থাদোকতুনা মাঙখ্রবা ইশা মীনাই, শেল, লন থুম্বু মুন্দুনা লোবা হৌনব্রা ? ক্ষেত্রি মচানা তৌনখ্রবা জবান ঙাক্তবা হৌনব্রা ? হয়েং তুংদা হৌরকপা মশা শোনবা মখৈদি নংগী নতৌ অতুগুম্বা কিন্থনা জুরার শান্নবা ফংদবা তারে। মতু চুমদে বৃকোদর।

ভীম— অকন অকন মুন্নবসিবু ক্ষেত্রি মচাগী ধর্ম্ম নত্রা দাদ মহারাজ !

যুধিষ্টির— মতুগী মতম চাদ্রি, মফম চাদ্রি ভীমো ! জুরারদা থাদোকখ্রবা শেল পাম্মুরকতুনা মনাও থাজিন্দুন মুনহল্লি হায়তুনা লৈবাক্না ঙাংনখিনি, নং তুমিন্না ফমখো ! ঙসিগী দাও অসি ওন্থোক্না য়াখিদ্রেনেকো অর্জ্জুন ?

অর্জ্জুন— অসুক য়াদবা দাওদি য়াম্বুং মহারাজ পোকপদগী যেংনরক্তি।

নকুল— দাওসিনা মতোইনা য়ারকত্রবদি করিনো নুপী অঙাংগী মবীক মকোন ফাওবা থংতুনা থানিংঙকপনি দাদ মহারাজ।

যুধিষ্টির— দাওসি অমুক অনিরক্কংদি মাঙবগী মাঙবা য়েংনিংলিয়ে ইনাওশা !

অর্জ্জুন— এখোয়না হৌজিক তৌগদবা ফিবম্সি ফনা লুরি।

সহদেব— য়াম্বুং মহারাজগী মালখাঙ, দাদ য়াইমগী কৌমুদী গদা,

তাতোনগী গাণ্ডিব, তাতোন মচাগী লুহুপ অতুগা ঐগী পাঞ্জি খুৎপায়গা ময়াম অসিনা পোম্থা অমা ওইনসি য়াগদ্রা খণ্ডদ্রে।

অর্জ্জুন—তুমিন লৈয়্ সহদেব থয়াই ওইরিবা খুৎলাই বন্ধান থমত্তনা জুয়ার শান্নবা হৌনদে।

ভীম— ( লোম্না ) পাঞ্জি মচা নংবু ডসিগী জুয়ারসি শান্নত্রিদ্রৈদা খুৎলৌকা ফাকলকত্রাও ? মাঙখিবশিংসি মমৈদ অমুক হঞ্জিল্লক্কনি হায়বা শেনমিংকা উরকপ্রাও !

সহদেব--খুৎপায় ফাক্লক্তে দাদ য়াইমা, সিয়োনা শান্ননি হায়ব খণ্ডদ-বনা। গ্রহগী দশা অঙকপনি তায়াইমা।

দুর্য্যোধন—য়াম্মুং মহারাজনা হৌজিক শেম্মাং মুংঙাইতে লাইবক অমুক অনীরক য়েংবিখিগে হায়রবদি ঐখোয়না হরাও হরাও চানিংগদবা পোম্থা অমদি লৈরি।

যুধিষ্টির—করিনিনা দুর্য্যোধন মহারাজ ? [ শকুনিদা মমিং ] !

শকুনী—যাজ্ঞশ্রেনী দ্রৌপদী থাবিয়্ য়ানি ধর্ম্মরাজ।

[ যুধিষ্টির মরূ লুকই রাখশ তৌই ]

ভীম— করি হায়বা দুর্য্যোধন মহারাজ ? নকোকতু কিন্না শুগাইয়্ হায়ব্রাও ? অতুক উশিত্তবা রা রাজসভাদা ডাংব্রা ? নংনা মাম শকুনীদ ইনশিল্লিবদো !

যুধিষ্টির---শান্তি ভীমশেন শান্তি ; অহিংসা পরম ধর্ম্মঃ। তপথো ইনাওশা বুদ্ধি তৌনো। ডরাং নিংখৌ ওইরম্লা ডসি চাক্লিবা শাবা তারি। থীনা মাঙমল্লি অঙাংশা, হন্দোকপা ঙম্মগা ডম, ডমদ্রগা ডমদা লাইবক য়েংলসি হায়ব্রা ? ইথন্দনা থাবা

ডম্পোৎ নত্তে, ময়াম্মক মাডমিন্নদৌরিবনি। নখোয়গী জবান অমুক্তুং তাসি।

[ মক্ন লুকতুনা লৈনৈ ]

ভীম— য়াম্বুংনা অতুক থান্নিংলবদি থাবিরো ঐদি বেরা লৈজদে।

অর্জ্জুন—মাডবগী মাডবা ইশা ফাওবা ইনিং ভমদ্রবদা কৈদৌনগবনো, লাইবক য়েংবিরো বেরা লৈজদে।

নকুল— ননাই ঐস্তু অহল-লম্মনগী তুং ইজরে।

সহদেব—ঐগী শরুক থাকহৌব য়াপোৎ নত্তে, থাতুনা লাইবক য়েংবিয়ু, হজিল্লগা হজিল মাডলগা মাড। সতীগী গুণ য়েংবা হায়বতুনি।

যুধিষ্ঠির—ফরে অতুদি মামনা হান্না হুনবিগদ্রা ঐবু হান্না হুজোরা? শরুদদি ফানন্নুসি থরা থরা শাংনা হুন্নসি মাম।

শকুনী— বেরা লৈত্তে শাংনা হুন্নসি ধর্ম্মরাজ। ইমাক নিংথৌনা হান্না হুনবিয়ু।

দুর্য্যোধন--পোম্বাদি দ্রৌপদী থাবিরেদনা?

যুধিষ্ঠির—থারে দুর্য্যোধন। ঐখোয়না থোইবা থোক্লবদি করি করি হন্দোকপা য়াগনি? দাওগীদি ডসি য়াখিদ্রে। মহায়নবা হায়বতুনি।

দুর্য্যোধন—মাম বড় মন্ত্রী দ্রৌপদী থারিবসি করিন চাবা য়াই।

শকুনী— চানিংবদা চাবা য়াই ইমাকসিদি, মচিন মনাও মডা মীনাই কোক্লবা য়াই। চৌবর হুল্লু যুধিষ্ঠির রাজচক্রবর্ত্তি ওইবিরম্বা ধর্ম্মরাজ।

যুধিষ্টির—পো বার—! [ লংই চংশিন্দুনা য়েংই ]

শকুনী
দুর্যোধন } —থোকত্রে ; থোকত্রে।

[ মঙানা চিন্তা তৌই ]

শকুনী—ঐ হুল্লগে য়েংউ যুধিষ্টির—।

দুর্যোধন—খবা চেকশিন্না থোনবিগনি মামঙাং, হন্দক্কী পোম্থাসিনা অরোইবনি।

শকুনী—[ চৌবর পায়রগা য়ান্না কেনা ] ছ—তিন—নয়।

[ দুর্যোধন, দুঃশাসন য়েংলগা ]

দুর্যোধন—থোক্লে মাম থোক্লে। [ জগোয় শাই ]

যুধিষ্টির—[ শরুদা শংত্রিক য়েংলগা ] অঙকপনি চৌবর নংগী দাও।

[ চিন্তা তৌদুনা ফমই ]

দুর্যোধন প্রতিকামী !

প্রতিকামী—আজ্ঞা সনায়াথং।

দুর্যোধন—হৌজিক চৌবরদা লোকপা মীনাইনুবী দ্রৌপদীবু রাজ সভা আসিদা কৌরকউ। মপুরোইবা থেনা থাদোক্লে হায়রু।

প্রতিকামী—আজ্ঞা। [ চংখি ]

বিদুর— ইচা ইবুংঙো দুর্যোধন মহারাজ, নুপীবু রাজসভাদা করিগী কৌবিবগে ?

দুর্যোধন—খুড়াতোনগী করি খৌ লৈরিবগে ?

বিদুর— বেদ শাস্ত্রদা নুপীবু মবম চাদনা রাজসভাদা পুথোকউ হায়রব য়াওদে। নংগী মাম জুরার মঙ্গীনা তাক্কবদুদা নখুড়া ওইবনা ইচা নিংথৌবু নুংশিদুনা তাকপনি।

দুর্য্যোধন—খুড়াতোনথোয়গী লাইবিক অমনবহূ মক্সা চঙে নিংথৌ অহনবা ঐখোয়দি।

প্রতিকামী—পাঞ্চালীনা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরদা ৱা অমা হংজরকই। মঙানা হান্না চৌবরদা থাবিত্রা নত্রগা পাঞ্চালী দ্রৌপদীবু হান্না গাদোকপিত্রা হায়তুনা ?

[ খুমদনা ঙাহাক লৈ ]

দুর্য্যোধন—প্রাতিকামী নংবু মহারাজ দুর্য্যোধনগী দূতলা নত্রগা দ্রৌপদীগীরা ? নং নক্ষম চাউথংপগী থবক লৈতে, শুজিন্দুনা থম্বা তাই। দুঃশাসন নং চৎলু, পুনিংবা লান্নী মশিং কয়ানো পুখো, দ্রৌপদীবু লৈরম্বা মফমদগী লাঙ্গোই চন্দুনা ফারগা মশা শাগন লাকতুনা লমজাও সড়ক্তা চিংদুনা পুরকউ।

ভীম— অর্জ্জুন, ঙসি ইয়াম্বনা মিত্তা তীল্লাইখোম্বা, তীন্থরোক, কৌজেং হারৌগুম্না উরগা মথোঞ্জেলনা হঙোই বোড়োবীগুম্না পোংতুনা থোংবা তারিবসি ইয়াম্ববু মংঙাক্নরিত্রা করিনো অমা তৌরে, অমুক্তা জ্ঞান তানা ঐবু হৌদোকউবা ?

অর্জ্জুন- দাদ য়াইমা, য়াম্বুং ধর্ম্মরাজনা ননাই ঐখোয়গী কোক্নি থম্মোইনি। কোক্না কৌরক্তন থম্মোইনা থৌজিল্লক্তনা ইচিন নাওখোয় পাম্বোন্না পাক ২ থৌজিন্দুনা ঙাংহৈদবা ৱা ঙাংবগী মরৈ থংকদবসিবু---।

যুধিষ্ঠির—ইনাওশা হিংসাগী মতম নত্তে, শান্তি ওইনা লৈয়ু, নুংঙাইতবা কয়া থাংবা তমগদবনি। থাংবা কনবনা অথোইবা গুণনি।

যুর্য্যোধন—ইনাওশা, মহাবীর কর্ণ !

কর্ণ— তাকপিসি মহারাজ !

যুর্য্যোধন—মীনাই মুবী পাঞ্চালীবু, রাজসূয় যজ্ঞদা ঐথোয়বু করেম্ন-তুনা নোকথিবীতুবু মশা শাগন লাকতুনা লম্বীদা দুঃশাসনবু চিংতুনা পুহল্লকপদা ধর্ম্মদা করি কায়, আইন্দা করি কায় ?

কর্ণ— লমহেনবী মীনাইনুবীবু মপুনা য়ৈত্থুনা ন্নারকপা, লম্বীদা চিংতুনা লৈবাক মীয়ামদা পাওতাক পীবা অধর্ম্ম নত্তে ; নিংথৌনা অপাম্বা লীচং শাক্সং চংপদি আইন কায়বা নত্তে। আইন হায়বসিদি লৈবাক মীয়াম ঙাক্লবা শেম্বনি।

বিদুর— মহাবীর কর্ণ, মদুদি অতোনবা জাংকি লৈবাক্তা চংনবা ধর্ম্ম ঙইরম্বা য়াই, অসভ্যশিংগী নিংথৌশিংনদি, মুপী অঙাংবু লম্বীদা, মীয়াম মাংদা, ঙমই হায়বা মত্তাগুম য়ৈরিব্রা চৈরিব্রা। গাড়ী ন্নালানা লম্বীদা কা হেন্না গাড়ী সন ফুবা ফাওবা সভ্যজাতীদি কুশ্মে য়েংথুনা লৈনদে। মরমদি অদুগুম্বা লৈবাক্তা অন্না অনা কা হেন্না নংদবা হৌনদে, অমঙ্গল তোইনা থোক্তবা হৌনদে।

দুর্য্যোধন--খুড়াতোন্না ঙাংইবা ন্নাজু ন্নাজ-কর্ম্ম চান্নীবু ইকাইবা পীবা ন্নাজবিদ্রোহীগী ন্নাঙাংনি। মী ৫ তিনবা মক্কমদা অদুগুম্বা ন্না ঙাংবগী কৈগুমশংদা বিচার তৌদনা পৎতুনা লৈনিংব্রা ? তুমিন্না লৈয়ু তানিংদে ন্নাজনীতি খঙদনা ন্না ঙাংগনু।

দুঃশা— ( লাপ্লপা ঙাংলকই ) চংতবা য়ারোই ৫ দা ওংবী সতী শানিংবী পাঞ্চালী। মীনাই মুবীদি অনৌ অনৌবা মবুঙোনা

হায়বা হৈনগদবনি। ( দ্রৌপদীবু মশম পায়তুনা চিংতুনা রাজসভাদা পূরকই )

দ্রৌপদী—চৌবরদা ইশাম্নু মীনাই ওইরে, ঐবুস্নু থাদোকপীরে হায়না তারিবসি মচানা হান্না থাবিত্রা ঐবুনা হান্না থাবিত্রা ?

( কনামত্তা খুমদনা তুমিন ২না লৈনৈ )

তোল্লবী ঐনা অহল্লমন ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব কয়া তিল্লবা রাজসভা অসিদা হংজরি, ওসি চৌবর শাম্নবদা ঐবুনা হান্না থাবিথিত্রা ? নত্ত্রগা ইপুরোইবা ৫না হান্না থাবিথিত্রা অথওবা অমত্তা য়াওবিত্রবা ? করিনো ওসি রাজসভাদা ফম্বিরিবা লাইগুরু ব্রাহ্মন বৈষ্ণব অস্নুক য়াম্বনা করিগুম্বা পাওখুম অমত্তা পীবিদবসিবু করি মরমগী ওইরবনো ? ঐবু মীনাই ওইথিনবা থাদোকপিখ্রবা ?

বিকর্ণ— খওদবা মীবু তাকপিবা অখওবা মীগী ধর্ম্মনি, ব্যবহারনি। অচুম্বা হায়দোকপবু করি অকায়বা লৈনতুনা তুমিন্না লৈনরিবনো খনবদা ফনা ওকই। অশেংবা তাক্তবসি করি কান্নবগে ! নিপানা অশেংবা হায়দোকপদা অস্নুক য়ম্নবা করিগীনো ?

ভীষ্ম— ওসি দ্রৌপদীনা হংলিবা ৱাহং অসি অরুব ৱাহংনি—ঐ অসিবু জুয়ারদা থাবা য়াওখ্রবা য়াওথিত্রিবা ? ঐবু মীনাই ওইরত্রা ওইত্রিত্রা ? অহানবদা যুধিষ্ঠিরনা মচিন মনাও ৪ থাদোকখি, মতুদগী মাশাবু খাদোকখি— । মশানা মীনাই ওইরবা করিগুম্বা পোৎকি মপু ওইত্রবা মতমদা

যুধিষ্ঠিরনা পাঞ্চালী নংবু থাখিরম্নি। নিপা অমনা নুপী ১গী মপু ওইবা মওইদুগা হন্দক্ক থোকইবা খৌদোক অসিগা করি বিচার তৌফম থোকপা ধর্ম্ম থাদোকপা ঙমদরা ধর্ম্মরাজ মশানা মীনাই ওইরবস্থ যুধিষ্ঠিরনা খণ্ডইনি।

দ্রৌপদী—ধর্ম্মরাজস্থ তাবিররিনি, ইকুনিংথৌ ধৃতরাষ্ট্র বৈষ্ণব বিদুর-নচিংবা ধর্ম্ম খণ্ডলবা রাজনীতি হৈরবা পণ্ডিত কয়াস্থ উবিরে তাবিরে। ঐবু ঙসি চৌবরদা থাদোকপা য়াওখিবা চুম্লব্রা চুমদব্রা? ঐবু কৌববকী মীনাই ওইবনা চুমইব্রা ওইদবনা চুমইব্রা?

ভীষ্ম— নুপী অচাংবু জুরারগী দাওদা লাইবক য়েংদুনা থানিংবা খুৎ অনিদি মৈন্নুংদা মুন্নবা লোবনা অচুম্বা ধর্ম্মনীতিনি।

বিকর্ণ—ধর্ম্ম খণ্ডলবা বৈষ্ণব, রাজনীতি হৈরবা নিংথৌ বেদশাস্ত্র কয়া তমলুবরা পণ্ডিত অস্থুক য়াম্বনা দ্রৌপদীগী ৱাহংদা পাওখুম পীবা ঙমদ্রে। খণ্ডদদুনা তৌরিবনি খণ্ডদে, য়াস্থং মহারাজ দুর্য্যোধনগী ৱাকোক কিদুনা তৌরিবনি খণ্ডদে অচুম্বা হায়দোকপা অমত্তা ঙম্লদ্রে। অস্থুক চাওরবা রাজসভাদা অশেংবা হায়বা ঙম্বা য়াওদ্রবদি লৈবাক অসি অমঙ্গল কয়াগী পোকফম নরক হায়বদু ওইরবনি। মরম অসিনা ৱাকোক্লা ইকোক থুগাইগে থুপায়বীয়ু, হস্তিনাপুরগী কৈ-শুমশংদা থম্বিবনা পেন্দ্রগা ভগদত্ত নিংথৌনা পানবা লাম্লবা আসাম দেশকী শামুকাঙনা থল্লবা কৈশুমশংদা অরুম্ব পৎতুনা মাংলবস্থ মাংজখ্রগে অচুম্বা লোৎতুনা থম্বা নহা-রোল্লশিংনা খাংদুনা লৈবা ঙমপোৎ নত্তে।

চাওমচা—(প্রোমটর বুক পায়দুনা থোরক্লগা) মাই লিক্লার দাইরেক্টর সাহেব। শাম্নু-কাউনা থল্লবা কৈগুমশঙ হায়বগিনিবু লান্দ্রাও ? মায়টক্লবা লাল্লিব্রা কোপি তৌবদা লাল্লিব্রা ?

রতনসিং—করম্না লাল্লিবা ? (ভোলুম য়েংমিন্নে) কদায়দা লানবগে ?

চাওমচা ভগদত্ত নিংথৌনা পানবা লাপ্লবা আসাম দেশকী শাম্নু-কাউনা থল্লবা কৈগুমশঙদা বিকর্ণ হায়বা নিপামাসিনা দুর্য্যোধনগী লোলেস লো চেলেঞ্জ তৌগে হায়রিবসিদা কৈগুমশঙ—হায়বসি কৈগুম্বা অঙাংগুম্বা শঙ কাউ লৈরম্বদি য়াই করম্না শামনা জঙ্গলদগী শঙ মক্তংদা চংলক্কদৌরিবনো ?

রতন--- হেরা অদুগী ওইরে---রিহ্যারসেল লেপহন্দুনা কোইসন তৌরকইবদে। শাম্নু কাউ হায়বদি শাম্নু অমম্তুং কাউ হায়বা নত্তে, শাম্নুমুক চাওরবা কাউ হায়বনি ফিগর অফ স্পীচনিনে দিয়ার চাওমচা, য়েস গো অন প্লিজ।

[ প্রোমটর চংশি, ডাইরেক্টরনা উইংস মনাক্তা ইঙ্গিৎ তৌদুনা এনকরেজ তৌদুনা লৈ ]

বিকর্ণ— রাম্মুং মহারাজ দুর্য্যোধনগী ব্রাকোক কিদুনা তৌরিবনি খঙদে অচুম্বা রাজনীতি ধর্ম্মনীতি খঙদদুনা তৌরিবনি কনামগুনা মতিক চাবা পাণ্ডখুম পীদ্রে। অম্তুক চাওবা রাজ-সভাদা তিল্লিবা মীকোকথোংবশিংনা অচুম্বা তাকপা ঙম-দ্রবদি নক্রগা কিরবদি লৈবাক অসি নরককুম্না লৈথা তারনি, পানবদা তুজুংগন্দবা অমঙ্গল কয়া কয়া মশিং নাইদনা

খোঙ্কনি। মরম অসিনা য়াকোক কিদবা, হস্তিনাপুরগী কৈতুমশঙ কিদবা আসামগী শামু-কাওনা থল্লবা জেল খানা কিদবা নহারোলনা খঙজবা অশেংবদো কিখল হায়দোকচগে ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা মশাফাওবা মীনাই ওইনা থাদোকখ্রবা মতুংদা পোম্বা লৈত্রবা মতমদা পুকচেল পিল্লবা মাম শকুনীনা দ্রৌপদী থাবা য়াম্নি হায়তুনা ইন্সিমবনি। মশাদা তাক্কনা মীনাই ওইরবা যুধিষ্ঠিরনা পঞ্চাল লৈবাক্কী রাজ-কুমারীবু মাগী লুপী ওইত্রবদা চৌষরদ থাদোকপা ধর্ম্মনীতি নত্তে, আইন নত্তে। মশাবু থাদোকত্রিবৈদা দ্রৌপদীবু থারম্লবদি মহারাজ দুর্যোধনা মীনাই অপাম্বা ফংলম্বা য়ারমগদবনি, দাদা য়াইমা দুঃশাসনা মীনাইনি হায়না চিংবা য়ারমগদবনি। ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠির শাম্নিঙবগী ময়াইনা ঙাওতুনা য়াখল মুন্না তৌদনা থারুবনা রা ঙাংদবনি।

বিদুর— [ খুবাক থুই ] নহামক ওইরবসু বিকর্ণ, ইবুংঙো নহাক হস্তিনাপুরগী সনা য়ুম্বী ওইগদবা অঙাংনি। খুড়াতোন কোনগে লাও অথোবা। [ কপতুনা কোল্লি ]

কর্ণ— ঙরাংদা নোং তাবদা কোকপা ঙথাগুম্বা বিকর্ণ নংনা রাজ সভাদা ধর্ম্মনীতি তাকপা শাম্নিত্রা? মরল মথুম মচিন মনাও মশা কাওবা মাঙলবা যুধিষ্ঠিরনা মখোয়গী মাঙত্রিবা মরল দ্রৌপদীবু থাদুনা মশা হন্দোক্লবা লাইবক য়েংথিবনি। মানা সতী অশেংবা ওইরমতুনা চৌবরনা থোক্লবদি মখোয় মঙা মীনাই কোকওইদ্রা? কোকপদি য়ারগা মাঙবদি

য়াদ্রাও ? অঙাং মন্না তাক্নমু দুঃশাসন মীনাইশিংনা রাজবেশ শেৎলিবত্থু মুল্লু।

দুর্য্যোধন—করিগী লেপ্তুনা লৈরি দুঃশাসন মীনাইশিংথু মফি নানবা য়াদে মুল্লু।

[ মঙানা মফি অকেবা মথৈ লৈতেং লৌথোক্তুনা থমই ]

দুঃশাসন—নফি থম্মু মীনাইন্নুবী, নিংথৌগী য়াথং ইনগদবনি; অঙম্বশিংনা হায়বদা লম হেনগমু। [ ফি চিংনৈ ]

দ্রৌপদী---দুঃশাসন, নহাক অচৌবা নিংথৌগী মচানি, নক্ম চাওরবা যুবরাজনি, নিংথৌগী হেক ভমথংনি। ইফি অনী শুরক্তে মুমিৎ-থা উবা য়াদবা মতমনি, অহল লম্মল ব্রাহ্মন বৈষ্ণব নিংথৌ প্রজা ময়ামগী মমাঙদা মুপীবু ইকাইবা পীবা আর্য্য-জাতীগী হৌনবা লীচং নত্তে ফি থাদোকউ যুবরাজ।

দুঃশাসন—নিপা মঙাদা ওঙলগা সতী শারিবী, তুমিন্না লৈয়ু তানিঙদে, রাজকর্ম্মচারীগী মথৌদি রাজসরকারগী হুকুম ইনবনি। ইথৌনা ঐগী ধর্ম্মনি ঐগী ঈশ্বরনি। নখোয়গী হৌনবা হৌদনবা, মাংবা শেংবা, অচোপ্পা অরেম্বা ঐ করিমতা খঙদে। নফি থাদোকউ, নিংথৌগী য়্না য়াথংনি। মঙাদা ওংবী সতী, নচং নাইদবী নংনা করি ইকাইফম লৈবগে ? [ ময়াম্না মমায় লুকথৈ ]।

দ্রৌপদী—নিংথৌনা হৌনবা খঙদ্রগা, অসভ্যগী শাজং চংলগা, শা কৈগী হৌনশাগুম্না য়াথং পীরগা রাজকর্ম্মচারীশিংনা রাথল তৌদনা পাক-পাক ইনগদবা নত্তে। নিংথৌ কয়া পাল্লমই,

নিংথৌ কয়া শিথিনি, তাইবং মীদি, সভ্য সমাজদি মতম কুইনা লেঙদনা লৈরকই, লৈগনি। সভ্য সমাজগী চংনবী কায়বা নিংথৌগী য়াথংদি লৈবাক মচানা য়াখল লৈবা রাজকর্ম্মচারীনা ইল্লোইদবনি। পুক থন্নবগী ফি অনামবা শেৎনবগীদমক সভ্যসমাজগী চংনবী থাদোকপা চুমদে।

চাওমচা—য়ান মিনিট প্লিজ দাইরেক্টর সাহেব।

রতন— কৈদৌরে দিয়ার প্রোমটর সাহেব।

চাওমচা—মভাদা ওংবী সতী শানিংবী নচৎ নাইদবী হায়দুনা দুঃশাসন্না দ্রৌপদীনা চৈবসিদা দ্রৌপদীনা মতিকচাবা পাওথুম লমহেনবা দুঃশাসন্দা পীদবসি মুংভাইতবা অমা পোকই। স্কুলগী ছাত্র-ছাত্রীশিংনা, ভাবোক্ক? লিলাসি উবদা দ্রৌপদীবু সতী নত্তমাল্লে---মানবু সতী ওইরবদি ঐখোয়স্তু নিপা ১০দা য়ুম পাল্লগা সতী ডবল ওইসি হায়খিরোইদ্রাও? স্কুলগী হেড মাষ্টর ওঝা রাবন্না অসিগুম্বা লীলা অসি উংপা য়াদে হায়দুনা মতুংদা থিংলোইদ্রাও?

রতন— মহু অঋবা য়াহংনি dear চাওমচা! মুনি ঋষিশিংনা অর্থ য়াম্না ফুমদুনা ইরম্বা লাইরিক্কি মহাভারত হায়বসি। **Anything and every thing can not be explained in a play of 3 hours duration,** অয়েংবা ভাবোক্কা জ্ঞান তানা য়াখল মুন্না খন্নদুনা য়েংবিগদবনি। পঞ্চ পাণ্ডব হায়রিবা দ্রৌপদীগী নিপা ৫ নি হায়রিবা ইন্দ্রি ৫গী **Personification** ওইনা ভগবান

ব্যাস থোয়না ইরম্বস্তু য়াই নত্রগা নকুল সহদেবনা মথোং অনি ওইবা, ভীমার্জ্জুন্না পাম্বোম অনী ওইবা যুধিষ্টিরনা কোক ওইবা নিপা অমত্তগী মুপী ওইরিবা সতী দ্রৌপদী ওই-রম্বস্তু য়াই। ভাব মুন্না তাদনা পাক ২ **Criticise** তৌবা লাইরিক্কী মরাল তাক পীশিমবা অশিংবা ভাবোক্কী মতিক ওক্কে। লাইরিক **B. A** য়োরবা রাবন্না লীলা পাক থীং-বিরোই। **Never mind please go on**—দ্রৌপদী শাবী—**Please** !

দ্রৌপদী—যুবরাজ দুঃশাসন! নিংথৌনা প্রজা শেমগদবনি, প্রজানস্তু নিংথৌবু শেমগদবনি। নিংথৌনা হায়রিবমখৈ হুই হৌদোং-গুম্না রাজকর্ম্মচারীশিংনা ইনগদবা নত্তে, য়াই হায়বা খঙ-লবদি নিংথৌত্থু চণ্ডালগী শাজং চংলক্কনি, চয়া রানবদা অঙাং থোংবা চাগে হায়রক্কনি, রাজকর্ম্মচারীশিংনা শ্রীযুৎ ইবুঙো প্রজাগী ঈ-থকপা হৌনদে হাওরোই পুক নানি হায়তুনা থরা থামদবা য়াদে। প্রজাশিংনস্তু মচা মচাগী ঈ-থকপা নিংথৌবু সিংহাসন্দগী মঙক লাকতুনা ইনথুগদবনি।

দুঃশা—মীনাইনুবী নংনা খঙপোং নত্তে, বেদশাস্ত্রগী নিয়ম, রাজ-নীতিদি নিংথৌনা হায়বা ইনবনি।

দুর্য্যোধন—নিংথৌ হায়দুবু অচম্বা নিংথৌ নত্তে দ্রৌপদী। মঙানা করিস্তু হেক্কবা হস্তিনাপুরগী মহারাজ নবুংঙো ওইবদা মতিক চায়বা দুর্য্যোধন্নি (মখুঙ উহল্লি)

দুঃশা— নফি থাদোকউ সতী শান্নিংবী।

( থমকাপা লোইননা ফি চিংহৈ মপাঙ্গল ফুদোক্লুনা ; বিদুর, অমস্তুং বিকর্ণনা চংদুনা থামগে তৌই, অহিংসা শকওংদা— দুঃশাসনগী মনাও ৪না য়াকোক পায়দুনা মথোয়বু থিংই )।

বিদুর— হৌনদে দুঃশাসন যুবরাজ, নুপীমচা অমবু রাজসভাদা ইকাইবা পীবা হৌনদে। ধর্ম্ম নত্তবা আইন নত্তবা অরানবা থবক, অসভ্যশিংদনা চৎকদবা শাজৎ ফন নুংঙাইত্রবস্থ ফন কল্লক্লবস্থ হস্তিনাপুরগী নিংথৌমচা নংনা তৌবা হৌনদে। ননাও থাম্মু দুর্য্যোধন মহারাজ রাজনীতি নত্তে, নংনা পীরিবা থৌদা অদু নরৈবাক মুৎনবা বার্তোননি হায়বা খঙউ তাইবং মীনা করিগুম্বা যুগতা অসভ্যগী শাজৎ মাংবা ডক্সিক্ত হায়বা খঙউ। লমজাও শোরোক্কা, রাজসভাদা নুপীমচাবু ইকাইবা পীবা হৌনদে যুবরাজ।

দুর্য্যো— তানিংদে তুমিন্না লৈয়ু খুড়াতোন। হস্তিনাপুরগী নিংথৌদা হুকুম তৌবগী অধিকার নঙোন্দা লৈতে। ঐনা পিক্লিদৈদা খুড়াতোন্না লাইরিক লাইস্থ তম্বিখিবদু করিমতা কান্নদে ঐ হুজিক অঙাং নত্রে মহারাজনি হস্তিনাপুরগী। নিংথৌগী আইন শিংনদুনা থবক তৌরক্লবদি খুড়া খঙদে মাম খঙদে য়াকোক্লা থোমউ হায়দুনা হুকুম পীরকপা য়াই—ভাব তাবিয়ু।

দুঃশা— নিংথিনা চথোকউ য়াত্রবদি রাজকর্ম্মচারীগী থবক্তা অপনবা পীবগী ইনাও খঙদে খুড়াতোন খঙদে ফুদংলু হায়গদৌরিবা দুঃশাসন্নি হায়বা খঙবিদনা ! ( ২পা ময়ামগা ইরৈ )

বিকর্ণ— রাজসভাদা ফম্বিরিবা অভম অথৌ, লৈবাক প্রজা পূম্নমক ধর্ম্ম নত্তবা থবক থাম্বা য়াওবিরো লৈবাক মীয়াম মাংদা ভুপীবু ইকায়ব পীরবদা ভুমিন্না কমত্নুনা কুম্মৈ য়েংনবসিবু আর্য্যশিংগী মতিক চাবা মচংলা? পুক লামগনি হায়বা কিত্নুনা জঙ্গলগী শাজং রাজসভাদা পুশিল্লকপদা খাংত্নুনা লৈবিখিদ্রা? অকল অথৌ কয়া পোকশা হস্তিনাপুরনি রাজনীতি ধর্ম্মনীতি কয়া খঙলবা, মউল খুইরবা মপোক্না পূমণ্ডৌ ভৌরবদগী মপাঙ্গল ফরবা নহা মহৈ হৈরবা কয়াসু ধর্ম্মগী মিচং, অচুম্বগী মিচং কনামত্তা য়াওদ্রাত্রাও? ওসি রাজসভাদা ফম্বিরিবা লৈবাকমচা ময়ামসিবু মপাঙ্গল য়াও-দবা মরোল থোক্তবা স্নুংগী মুর্ত্তি ভাক্তারাও?

দুঃশা— তাব্বিত্রা নিংথৌগী মনাই অভম্বশা! রাজসরকারগী আইন অমান্য তৌবশিংবু, নিংথৌ থৌদা পা থোকপদা য়ৈথায়বা পীবগীদমক হন্না ২ তাম্থোক্লবমক্তা তানখায়বা য়াদবনিনা নিংথৌগী ওমথং দুঃশাসন ঐনা হুকুম পীরিবসিনি "লাথি চার্জ্জ।"

( রাকোক্লা বিদুর অমস্তুং বিকর্ণদা য়ৈবদা লৈমায়দা ত্নুত্নুনা রাম্থথি---দুঃশাসন্না দ্রৌপদীগী ফি মুনবদা মশা চোকথৈ )।

ভীম— ( গদা মুক্তুনা ) তাবিয়ু রাজসভাদা তিল্লিবা অভম অথৌশিং নুমিৎ থা, অচৎ চন্দ্রা পূম্নমক্লা ওসি ভীম্না শকইবা রাশক অসিগী সাক্ষী ওইবিয়ৌ। ভুপীবু ইকাইবা পীনবা হুকুম তৌরিবা নিংথৌ দুর্য্যোধন মহারাজন সভাদা উৎথিবা মখুউত্নু

গদানা থুদেকপা ওমত্রবদি, দ্রোপদীগী মফি মুন্দুনা রাজ-সভাদা ইকাইবা পীরিবা লমজাও শোরোক্তা মুপী য়েবা, দুঃশাসনগী মথবাক খুজিন তরাসিনা শেগায়রগা ঈ খুজোক ৭ থকপা ওমত্রবদি ইপারোমদগী পুরোন ৭ ইমা-রোমদগী পুরোন ৭ কা লোয়ননা ইশামক মুমিৎ থানা লৈরিবমখৈ নরকী কোমদা লুপথ্রগে।

( পোথাক্লা থাকী শেংপা য়াকোক অশাংবা পায়বা স্কুলগী চাপ্রাসী অমস্নং চৌকিদারগা লোয়ননা ওঝা গদাধর ফিজি-কেল ইন্সট্রকতর নোটিশকী চে অমা পায়দুনা লাকই। সেকেণ্ড মাষ্টর ভীমোষ্ম তুংদা ইম্নরকই শোল্লি ২ )

গদা— লীলা তৌদোরিবা ছাত্র ইচিন্নাওশা, ইচাশা, স্কুলগী হেড মাষ্টরনা নোটিশ অমা লীলাশংদা থেংলুচো হায়দুনা লাকই। মরোল অসি ঐ পাগে নথোয় ময়াম তাহৌরো।

( ছাত্র ময়াম মনাক্তা চংশিন্দুনা য়ো২ তারৈ, লীলা তম্বা তোকতুনা )

অদুগা ঐওোন্দদি শাওরকমুকো—আই, এম, ওবেইং দি অথোরিটি এণ্ড ডুইং মাই দিউতি। মতম হাই স্কুলগী হেড মাষ্টর রাবনগী হুকুমনিকো।

"Notic"

ছাত্র নথোয়না ওসি মুমিদাং দ্রোপদী ফিমুনবা হায়জিন্দুনা শাক্লগদোরিবা লীলা অসি হুজিক মতম হায়স্কুগী ছাত্র গুন্দা থরনা ছাত্রগী কাউন্সিল পীয়ু হায়দুনা তৌরিবা আন্দোলন

অসিবু শোগৎপা লীলানি হায়তুনা ছাত্র থরনা পাও তমতুনা থওলে। কাউন্সিল পীয়ু তাল্লিবা ছাত্রশিংতুদি মিংশেল-থোওদা লৈতুম্না থাবা, ব্লেকবোর্ডতা ফত্তবা য়্যা ইশিনবা, ক্লাল থুদেকপা, ওঝাদা চৈবা, লৈতুম্না থাবা গুন্দা পার্টিনি। মখোয়়বু খোজিনবা লীলা, স্কুল ওঝা অমস্মুং কমিটি মেম্বরবু লক্কব নোক্কব মতৌ তম্বা লীলানি হায়বা পাও তারতুনা শান্নবা য়াদে হায়তুনা থিংলবনি। লীলা অসিদা করিগুম্বা মতেং পীবা ছাত্র, অয়েংবা ছাত্রবুস্মু স্কুলগী মাংনবা তৌবনি হায়না লৌতুনা ফারগা মতিক চাবা দণ্ডি স্কুলগী কোদ মতুং ইন্না পীগনি।

( ছাত্র ময়াম মরু লুকতুনা চিন্তা তৌই )

ভীমো—নোটিশ অদু রিহারসেল হোল অসিদা থেৎলম্মো।

চাও— হোরেল শান্নগদবা লীলাবু হুজিক থিংলিবা ওঝা রাবনগী আইন অসি চেলেঞ্জ তৌতুনা হেক্তা শান্নসিদা লৈবাক-মচাশা। পীনিংবা দণ্ডি পীসনু দেম কিয়ার ময়ামগী করি মোত লৈবগে ?

ময়াম— শান্নসি, শান্নসি, ইনকিলাব জিন্দাবাদ।

রতন— ( ময়াম্মা লাংইবত্ত থাম্মগা ) অমুক্তা ভাইবিথো মাই দিয়ার ফ্রেণ্ডস। লাংবা কান্নদে—অমুক্তা ইংনা তপ্পা ব্বা ভাংনথিসি তুমিন ২ লৈবিয়ু।

ভীমো—মুপীমচা সন্ধ্যা! নংবু হেড মাষ্টরনা লীলা য়াওরুম্নু, চাক লোইরে চাররো হায়রকপনি হায়। ময়াম মরক্তা নংদি লাংবা য়াওরুম্নু।

সন্ধ্যা— ওঝাবু ঐস্ত্র স্কুল অসিদা তম্বী ছাত্রীনি, ময়াম্না তৌবা অক্নবা থবক্তা করিগী য়াওদদগে য়াওজনি !

ভীমো—পাবুংনা চাক লোইরে হায়বনে।

সন্ধ্যা— ননাই ঐ লীলা তোক্তৌরগী শরুক চাক চাজরোই ইমান্নবা ময়ামগা লোয়ননা চৈ ওইনা চারবস্তু চাজনি।

রতন— ওঝাবু নোটিশ অসিদা য়াওরিবা মরোল অসিদা ওইদবা রা য়াম্না য়াওরে—চুম্না লীলা তৌজরিবা কাংবু ঐহৌয়বু ষ্টুডেন্টস কাউন্সিল তান্দুনা আন্দোলন তৌরিবশিংগী ময়াথাংনবা মুংপাক্লি, মখোয়বু থৌজিল্লিবনি হায়বিরে। মতুম্না ওইদবা রা হায়জিনবিরবদি ঐখোয়স্তু আন্দোলন য়াওনিংলক্তৌরি।

খরা— বদনাম পীবগী পীবা আন্দোলন য়াওরসে।

রতন— ওরডর প্লিজ ওরডর ! আন্দোলনকারী ছাত্রশিংনা ওঝাদা মুংনা থাই, মিহুথোঙ থুগাই, ফাল থুদেকই, বোর্ডতা করি করি ইশিল্লি হায়রিবসি ওইদবা রানি। আন্দোলন তৌদবা স্কুলগী ফাল য়াম্না তেকই, ওঝাগা পিকথন্না খংনৈ ব্লেক বোর্ডত ফক্লাংদা অমোংপা রা কয়া ই, মিহুথোং কয়া থুগাই মখোয়তু কনাদা তায়নবিরগে ? অহিংসা নীতিগী মতেং নত্তনা আন্দোলন তৌবা য়াদ্রবা মতম অসিদা লন্নাই ডাকচবা তম্বা পাম্বা ছাত্রশিংবু গুণ্ডা হায়না চৈবিরিবা নোটিশ অসি অক্নবা ওঝাশিংগী মতিক চাবা ছাত্রশিংনা তম্লিংলাই ওইবা নত্তে। অতুগা অতোপ্পা রা অমনা লীলা "দ্রৌপদী

ফিমুনবা" হায়বসিদা থোয়দোকপা ওঝা অমস্মুং কমিটি মেম্বরগুম্বা থরদবু নোক্নদনা মভিক চাবা দুর্য্যোধন, দুঃশাসন, শকুনী, জুৱার পাম্বা যুধিষ্টির পূন্নমকপু জেনেরেল ওইনা নোক্নবনি, থাগৎপা য়াবশিংবু থাগৎপনি। মসিবু থিংলবদি লাইব্রেরিক পূন্নমক শেগান্নবা তারে, স্কুল পূন্নমক শিদোকপা তারে! ইন্দিয়ান কন্সটিটিউসনদা য়াওরিবা ফ্রিডম ওফ এক্সপ্রেসন, দিসকসন থিংবিরিব্রাও। হুজিকসিবু ওঝা ডিক্টেতরসিপকী যুগলাও?

ভীমো—ইচাশা নথোয় ছাত্র ওাক্কনি, অঙাং ওইরি। ওঝাশিংবু ক্রৌলি ক্রিটিসাইজ তৌদুনা লীলাদা লক্কবা নথোয়না তমগদবা নত্তে। নথোয়গী ফনবা ঐথোয়না খঙই। ঐথোয়না লীলা থিংলিবসি স্কুলগী ফনবনি। ছাত্রনা ওঝাশিংদা ডিসিপ্লিন কায়না চৎপা চুমদে। হেড মাষ্টর সাহেবকী হুকুম্নি—লীলা শান্নবু নথোয়গী ফৎলোই--ঐথোয়দি হায়বিরিবসিনি।

গদাধর—লমহেল্লবদি ব্রাকোক চান্নি ভাব তাউ ইচাশা।

( ৪ চৎথি ময়াম্না চিন্তা তৌনৈ )

রতন— লৈবাক মচাশা ঐথোয়বু আন্দোলন য়াও হায়দুনা বার্তোন লাক্লে হায়। লীলা শান্নবা ফাওবা থিংবা ডিক্টেটরশিপ অসিদি থাংবা ওস্পোৎ নত্তে, আন্দোলন অসি য়াওরসিরাও?

চাওমচা—য়াওগদবনি, ছাত্রগী চাওখৎনবা থবক তৌজগে হায়বদা থিংবা নীতি অসি শিংনগদবনি। ইনকিলাব—।

ময়াম— জিন্দাবাদ।

চাও— ষ্টুডেন্টস কাউন্সিল।

ময়াম— পীগদবনি।

রতন— ছাত্রশিংনা ষ্টুডেন্ট কাউন্সিল পীগদবনি হায়বা দিমান্দ অসি হন্দক লীল। থিংলিবসিনা ফজনা ওইকাই তৌরে। ঐখোয় পূম্নমক আন্দোলন য়াওফম থোকলে। ঐগী মত্তা চয়োল অমগী মতুংদগী ছাত্র পূম্নমক সিট দাউন ষ্ট্রাইক তৌবা তারে। ওঝানা হংবা খুমদবা, হায়বা ইন্দবা লাইরিক তম্বদি কারগা ফালদা তুমিন তুমিন্না ফম্বী করি হায়বগে?

ময়াম— য়াজরে---য়াজরে!

চাও— ইনকিলাব!

ময়াম— জিন্দাবাদ।

---

## অহানবা মতাং
## ২শুবা উৎপা

---

অয়ুক পুং ৯॥ তাবা মতমদা ছাত্র ছাত্রী ময়াম্না লাইরিক তম্বা কাবা হৌনরকলে। মোডর্ন স্কুল তানবা চৎপা লম্বীদনি·--ক্লাস X গী ছাত্র অনী য়াইমা, তোম্বা য়ারী শাহুনা লাকই। মতুংদা চাওমচা লাকই।

য়াইমা—পৃথ্বীসিগী মনুংদা এনা খ্বাইদগী শাওনিংবা য়াহৈ ডিসিপ্লীন লৈতবা ছাত্র হায়বসি ওইরে, ছাত্রনবু মমা মপা, ওঝা লাই-গুরুশিংদা থকসি খাসি নাইদবা হৌনব্রাও? মথোয়গী ফনবা তৌবিরিবশিংবু উশিত্তবা য়াব্রাও? নুংশিদবা য়াব্রাও? ছাত্রবু মী নত্রাও?

তোম্বা—য়েস! ছাত্রপুম্বা মী ওাক্তনি---হুই হোদোং য়োং স্কুল কাদে। তম্বা হায়ববু সারকস য়াওবা থরদনি। ডিতেক্তিভ পোলিস ডোগ খরদি ভলব চাওনা চায় হায়না তারি।

য়াই— অহল লমন, মমা মপা, মীগী মরালদা উবা মথোয়গীদি খক উদবশিংনা ঐখোয়বু ডিসিপ্লীন লৈতে হায়বনি!

তোম্বা—পরীক্ষাদা ডিসিপ্লীন কায়তুনা তোকপসি ছাত্রনরা ওঝানরা? ছাত্রনা লাইরিক পাবা তনবনরা? ওঝানা অরুবা য়াহং অভাংনা পায়শ্মোইদবা হংখনরা? ডিসিপ্লীন কায়রিবসি

ছাত্রনরা ওঝানরা ? পরীক্ষাগী লাইরিক ইপা পাদব ছাত্রনা পরীক্ষা থুগাইবা ঙমগদ্রাও ? কন্না পারুরগা অপাবদগী ইয়াও য়াওরক্তুনা মথরাই শোক্তুনা ময়াম হৌরকপা নজ্রাও ?

য়াইমা—য়েস, পরীক্ষাদা য়াওরকনি সোর্ট কট লৈয়ু হায়তুনা য়োল্লগা প্রশ্ন য়াঙহল্লক্কবা লাইরিক কোম্পানিনা কায়রকপা ডিসিপ্লীন্নি হায়বসু খুঙদে ছাত্রদা হেক্তা তাইনৈ।

তোম্বা—রাজনীতিগী আন্দোলনসু ছাত্রদা হেক্তা তাইনৈ, ছাত্রগী মমিত্তা অচুম্বা উহল্লবদি করিগী মতেং পীরোইদগে। নহাগী থৌনা, লৌশিং, পাঙ্গলবু অচুম্বা হিরমদা, অফবগী মীচংদা করিগী রাইবা পীরোইদৌরিবনো ? ছাত্রগী মমিত্তা লান্না উহনবা ফত্তনা উহনবশিংহু ডিসিপ্লীন লৈতবা কাংবুনি। মথোয়তুনা পঙতুনা ছাত্রশিংদা অরেম্বদা তায়নবনি। অপঙবা ছাত্রদা চুম্না কনা উহনবা ঙমদবশিংহুনি মরাল লৈরিবদি।

য়াইমা—আন্দোলন য়াওরমদবা ছাত্রগী কাংবু লীলাদা উচ্চবশিংহু ছাত্রশিংগী আন্দোলন য়াওরনি হায়বা চুমগ্রাও ?

চাও— য়াওরনি ঐখোয়সু ভাই। ইয়াও য়াওজদবা য়াওনিংদবা ঐখোয়বু ওঝাশিংনা ডিসিপ্লীন লৈতবদগী য়াওহল্লিবনি।

য়াই— ওঝাশিংনা করম্না ডিসিপ্লীন কায়রকই ?

চাও— ওঝানা ছাত্রশিংদা ওইদবা হায়জিনবসিবু ডিসিপ্লীন কায়বা নজ্রাও ? লীলাদা মতৌ তমই, লীলানা মিহুৎ থুগাইয়ু, ফাল থুদেকউ, ব্লেক বোর্ডতা, ফক্লাংদা ফত্তবা রা ইয়ু হায়তুনা

ইন্সিনবা য়াওই হায়বসিবু ওইদবা রা নত্রাও? লৈবাক্কী থবক পুরিবা মীব্নু খরা লকুবদি লৈবাক্কী অরুম ফনবা কুইনাইদ্রে। মতু ফাওবা ঐখোয়গী ওঝাশিংসি ভাব তাদ্রি।

য়াই— ডিসিপ্লীন রাংপদা নত্তুনা ওঝাশিংসি কমন সেন্সসু খরা য়াংলিদা।

তোম্বা—মীনা কয়া মুংশিদবা ওঝাবু ছাত্রগী মুংতুম পীজরোই হায়রবদি লীনাদা থবরদা খরা নোক্লবিবা কৈ। মতুম্না তৌখ্রগা শাওরিবা মীয়ামতু খরা নেমথৈ, নূং খুন্নিংদে।

চাও— মখোয়দি অতু থগ্রদেয়ে দিয়ার, অতুনা য়ারিবনে, লীলা শান্নহন্দবগী ঐখোরসু ষ্টুডেন্টস কাউন্সিল ডিমাণ্ডগী এক্সন কমিটিদা মিং চনখ্রা তারে। (চংমিন্নখি)।

(রতন, সন্ধ্যা, গোমতী, চন্দ্রমুখী লাইব্রিক তম্বা কারকই, সন্ধ্যাদি লাইব্রিক পায়দে)।

রতন— ছাত্রশিংনা সেল্ফ গোভর্ণমেণ্ট তৌবা তমজগে ষ্টুডেন্টস কাউন্সিল লিংথৎচগে হায়বদা ওঝাশিংনা মখোয়দগী পল্লার খরা লোথোকথিদোরে হায়তুনা পীনিংদে। মরাল লৈরিবনা ওঝাশিংনি, লৈবাক্তা উংল্লিবনা লমহেনবা ছাত্র ডিসিপ্লীন লৈতবশিংনা লাইব্রিক তম্বা তন্দুনা ষ্ট্রাইক তৌরি।

গোমতী—দাদাখোয়সু ষ্ট্রাইক তৌবা চসিদগী য়াওবিরনি হায়বা চুমহৈব্রা?

রতন— ষ্ট্রাইক তৌহুসি, লাইব্রিক নিংথিনা তম্না ২ ফজনা ঙাংনতুনা ষ্টুডেন্ট কাউন্সিল পীয়ু তান্নসি হায়রম্বা কাংবুনি, ইবেম্মা ঐথোয়। ওঝাশিংগী মিচংদা ষ্ট্রাইক তৌদনবা নোমলম্বা, লৌনা উৎতুনা ওঝাশিংবু নৃংনা থাবিদনবা ভাইওলেন্স শিজিন্নদনবা অচুম্বা লম্বী উৎলম্বা কাংবুনি ঐথোয়। হুজিক্তি ওঝাশিংনা ঐথোয়দা বদনাম পীবদগী, মীমম্বা হারজিন্দুনা ফাউল প্লে তৌরকপদগী ঐথোয়স্তু ষ্ট্রাইক য়াওবা তারে ঙসিদগী।

চন্দ্রমুখী—ঙসিগী প্রোগ্রামবু করম করম্না চথবা তারি হায়বগে থঙবিব্রা ?

রতন— ঙসিগী প্রোগ্রামদি ফাষ্ট পেরোদ কারগা মিংথুম্বা। ওঝানা লাইব্রিক্কী মরমদা হংলগা খুম্নদবা, তুমিন তুমিন ফমহুনা লৈবা। ষ্টুডেন্টস কাউন্সিলগী মরমদা হংলগা মরৈ য়েংনবা, ফৈ হায়হুনা। ফাষ্ট পেরোদ লোইবগী কংসি গাং হেক য়ৈবদা প্লে গ্রাউণ্ড থোকতুনা মিটিং তৌবা, লেকচর পীনবা।

সন্ধ্যা— লেকচরবু করি ২ হিরমদা তৌনরগদগে ?

রতন— ছাত্রগী দাবী ময়াম, ওঝাশিংনা লাইব্রিক নিংথিনা তম্বিদনা অরুবা য়াহং হংবা, লাইব্রিক তম্বদা চংবা খুংগু খুংলাই শাম্নপোৎ কান্টিন, বুকস অমস্তুং ষ্টেসনরি সোপ অহোংবা থম্বিদবা, স্কুল মেগাজিন্দা শেল পাংবিদবা, এক্সকরসন চংনবা শেল পীদবা, ছাত্রশিংবু সেলফ গোভর্ণমেণ্ট তম্বিদবা অসি-নচিংবা হিরমদা ঙাংনবা য়াই।

গোম— দাদাদি করি সবজেক্ট ভাংবিগদগে ?

রতন— ঐদি ইন্দিয়ান কন্সটিটিউসনগী সেক্সন ১৯ ফ্রিদম ওফ এক্সপ্রেসন মনিংতম্না হায়দোকপগী অধিকার পীরিবছু পান্দুনা ঐখোয় লীলা শান্নহনখিদবগী মরমদা ভাংগনি।

চন্দ্র— সন্ধ্যা নংস্তু স্পীচ পীগনি হায়বদায় করি টোপিক্ট ভাংগনি ?

সন্ধ্যা— ঐনা ভাংনিংইবদি সমাজনা ছুপীবু পুল্লিবা সনাগী য়োল্লিংগী মরমদনি।

রতন— ইবেম্মা দ্রৌপদী শাবী নংদি হেড মাষ্টরগী মচা ওইরগা করম্না ষ্ট্রাইক য়াওদোরিবনো ? স্কুল লোজ অমস্তুং রিগু-লেসন্স চেলেঞ্জ তৌরিবা ষ্ট্রাইকরশিংদা করম্না লেকচর তৌদোরিবনো ? নংগী ব্রাখলদা, সমাগুম্বী, ছাত্র ছাত্রী পূম্নমক মকোক চিকলে হায়। নংবু কমদোদোরিবনো ?

সন্ধ্যা— দাদাজী! ঐগীদমক করিমত্তা রাবিরুস্তু। হেডমাষ্টরগী মচা নুপী ওইরগা ছাত্রী ওইবা তোকপদি নত্তবনিনা ইমান্নবা ছাত্র ছাত্রীশিংনা ষ্ট্রাইক তৌরগা ঐদি করিগী য়াও-রোইদগে ?

গোম— পাবুংনা শাওরোইদ্রাও ?

সন্ধ্যা— শাওগে শাওজসম্ভু মাগী ফননব য়াওবিরিবনি।

চন্দ্র— করম্না হেড মাষ্টরগী ফনবা ?

সন্ধ্যা— ষ্ট্রাইকরশিংদা ঐ য়াওরবদি স্কুলনা মাঙোন্দা থাবা তারবম্তু থরা পিকপা নুং মচানা থাবিরোইদ্রাও ?

চন্দ্র— স্কুল কমিটিনা মচা য়াওহল্লিবা করিনো হায়দুনা মথক্তা এক্সপ্লেনেসন কোল তৌরবদি ?

সন্ধ্যা— মপানা ময়ুম পানখিদৌরিবী মচান্নুপীবু ভা য়োকপদৌনা য়োকপা য়াত্রা হায়না মরাইনা খুমজগনি, বাবা বি, এ, পাসনি।

গোম— নংদি হুজিক ময়ুম পান্দ্রি।

সন্ধ্যা— ঐনা হয়েং য়ুম পাল্লুগদৌরিবা নিপাতুনা ষ্ট্রাইক য়াওবা মীরক তিনবা পাময়বদি ঐ তোক্লেদো, য়ুমদগী হেন্দ্রে।

গোম— নংনা ষ্ট্রাইক য়াওদৌরিবসি অউনপোৎ লাংখৎপগী ভাবনিনে।

সন্ধ্যা— মুপীগী মপোকসি অরাধনি গোমতী। বাবানা হায়ববু ইনগত্রা মতমগী ঈরাং চুরবা ঐগী ওইগদৌরিবা নিপাতুগী ময়াবু ইনগত্রা, য়াম্না লুরিবা জাৎনি।

চন্দ্র--- নংদি হুজিক ইবেম্মা ফাদরগী কন্ট্রোলদা লৈরিদো।

সন্ধ্যা--- বাবাগী মনাক্তা কুইনা লৈদৌবদি নত্তবনিনা ননাও মুপাতুগী হুকুম্না ঐভোন্দা কনবা হেল্লদোরিয়ে ইচে।

গোম— বাবানা হায়বা ইনবা পাম্বা নিপাদা লৈম্মু ভায়দনা!

সন্ধ্যা— অতুগা ঐনা খুন্নুংগী মীদা য়ুমদি পান্নিংত্রিবা, ইনকিলাব জিন্দাবাদ য়ালাদা ইথয়াইনা তারিবা।

রতন— জিন্দাবাদ য়ালী ইবেম্মা নংগীসি ফাগী নত্তেকো? থরাই-মক য়াওনা ছাত্র-ছাত্রীগী আন্দোলন্দা য়াওনিংলবনিকো জ্ঞান ভানা?

সন্ধ্যা— দাদাজী ফাগী নৎচদে অওইবনি। হেড মাষ্টরগী মচা মুপীনি হায়তুনা ঐ ইমায়বীশিংদগী ফিজেত্তা, চাকচাদা, য়াভাং-শাভাং, লীচৎ, ব্যবহারদা ভোপ্পা তাজনিংদে।

ফম্মিন্নবা, চামিন্নবা, পারা ফাদ্রগা চৈ চামিন্নবা প্লে গ্রাউণ্ডদা শান্নমিন্নবা, পরীক্ষা কেল ওইরগা কপমিন্নবশিংদগী কৈ-দৌডৈদা তোডান্না তাক্সনিংদে অৱাবদা নুংঙাইবদা।

( গোমতী চন্দ্রমুখী কোন্দুনা কপই )

ৰতন— **Thank you Sandhya with my heart. You are really a jewel of the school.**

সন্ধ্যা— ঐবু থাজবিয়ু নেতাজি, ঐ কৈদৌডৈদা বিশ্বাস ঘাটক তৌজরোই।

( ৰতন্ন মথুৎ শোকই, থৱাই পেন্না চৎখি, ছাত্র অতৈ কয়াস্থু লাইৰিক তম্বা কাবা উই, অপিকপা ছাত্র অমদি স্পাইদৌনা ষ্ট্রাইকরশিংনা শাবা ৱারী লোন্না তাব, মতুং ইল্লি )।

— —

## অহানবা মতাং
# অহুমশুবা উংগা

( মোডর্ণ স্কুলগী ক্লাস টেনগী রুমদানি। পুং ১০ তারে অয়ুক্কী। চাউমচা, তোম্বা, য়াইমা, কৈরেন, রতন্নচিংবা ছাত্র ময়াম্মা মাগী ২ লাইব্রিক পায়গ্নুনা চংলক্লগা ফমখ্রে। মমাং থংবা ফালদা সন্ধ্যা, গোমতী, চন্দ্রমুখী ফমই )।

কৈরেন—( ফমফমদগী হৌগৎতুনা ) নুংশিরবা ইচিন্নাও, ছাত্র-ছাত্রী পূম্নমক অন্না অনা থন্না থাওদনা নুংঙাইবা ফংদে। ওসি হেড মাষ্টরনা লম হেনবগীদমক ঐথোয় থরবু ফুরবা য়াই, চৈরথা য়াই খুং হম্নদনা সত্যাগ্রহীশিংগী শকওং লৌনসি। ক্লাস টেন্দা তম্মিবা ঐথোয়গী ইতৌ ছাত্র অতৈনা তমদো-রিবনি। পাওদবা উৎনবা য়াদে। মিং কৌবা খুম্নগুম্না ছাত্র কাউন্সিলগী হিরমদা থন্নবগুম্বা নত্তনা হিরম অতৈদদি ঐথোয়গী দাবী ফংদ্রিবা ফাওবা ওঝাশিংগা নন্-কো-ওপরেসন তৌগদবনি। Life is a struggle for existence. We should learn fighting for a cause. স্কুল কলেজনা পুন্সিদা কান্নবা পোৎ তম্বিরবদি ফংবদা মতিক চাবা কান্নবা দাবী ফংনবা লাঞ্জং করিগী স্কুলদগী তম্বা হৌরোইদৌরিবনো ?

রতন— ছাত্র কাউন্সিল তাল্লিবশিংগী মতিক চাবা লুচিংবা মাই ডিয়ার কৈরেন সিংহনা তাকপিরিবসি অচুম্বনি। নাবালক

নত্রগা ছাত্র ইচিন্নাও ঐথোয় মরম চাদনা নিংঙাই তৌবা অঙাং নত্তে। ছাত্রশিংগী ফনবা চাওখৎনবা হিরম খন্নজগে কাউন্সিল অমা শেমজগে হায়ববু মতম অসিদা অঙকপা দাবীরাও ? মতিক চাবা ফত্তনিংঙাই মরম পীনিংঙাই লৈতনা ওঝাশিংনা ক্রুট ফোর্শ শিজিন্নহুনা ইচিল মেনবা freedom of expression, freedom of discussion for own development পীদবসি ওঝাশিংগী অচৌব দোষনি। অরানবনা শীংনরকপদা মফি শেমদবা, লাম্বা কিবা নহারোলগী মথৌ নত্তে।

( কংশি কাং য়ৈথি )

চাও— তুমিন্না লৈবিরো হেড মাষ্টর অঙ্ক তম্বিবা লাক্লনি। ঙসিবু কয়া কুইনা ক্লাসতা ফমসিগে ? ( লোন্না )

কৈরেন—ঐনা থোকপা হৌরবদি মথং মথং হেক্তা—। ( লোন্না )

( হেড মাষ্টরনা রেজিষ্টার, চোক ১স্থুং দষ্টর পায়হুনা লাকই, মতুংদা পোষাক শেৎপা চাপ্রাসী অমস্থুং চৌকিদারনা চেগী রুল অমমম পায়হুমা ইন্নরক্লগা থোংজিন মপান্দা লেপহৌই। ওঝা চংলকপদা ছাত্র ময়াম চপ মান্ননা হৌগৎলি।

হেড— গুড মোরনিং। সিদ দাউন। ( মশাস্থু ফমই ) নথোয়না ঙসি লাইরিক তম্বা কারকইবসি ষ্ট্রাইক তোক্লে হায়না নিংই। দেট ইজ ভেরি গুড। ওঝাগা ছাত্রগা মুক্নরগা, মুংশিনত্রগা চাওখৎপা হৌনদে। স্কুল চাওখৎহনগে হায়রবদি হায়বা ইনবা ছাত্র চংই।

চাও— ছাত্রনা হায়জবা তাবিবা অকবা ওঝাম্মু চংই ওঝাবু।

হেড— য়েস নো দাউট, বট ছাত্রশিংনা হায়জবদা তাবিধক্কদবা য়া ওঝাদা হায়গদবনি।

কৈরে— ওঝাদা ছাত্রনা হায়জবদা তাবিরক্কদবা য়াসি ষ্টুডেন্টস কাউন্সিল পীবিয়ু হায়বসিদি ওইবা য়াদ্রা ওঝাবু?

হেড— নো, মতু য়াদে।

কৈরে— মরমদি ওঝাবু?

হেড— মতু মথোয়গী মতিক চাদে, অঙাং ওইমল্লি। নথোয়না শেল থুম পায়তুনা শান্নপোৎ, লাইব্রেরী, লাইরিক, পুজা, এক্সকরসন, কমন রুম, মেগাজিন নম্বনচিংবা লোইনা তৌজরবদি অরেম্বদা শেল, পোৎ-চৈ, মতম অমম্মুং নরমচৎ মাংতুনা তোক্কনি। কলেজগী ছাত্র কাওবা মথোয়গী মথুং চনবা শেল থুম অয়াম্বা হোটেলদা হোন্দুনা হানজিল্লি।

গোম— ছাত্র ছাত্রী পুম্নমক লোইনা মান্নদে, খরনা ওকত্রগা থোগোৎপা ফৎলোই হায়ধা ফোরমুলাসিবু অলজত্রাদ য়াওত্রা ওঝাবু?

হেড— ছাত্র পুম্নমক ছাত্রনি গোমতী, এরিথমেটিক, অলজত্রাদা য়াওবা মী পুম্নমক ইউনিফোর্ম ওইনা কনবা মান্নহল্লি, হোটেলদা মথোয়না চাবা তল, বোরা, খেচরীগী খরচ মান্নে হায়না লৌনৈ।

রতন— ওঝাবু অলজত্রা এরিথমেটিক্তা য়াওবা মী পুম্নমক মপাঙ্গল মান্ননা হোটেলদা হাজিনবা মান্ননা লৌবিরবদি ওঝাশিংমু

মী ৱাক্তনিনা ছাত্রশিংগী হোটেল মচংদু ওঝাশিংস্থু চংবি-রিনি হায়না ফল তাশিঞ্জবা য়াররা ?

হেড— নো, নেভর! ছাত্রবু অলজব্রাদা X না রিপ্রজেন্ট তৌরবদি দাইজেসন ৱাংলবা ওঝাশিংবু Y রা Z না অমবু মহুৎ শিলহনগদবনি, X না শিল্লবদি ফল লাক্না তাগনি। ইট ইজ সিম্পল মেথমেটিক্স।

কৈরে— হোটেলদা মী চংদুনা চায়, ছাত্রস্থু মীনিনা চংই, ওঝাস্থু মীনিনা হোটেলদা চংই। ছাত্রবু X না মহুৎ শিল্লবদি ওঝাশিংবুস্থু X না শিনবদা য়াদোমাল্লেদা ওঝাবু---, করিনো নহাল ফিজিকেল ইন্সত্রক্টর ওঝা গদাধরগা পরীক্ষা হায়-দোক্লমদাইদা ঐগা খেচরী চানববু ওঝানা প্লেট অমা থোইখি।

হেড— মহুদি মশা ফবা ওঝা অমত্তুগী রানি।

গোমতী—মহুনি ওঝাবু, অমনা ময়াম চেন্থহনবিন্থ হায়জরিবা। কলেজ ছাত্র খরনা হোটেলদা হাইজিল্লগা ছাত্র অতৈস্থু হাইজিনগনি হায়বা যোরমুলাসি অলজব্রাদা য়ারোই হায়জরিবা।

( ময়াম্না খুবাক থুই )

হেড— কিপ সাইলেন্ট, ভাবতি তাদনা করিগী খিগৎলিবনো ? ( টেবিলদা খুৎতুম্না শুই ) ওঝাগা ছাত্রগা মান্নবা য়াব্রাও ? কম্মন সেন্স য়াওদবা রাস্থবু, শেন্স থোক্তবা, ফুরিংখাও চপ্পা ছাত্রগা, তসব চাবা ওঝাশিংগা ইকেট তৌবা য়াব্রাও ?

ছাত্রবু X না মহুৎ শিল্লগা ওঝাবুসু X না মহুৎ শিনবা য়াব্রাও ? ওঝানা মমা মপাগী ফুরিৎখাও চপঙ্ক্‌হায়বা ইনা পংনি তাম্রি।

সন্ধ্যা— বাবা ! ঐ ছাত্রী অমনি। ঐবু কৈদৌঙৈ বাবাগী ফুরিৎ-খাও হুমখ্রবগে ?

হেড— নংনা হুমদ্রবসু নমানা হুম্মগা নভোন্দা পী হায়বা।

রতন— মুপী অঙাং থাক্কুনা য়ুম পানবগী চান্দিং ময়াম চৎপসি ওঝানা হেল্লি ছাত্রদগী। ছাত্রগী খরচ হায়বু নোংফাদোক পুক থন্দ্রগা চাক লাম্মগা হোটেলদা ভহাক চংবদনি। হোটেলদা চংনিংদবা কাংবুনা হৈবোং, হৈনৌ, পুংদোন উদগী হেক্তুনা চায়, ঈশিং থকই। অঙাং চাউখৎহন্নবা স্কুল ফণ্ডু ছাত্রনা পায়বগা ওঝানা পায়বগা শেলনা মুংশা থিবা করম্বনা হেন্দগে ?

হেড— মহু ডিসিপ্লীন লৈতবা য়ানি। ছাত্রগী খ্বাইদগী অথোইবা মগুণ করিনো ? হু কেন সে ?

কৈরে— ষ্টুডেণ্টস কাউন্সিল ফংনবা তানবনি।

হেড— বুহুগী পাওখূমনি। অতৈ কনা হায়বা ঙম্মি ? ছাত্রগী অথোইবা গুণ ?

চাও— অইন কনবা, ছাত্র ময়াম মুংশিনবা, পুন্না থবক তৌমিন্নবা, সেলফ হেল্প তম্বা, মখোয়গী ফগৎনবা শিঞ্জবা তম্বা, য়া ভাংবা তম্বা লৌলাগী একটিং তম্বা, অচুম্বা পাম্বা, অফবা পথাপ শেম্নবা লাক্লবা, ছাত্রগী দেমোক্রেটিক কাউন্সিল

ফংনবা তানবনি ওঝাবু। [ ব্রং ২ থি ]

হেড— ননসেন্স, ষ্টুপিড, ঐভোন্দদি লম হেল্লকনুকো ওঝা অতৈদা তৌবগুম্মা। ঐ স্কুল অসিগী হেড মাষ্টারনি হায়বা খঙউ। হেড মাষ্টার ঐগি ডিসিপ্লীন লৈতবা ছাত্রশিংবু লীচৈনা চুমথোকপা ঙমই। লীচৈ পায়বগী অধিকার ঐগী লৈ।

( চপ্রাসীনা রুল লানশিল্লি, রুল পায়রগা )

ডিস ইজ ইয়োর মেদিসিন! ( রুল থমই ) ঙসি করি লাইরিকনো? অলজব্রা থোকপ্রা? এরিথমেটিক থোকপ্রা? কনামতা খুমদে। ঐ খঙই অলজব্রা ওইরিনি। অলজব্রাদি পারা কদায়দনো? হাঃ! পারা খঙবা অমত্তা য়াঙদ্রাও? অমত্তা খুমদে; ঐ খঙই, শাইমলটেনস ইক্বেসন্দনি।

চন্দ্রমুখী—ওঝাবু ঙসি রোল কৌবিররোইদ্রা?

হেড— কৌখিরোই পুং তারমদাইদা কৌগনি।

কৈরে— ওঝাবু মপান অমুক্তা থোকচরুগে!

হেড— নং অমুক চংলকখিদ্রা?

কৈরে— ঐ হুজিকমক্তি অরেপ্পা হায়জবা ঙমদ্রি।

হেড— লাইরিক পায়রগা চংখ্রো!

কৈরে— থেঙ্ক ইউ সার। ( লাইরিক পুত্থনা থোকখি )

রতন— ঐসু ওঝাবু মপান অমুক্তা থোকচরুগে।

হেড— নংসু চাননা চংপা পাম্লব্রা?

রতন— ওঝাগী কৃপানি!

হেড— ষ্টেণ্ড অপ ওন দি বেঞ্চ!

রতন— বেঞ্চ অম্দিদা খোংনা কাবস্নিবু মোংলোইদ্রা ওঝাবু? ( তপ্না )।

হেড— ( শাওবা ) ইউ আর নোট তু কোইসন হুরাই, ইয়োর দিউতি ইজ তু ওবে এণ্ড ষ্টেণ্ড অপ ওন দি বেঞ্চ। ( রতন লেপখৎলি )।

গোম— মপাল অমুক্তা থোকচকপে ওঝাবু ?

হেড— করিগী, হুরাই ?

গোম — মপান থোকপগী অধিকার কাদোক নত্তবা ছাত্রশিংগী লৈ ওঝাবু ( তপ্না )

হেড— মতম চাদনা ছাত্রনা ক্লাসতগী মপান থোকপা থিংবগী অধিকার ওঝাগীদ্ম লৈ ( ( শাওনা )।

গোম— মপান থোকনিংবগী মতম চাবা চাদবসিবু ওঝানা লেপ্নীগদ্রা নত্রগা থোকনিংবা ছাত্রনা মতম লেপচবনা চুমদ্রা ? ( তপ্না )।

হেড— কিপ কাইট, ষ্টেন্দ অপ ওন দি বেঞ্চ।

চাও— ওঝাবু ঐস্সু মেজ মথক্তা লেপচগে হায়বা য়াবিগদ্রা ?

হেড— হুরাই! করিগী লেপ্নোরিবা ?

চাও— ক্ষমা রাজরবা। মপান্দা থোক্কেদি য়াবিদবনিনা লেপচগে হায়রিবা ?

হেড— য়েস, লেপ্পা য়ানি। ( অতৈস্সু ফক ২ হোৌগৎতুনা লেপই ) নথোয়বু কনানা লেপপু হায় ?

চন্দ্র— ওঝানা লেপ্পা য়ানি হায়বিথিবতুদা ?

হেড— ইউ আর ওল মোক্কিং এট মি, এট দি হেড মাষ্টার। ঐডোন্দা, হেড মাষ্টর ঐডোন্দা করেম্নবা শারি। গেট আউট ওফ দি ক্লাস, ওল ওফ ইয়ু, নথোয় পুম্নমক ক্লাসতসী মপান থোকখ্রো। থোকত্রিব্রা। গেট আওট [ হৌনা ] চথোকউ হায়বা য়াদ্রবদি বাই ফোর্শনা নগুক লাক্কুনা ইম্মোকনি। চাপ্রাসী, চৌকিদার! নথোয় ব্লাকোক পায়দুনা তৈয়ারদা লৈয়ু। ঐনা লাঠী চার্জ হায়দুনা লাওরকপা মতমদা দুপ ২ হেক্কা থাগদবনি। নথোয় অমত্তা চৎলু য়াদ্রেদ্দনা। য়েস, চৎলোই হায়রবদি অলজব্রা তম্বীগে চংখিনু [ব্লেক বোর্ডতা চঙ্দুনা $(a+b)^2 = a^2+2ab+b^2$ ইবা হৌই]।

( ইরিবদু পায় ) $( a-b )^2 = a^2 - {}^{\cdot\cdot}ab+b^2\cdots$ ইরগা মথক্কা তিনশিল্লি—লান্দুনা ডকই ) ছাত্র পুম্নমক মথং২ চংখি, লোইনমক ওঝানা য়েংথোরকপদা কনমতা লৈরমদবা উই, ইওক ডকই, ইকাই )

**This is the Modern School ! The School of Monkeys !**

## অহানবা মতাং
# ৪শুবা উৎপা

---

স্কুল কাংজৈবুং ময়াগী লম্বীদা অয়ুক পুং ৯ তাবদা কুমারী সন্ধ্যানা মিটিং য়াওগদবগী পরপ ২ চৎলি। মতুংদা মমা রজনীনা চৎখিন্নু হায়না খামগদবগী তান্নরকই। ]

রজনী— ভাইথো নুপীমচা, কদায়দনো চৎলিবদো !

সন্ধ্যা— ষ্ট্রাইক কমিটি মিটিং য়াওরুগে ইমা !

রজনী— নপানা হেড মাষ্টর ওইবা স্কুলগী ছাত্রশিংনা ষ্ট্রাইক তৌবদা নং য়াওবা হৌনব্রাও ?

সন্ধ্যা— বাবা নত্তবা অতৈনা. হেডমাষ্টর ওইরগা য়াওবদি য়াবা ভাংনিকো ইমা !

রজনী— হোয়, নপানা ওইব্রবদি য়াওরুবসু ময়াই !

সন্ধ্যা— বাবানা ওইয়বসু ইমা-য়াওবদি দোষ লৈতে। মীগী মপানা হেডমাষ্টর ওইরগা ষ্ট্রাইক য়াওবা ; ইপানা ওইরগা য়াওদবসিবু ইমা মীচং মীথাই নাইবা পুকচেল পিকপা নুপীমচাগী মচৎ তারোইদ্রাও ? ঐবু মীনা ফজনা ভাংনরগা ইমাগী মাই পাকপা নব্রাও ?

রজনী— নংগী মিংচৎ তানবদা নপাগী মমাইদা কালি তৈবা পামব্রাও ? নপানা মমাই পাক্লগা নংগীসু ঐগীসু মাই নব্রাও ? নুপীমচাগী খ্বাইদগী ফজবা লৈতেংদি মমা মপানা হায়বা

ইনখনি। লম হেন্দুনা ওক্তুবা অঙাং মরক্তা য়াওরুরবদি নংগী লৌথৎনিংঙাই মচেৎ অমা লৈরোই খঙউ।

সন্ধ্যা— অহল লম্মন্না হায়বনা অঙাংনা ইন্দবা য়াদবা, নহারোলনা হায়বনা অহললোম্না ইন্নিংলগা ইনবা ইন্নিংদ্রগা তোকপসি চুমব্রা ! হা ইমা ?

রজনী— করিগী চুমদনি---অঙাংদি অফ-ফত্ত অচুম অরান খঙদে, অহললোন্দি খঙই।

সন্ধ্যা— অত্তুনদি ইমা অচুম্বা, অফবা ওইরবদি অঙাংনা হায়বদস্তু অহল্লোন্না ইনফম থোকইনে। অরানবা ফত্তবা ওইরবদি অহলন হায় হায়ত্তুনস্তু নহানা ইনবা চুমদে, অত্তুডৈ প্রহ্লাদনা কৃষ্ণ নিংবদা মপানা ফনা থিংগি, মৈদা ঈশিংদা লংথত্তুনা ফনা লাক্নখি, ভক্ত প্রহ্লাদন, ভগবান কৃষ্ণবু খক থাদোকউ য়াখিদে, ঐস্তু য়ারোইদৌরি ইমা।

রজনী— নুপীমচা নংগী নপা নমাবু হিংচাবা মতৌ মনাওরা ? চহি নিফু হেল্লবা নপা বি, এ, হেডমাষ্টরদগী চহি কুন শুদ্রিবা ক্লাস টেন্দা তম্মিবী নংনা হেন্না শিংব্রাও ! অচুম্বা অফবা হায়বা ভগবান কৃষ্ণগী মশেক মঙান অত্তু প্রহ্লাদ শাবী নংনা হেন্না খঙগদ্রাও ? নংনা প্রহ্লাদ ওইরবদি কদায়দা লৈ তাকউ নংগী কৃষ্ণ হায়বত্তু। নমা পঙলবী, পাংদ্রবী ঐগী রাখলগী থাংশাংনা নংগী নমিৎতা উরিবা শাজিন্নবা কৃষ্ণত্তু মতুপ মতুপ কক্লগা থাদগে ? কদায়দা লৈ কপট কৃষ্ণ ?

সন্ধ্যা— হায়রৈহেদে ইমা ইবেম্মা, শাজিন্নবা কৃষ্ণ হায়বিন্থু। ইবুংঙো মহাক্লা তাকপিবদি ঃ—

নাহং তিষ্ঠামি বৈকুণ্ঠে,
যোগিনাং হৃদয়ে নচ ;
মদভক্তা যত্র গায়ন্তি
তত্র তিষ্ঠামি নারদ !

ঐদি বৈকুণ্ঠদা খিন্দুনা লৈতে, যোগীশিংগী থম্মোইদস্থু কুন্দে, ঐদি ভক্তশিংনা সঙ্কীর্ত্তণ শকপা মফমদা লৈ, নারদ মুনিদা হায়খিবদুনি ইমা !

রজনী— সঙ্কীর্ত্তন শকইবা মফস্থু কদায়দনো ? নচিন্থিবা রাহুনা ঐঙোন্দা নমথাক তৌবা য়ারোই। ইশৈ শক্লগা কৃষ্ণ হেক্তা লাকপা হৌনদে, হাইয়ু তাগে কদায়দা লৈ নংগী কৃষ্ণ ?

সন্ধ্যা— "যদা যদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানির্ভবতি ভারত অভ্যুত্থানম অধর্ম্মস্য তদাত্মানাং সৃজামিহং, পরিত্রানায় সাধুনাম বিনাশায়চ দুস্কৃতাং ধর্ম্ম সংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে" ধর্ম্মনা লৈখা তারবা মতমদা হিংচাবশিংবু মাংহন্দুনা ধর্ম্ম অমস্থুং অচুম্ববু শোগৎনবগীদমক যুগ যুগতা ঐনা অবতার তৌই— হায়দুনা ভগবান্না লাওরি ইমা !

রজনী— অপওবা ফানবা লাইরিক্কী রানা কান্নরোই, তাইবংপান অসিদা ইমিৎনা উগে নংগী কৃষ্ণদো। ইমিত্তা শং শং উহল্লো।

সন্ধ্যা— পাল্লার পায়রগা লান্না শিজিন্নবা হিংচাবাশিংনা মীচমগী সভ্য সমাজনা পীরিবা অধিকারবু মতাং অমা নত্ত্রগা অমা হায়জিন্দুনা খোংউপ বুটনা নেৎলবদি থাংবা ব্লারবা ভক্ত-শিংত্থনা পুন্না তিন্নত্থনা সঙ্কীর্ত্তন লিংখৎলি। হৃজিক সঙ্কীর্ত্তন অসি পৃথ্বীগী মফম কয়াদা শকলি। যোগাই মাধাই কয়া কয়াগা লান্থা তৌরি। বাবাবু খবর পারগা ব্লারী লিহনবিয়্ ইমা! কৃষ্ণ ১০৮গী ব্লারী তাবিনি।

রজনী— খবরদা য়াওনা ব্লারী নত্তে ঐনা তানিংলিবসি প্রহ্লাদ শাবী। নংগী অশাবা কৃষ্ণগি লৈফম কদায়দনো? মান কৌত্থনা নংনা নমা নপা থৌওইদনা চৎকদৌরিবত্থ কদায়-দনো তাকউ। করম্থা কদম মখোঙদা নংগি কৃষ্ণত্থনা যাঁশী থোংবগে?

(সন্ধ্যানা খূদোম্বীনা খিন্দুনা মমাদ তাকই, থাপ্পা তায় ছাত্র ময়াম্না পুন্না লাওরগা অমস্থঃ শক্লগা লাকপা)

ইনকিলাব — জিন্দাবাদ!

ছাত্রগী অধিকার— পীগদবমি!

লীচৈগী ব্লারক — মূর্দাবাদ!

(সন্ধ্যানা খুপ্পা স্নাওই)

সন্ধ্যা— ভাবত্রা ইমা শুমহৎপা যাঁশীগী স্থুর।

(ছাত্র ছাত্রী ময়াম ইশৈ শকমিন্নত্থনা লাকই। সন্ধ্যানা ইশৈ শকপা য়াওই, ডাওই, মমাবুস্থ ব্লাওসি হায়ত্থনা চিংশিমবদা য়াদত্থনা উরুমদা লোংখি, মহাক্তি মীরক্তা জগোই শাত্থনা চংখি)

## ইশৈ

ছাত্র কাউন্সিল পীড্রিমখৈ
ওইননি ঐখোয় কারোই স্কুল।
য়ৈবিয়ু চৈবিয়ু, জরি তৌবিয়ু
শুম্মগনা তাম্থোকউ স্কুলদগী ঐখোয়।
থোরকউ লাও ক্লাসতগী
সিনেমা হোলগী খোংবুরোই,
লাওতুনা চংসি লমজাওদা
ডিটেন্সন ক্লাসকি মরুপল্লোই।
নফু শাসন পামজদে,
ইখোঙনা চংচবা তমজগে,
লীচৈগী চৈরাক্কা চংনরোই
ইখুংনা পায়তুনা শিঞ্জনি।

ইনকিলাব — জিন্দাবাদ!
রাকোক্কী শাসন— মূর্দাবাদ!
ছাত্রগী অধিকার— পীথোকউ!
ছাত্রগী কাউন্সিল — লিংখিয়ু।

(ময়াম্মক লাওতুনা চংমিন্নখি। রজনীনা মকোক হোংতুনা তঙক তঙক য়েংতুনা চিন্তা তৌহৌই।)

---

# অহানবা মভাং

( মভাশুবা উৎপা )

## মতম হায়স্কুল কমিটি মিটিং

## NO. ADMISSION

মতম :—মুমিদাংব্রাইনি

মফম :—হেডমাষ্টরগী য়ুম্‌গী ( স্কুল মনাক্তা লৈবা ) কা অমনি।

**Residential High School** নি। খরা লাপ্না ছাত্র ময়ামস্তু ব্রা তান্নরি মখোয়গী হোষ্টেলদা। মরক মরক্তা ইনকিলাব জিন্দাবাদ-লাওরকপা তায়। অপিকপা ছাত্র খরনা থোংভাকইবা চপ্রাসী চৌকিদারদা চুরুট পীডুনা লোন্না তাগদবগী লাক্লরি। কমিটি মেম্বরশিং তোমাল **B. L,** থম্বো **Doctor,** শাজো **Ex-inspector of Schools, Head Master** রাবন, **2nd Master** ভীমো, গদাধর। মিটিং তাবা লাকপা **Guardian** তোম্পোক ( অহল ১ ) সু খরা হন্দোক্তুনা ফমই। কুমার ( মোংশা ) **Class IX** সু লেপ্তুনা তারি সাক্ষী ওইনা।

হেড— হন্দক ছাত্রশিংনা তৌরিবা আন্দোলন অসি কা খরা হেল্লি। মতৌদি অহিংসা মপান্দা, মন্নুংদা ফুল্লিবনা ফুংতম। খিংতং মম্বগা মিংশেল থোং থুগাইগে, ওঝাদা খুৎচুম্বা তমগে। ফল্লাংদা স্কুল লম্বীদা ওঝাশিংবু লকতুনা য়েকইবা লাই, অভকপানি মতন হায়স্কুলগী ছাত্রশিংগী **Discipline** য়েংখিবা মরৈ, ভৌথ্রিবা নিভাই, ওঝাবু উশিংত্রিবা, লাইরিক্লা তম্নিংদ্রিবা হায়তুনা কান্নদে!

তোম্পোক—ইবুঙো হেডমাষ্টর, ছাত্রশিং ষ্ট্রাইক তৌরিবা কাংবুসি ফনা মরুক তপ্না উই। মখোয়না স্কুলগী থোঙ থুগাইবা ফাল থুদেকপা, ওঝাশিংদা নুংনা থাবা উহৌবা মী সাক্ষী প্রমান কয়াদি লৈগদ্রা ?

হেড— লৈ তাদবু। সিদা লেপ্লিবা নিপামচাসি মমিংমক্না ফাল থুদেকপা, মিংশেল থোঙদা মখোয়না মুঙ থাবা উহৌবা অঙাংনি।

তোম্পোক—ইবুঙো নংদি থোঙ থুগাইবা, ফাল থুদেকপা মীশিংতু মশক খঙহৌব্রা ?

অঙাং— মশক্তি মুগ্না খঙজদে !

শাজৌ—নখোয়গী স্কুলগী ছাত্রশিং নত্রাও ?

অঙাং— মাল্লি, অশেংবদি হায়জবা ঙমদ্রে।

গদাধর—ক্লাস টেনগী হুজিক ষ্ট্রাইক তৌরিবা কাংবুগি লুচিংবশিংতু নত্রনে ? ( শাওরপ্না )

অঙাং— মানি ওঝাবু ! ( কিনা )

( তোম্পোক নোকফেৎ তৌই )

থম্বৌ— হাকমল্লিদা আজকালগী ছাত্রশিংসি, ওস্তোক্না শক্তসি থাসি নাইথিদ্রপোংনি। করিনো ঐগোয়না ছাত্র ওইরিঙৈদা ওঝাবু মুংশিখ্রিবা ! কিখ্রিবা ! থাইনগী চৈরাকতু তৌত্রবদি য়াররোই। হুজিককালগী ওঝাগা ছাত্রগা লিক্কোল শান্নবা সিনেমা য়েংবা চৎমিন্নবসিনদি থাইনগী ফিদমতু য়োৗগদবা লৈত্রে। মরম অসিনা ঐগী মোত্তি, হেডমাষ্টরনা ছাত্র-

শিংবু মনিং তম্না ৱারক ৱাতেম্বগী পান্নার পীখোকপা, দরকার লৈরগা পুলিশ মাঙ্গাইদুনা লমহেনবা ছাত্রশিংবু ফুদংহনবা অসিনি ।

শাজৌ—ডাক্তর বাবু; ছাত্র ৱারকপাসি চৈনা নত্রবদি য়াপোৎ নত্তেদা ! ৱাদি খেমদুনা নৌদুনা তম্মিয়ু হায়বা, মখোয়গী লম মহেল অসিদবু কনানা খাঙবা ঙম্পোৎনো, থাদা লুপা লিশিংদগী তাদনা থোকপা উকিল ঐখোয়দস্মু ইচাশিংনা লৈয়ু হায়রিমখৈ লৈদুনা লাইরিক ঔরাইনিংনবা যেম্বা ঙমদে । রেলি; হম্বর সাইকল লৈবিরগা লাইরিক ঔরাইয়ু য়াদবা লাপ্পা খেংনা কোয়রম্বা অঙাংদু লীচৈনা অমুক অনিরক তান তানদুনা ফুবদগী ক্লাস টেন য়োথি হায়বা ডাক্তর সাহেব ।

ভীমো—মতমসিগী চাওখংলবা লাইরিক মতম্মিদুদদি লীচৈনা য়ৈবদি থম্বিখো, খোন্দা খিৎতং থীনা ছাত্র ছাত্রীদা চৈবা ফাওবা য়াদে হায় । মখোয়গী নিয়মদু থরস্থু ইনবগুম তৌ, ঐখোয়গী ইপা ইপু হাক্তক্তগী চৎনরকইবা খুপাক, পথাপ, লীচৈ, কিনগী ৱাস্থু থরা লৌবগুম তৌ, অনীদুনা শিংজু শুবদা ঐখোয় স্কুলনা মহি থোকপনি । নিপামচা নং চৎচখ্রো !

গদা— মানি ওঝাবু কৈনো ৱায়েন্দা তম্বিবদুদা ঐখোয় শোয়রবনি । ঐখোয়না কয়া হৈনদবা অনৌবা পাম্বৈনা অঙাং ৱারক ৱাতেমদুনা তম্বিগদৌ শরুক ঐগী ৱাদি লীচৈনা ৱাকোক্লা

দম ২ হেক্তা হায়থতুনা ইপাগী ইপুগী পাম্বৈদনা হোৎন-সিদা মেম্বরশিংবু ।

ভীমো—ছাত্র মশা ফর ফরবা মরিল থারবা, ছুরী শাগোম্নবা মশীংবু য়াম্মেদা !

গদা— মচুগুম্বচুদি ওঝাবু থন্দোকপা ব্রাপোৎ নত্তে, থোক থোক ভান্থোকখ্রগা লোইরে। হেডমাষ্টরদা কমিটিনা ফুলপা-ব্রার পীথোকপীরম্মবদি ঐ তৌজগে, ছাত্রনবু লমহেনবা মতিকলা !

[ "ইনকিলাব—জিন্দাবাদ" মখোল তাই ]

হেড— হুজিক ছাত্রশিংনা মখোয়গী কাউন্সিল অমা থম্বিয়্ মখোয়গী অয়াম্বা থবক মখোয় শিঞ্জগে, পোৎচৈ শান্নবগী, লাইব্রিক মেগাজিন, কান্টিন, হোষ্টেলগী মেশ··· মখোয়না লোয়না শিঞ্জগে, শেন্দোং লৌজগে য়াদবগী ষ্ট্রাইক তৌরি । মথক মখা অয়াম্বা নিঙাই তৌহুনা স্কুল থুগাইনবা হোৎনরি । পাঙদবা থিংজং উৎতুনা মখোয়না হায়বা য়ারুরবদি পঙ-হায়দা হায়রকতুনা ওঝানা ছাত্রদা থুরুম্মুকা হায়রক্কনি । স্কুলগী ফিভম ফত্রিৱৈ মতমসিদা মখোয়না ঙাওশিন্নবসিদি য়েরুবা মাংদা চাং তাবজাৎনি । থীনা থীনা ফুদৎতুনা, লম য়াম্না হেনবা লীদরমথৈ স্কুলদগী তান্থোক্তুনা আন্দোলন অসি থিংবনা চুমই খঞ্জে ।

তোম্পোক—য়ারবদি ইবুঙো হেডমাষ্টর কৈনৌ ব্রায়েল তৌহুনা ছাত্রগিস্থু ওঝাগিস্থু খরা খরা য়েংনহুনা শাস্তি তৌবনা

ফৈ। লাইরিক তমদনা লৈবাক কুম্মৈ ওইহুনা লৈবসিনদি করিস্থু কান্নদেদা !

হেড— তাদবু কৈনৌ ব্লায়েলগী য়াবিবা ছাত্র নত্তে। করিনো মপা মমাবু হনবা হৈশিংখ্রবা আইন খণ্ডখ্রবা অঙাং ঙাক্তনি। হন্দক্কি ব্লাথোকসিদি এনা থবক তোক্ল তোক মথোয় খরনা লাইরিক তম্বা তোক্ল তোক অমদি তৌনদবা য়াদ্রে।

তোম্পো—শাওগংখিনু শাওগংখিনু, করিস্থু খণ্ডবা অঙাং ঙাক্তনি। ওঝাহন্না মথোয় অঙাংশিংগী মান্নবিবা হৌনদে।

তোমাল—য়েক্লবা মমাংদা চাং তানবা ষ্ট্রাইক তৌরিবা অঙাংশিংনি। হায়বিথিবহুবু হেডমাষ্টর সাহেব; কনা কনানো স্কুলগী য়েংথিনরিববু।

হেড— এডভোকেট সাহেবতি তাবিদ্রিবা ওইরে। স্কুলগি অরাংদা লৈরিবা খাগিলৈহাও কৌবা চায়াম পোকপা গুন্দা অসিনা স্কুলগি কম্পাউণ্ড এনক্রোচ তৌশিল্লকই। লম হুরান-বগী কেশ চখনরি হুজিক। খাদা নোংপোক্তা মপা মপূগী থাইনা ওইরম্বা হিঙ্গোল মচেংনি হায়হুনা স্কুলগী গ্রাউণ্ড ওইনরিবা লম্পাক অসিগী মচেৎ খরা হন্দোক্কে হায়হুনা ফি শেম্নরম্বদগী সিভিল সুট ওইনা ঙরাংদা দরখাস্ত থাখরে হায়বা তারে। ফিভম চাদ্রবা মতম অসিগী অচেং-বদা চপ্তুনা হন্দক ছাত্রশিংনা ভৌরকইবা ডিমাণ্ড অমস্থুং অমস্থুং ষ্ট্রাইক অসি য়াম্না মবুকচেল ফত্তনা হৌরকপনি।

মরম অসিনা আন্দোলনসি করিগুম্বা পাম্বে শিজিন্নহুনা নমথবা চুম্মি খঞ্জে। স্কুলগী বীগর ইন্টরেষ্টকিদমক ছাত্রশিংগী সিভিল রাইটস খরা সম্পোগু তৌবা ফত্তবা নত্তে খঞ্জে।

তোমাল—এস, আই সি (Yes, I see) স্কুলগী ফিভম কল্লিরৈ, মতম চাল্লিরৈসিদা লমহেন্না ষ্ট্রাইক তৌরকইবা ছাত্রশিংবু এনিহাও নমথনবা পান্নার হেডমাষ্টরদা পীবা চুমই হায়না ঐনা প্রস্তাব তৌজরি। .

শাঙ্গৌ—প্রস্তাব-অসি ঐনা সপোর্ট তৌজরে। লমহেনবা, স্কুল থুগাইগে লাক্লবা ছাত্রশিংবু পুলিশ নেক্তুনা ফুদংহনবগী পান্নার, হেডমাষ্টরদা পীরম্বা চুমই।

( তোম্পোক শুকথৈ, অতৈনা খুবাক খুই )

থম্বৌ— গভর্ণমেণ্টকি চাকরী তৌবশিংগী মচা মনাও ছাত্র কয়া য়াম্না য়াওরিবগে? মখোয়হুদি মমা মপানা স্কুল কাহন্দবা য়াদে আন্দোলন য়াওহনবা য়াদে হায়হুনা সরকারনা তৌরকইবা সার্কুলার অদু খণ্ডনদ্রিব্রা?

ভীমো— চাকরী তৌবা ইমুংগী মচা মনাও ৩০০/৪০০ রোম য়াওরি। মমা মপানা থাম্ববু ইওম ঙমদনা ডই।ময়াম্বনা মপানা সরকারগী থবক তৌরগা মচা মনাওগী ফ্রিদম ওফ মুভমেণ্ট, এক্সপ্রেসন থিংবা চুমদে হায়হুনা ছাত্রশিংনা থৌশাদে।

তোম্পো—সরকারনা লৈবাক মচাশিংগী চরমদা মেৎতুনা কিহনবা য়াম্না পাংদবা অচোম্বা থবক্কি। অসিগুম্বা গভর্ণমেণ্ট পো-

লিসিদি লৈবাক মচাশিংনা খাংতুনা লৈবা চুমদে। খরাং-
মথাদা থাংনা য়ানবা স্পোর্টসমেন স্পিরিট নত্তে।

গদ— খুড়াবু আজকালদদি ফ্যার প্লে কান্নদ্রে, ক্বাউল শান্নবা
মীদনা মুংঙাইখ্রে য়াইফখ্রে। গেরুরা নত্রগা ফিডৌ শেংপ-
শিংনা টুপী অমমম উপ্পগা লৌ উবদি ফৌরেন ডাক্তা
লোকইদা!

তোম্পো—বিশ্বাস ঘাটকশিংগী মতৌবু লৈবাকমচাশিংনা তম্বা হৌ-
নদেদা ইবুংো। স্কুলগী কমিটি মেম্বর, স্কুলগী ওঝাশিংগী
মচা মনাওদি ষ্ট্রাইক য়াও লাক্কেকো।

( হেডমাষ্টর মমাই লুকথৈ )

গদা— থোইদোকপা য়াওবা উদে খুড়াবু।

তোম্পো—সরকারগী চাকরী য়ালাশিংগী মচা মশুদি লায়বু লায়রি,
স্কুলগী চাকরী য়ালাশিংগী মচামশুদি ষ্ট্রাইক য়াওহনবা
চুমদে।

শাজৌ--মহুবুদি কনানা য়াওহল্লুগবনো!

( রাবন হুমাং তৈথোকই )

গদা— স্কুল কানিংবা ছাত্রশিংবু ষ্ট্রাইকরশিংনা পিকেটিং তৌদুনা
কাহনদ্রবদি কদায়ফাওবা ঐখোয়না চত্থগদগে? ঐখোয়
থরগা মখোয়গা য়ৈনরুবস্থ য়াপোং নত্তেদো!

শাজৌ—মহুদি পোলিশকী হেলপ লৌবা তায়!

রাবন—ওসিগী মিটিংসি লোইবা য়ারেনেকো!

শাজৌ—য়ারে ফনা থেংলে। ( হৌগৎনরে )

তোমাল—লাইরিক তস্বা কানিংদতুনা ষ্ট্রাইক তৌরিবা ছাত্রশিংছু হোষ্টেলদা চাক চাবদদি ষ্ট্রাইক তৌবা য়াওদ্রিকো !

রাবন— মাদোমদদি অহাওবসু পীজো য়াম্মসু চাগে ঙাক্কনি ।

( ময়াম নোকই )

তোম্পো—হঙ্গর ষ্ট্রাইক তৌবা য়াওরকত্রিবতু অমরোমদা ফবা জাৎনি । ( চৎনখি )

( খিৎতং খিন্দোক্লগা হেডমাষ্টর নমস্তে তৌদুনা লৈহৌই, ময়াম চৎখ্রগা চৌকিদা চংদুনা ফম্মগা চিন্তা ঙাইহাক তৌই )

হেড— সন্ধ্যা ! সন্ধ্যা রানী ?

( রজনী চাক থোংলম্বদগী পরপ ২ চেল্লক্কুনা লেপ্পে )

রজনী— করিগী ওইবিরবনো ?

হেড— নচা মুপী অফাওবীদুদি ?

রজনী— লাইরিক ঐরাইরম্বদগী তূমখ্রমানে ।

হেড— ছাত্রীবু মুংদাং পুং ৭৷৷০ দা তারিঙৈনা তূমহনব্রাও ? মানা তূম্বদু নংনা কুম্মৈ য়েংদুনা লৈব্রাও ?

রজনী— ঐদি চাকশংদা চাক থোংজরি, মাবু শুমজবা শংপোং নত্তে !

হেড— ঐ স্কুলগী থবকসি তোকপা তারে । নমা নচানা অমুক থাকউ । ঐ তূম তূমদুনা লৈগে !

রজনী— করম্না ?

হেড— নংমা ক্নায়োনক্কম ফম্বা, নচানুপীনা লূকমায় মনাক্তা লেপ্প ঐনা তূমদুনা ফমুংদা লৈবা । মদুম হায়না তৌদুনা থাক্কেরা নথোয়নিগী খুসী ।

রজনী— (নুংশাথীনা ) নত্তে থবক তোকপা তারে হায়ববু ঙসি কমিটি ফম্বদা কৈদৌনখ্রবগে ?

হেড — ঐনা স্কুলগী হেড মাষ্টর ওইরগা স্কুলসিদা তম্মিবী নচা নুপীনা ষ্ট্রাইক তৌবা য়াওবা চুমব্রাও? নচা ইচা রারকপা ঙমদবা ঐখোয়না মীগী মচা রারকপা ঙমগদ্রাও? অঙাং রারক রাতেম্বা ঙমদবা ঐখোয়না স্কুলগী চেং চাহুনা হিংইবসি চুমইব্রাও ? নঙনা থোংলিবা চাক য়েঙ্গাং জতুবু স্কুলদগী ফংবা শেলনা লৈবা নব্রাও ?

রজনী — মানি।

হেড— ইথৌ নিংথিনা তৌবা ঙমদনা করম্না ইবুক থন্নবা মীগী চেং চাসিগে ?

রজনী— থবকপু তোক্লগে হায়দোকপীরুরব্রাও ?

হেড— তোক্লগেবুদি হায়রুদ্রি, তোকপনা চুম্মে হায়বা ইচা নুপী রারকপা ঙমদ্রবদি ।

রজনী— করিনো রারকপা তারেদনা থবক তোকতৌ শরুক—! থবক তোক্লগা মণিপুর থাদোক্তুনা কাছাড়দা অমুক হন্দৌশরুক কন্না রারকপা হায়দুনি। অতুগা নৈশাবী ফারবী নুপীমচাসি কাছাড়দা ময়ুম পালহন্দৌশরুক মণিপুরদা খাজগে নি ই।

হেড— নয়া নিপাবু লৈরব্রাও? ষ্ট্রাইক য়াওদৌশরুক মানা পামজবা অমদা চেনগে চেলহনখ্রোনে ?

রজনী— কদায়দগীনোদা, মেট্রিক থাজিডৈদা করিগী ময়ুম পালহল্লু-দগে অফবা নিপা ফংদনবা ? ষ্ট্রাইক তোকউ হায়বা ময়া-দ্রগা অতোপ্পা স্কুল অমদা মমিং চনবিহুনা কাহল্লসিরা ?

হেড— ঐনা ওঝা ওইবা স্কুলদগী ট্রান্সফর তৌহনা মীগী স্কুল তমহল্লুরবদি লৈবাক্লা ঐবু করি ঙাংনদগে ? ঐখোয় স্কুলবু মীনা থাজগদ্রাও ? তানিংদবা ৱানে। মাবু ইমানিনা ৱারকপা ঙম্মোইদৌরিবা করিগীনো ? নং মাগী মমা নত্রাও ?

রজনী— অঙাংশিস্থ মমা মপানা ৱারকপা ইন্দবা লম হেনখ্রবজাৎ লৈরিদা। মানা নহাল ষ্ট্রাইক তৌরিবা ছাত্রশিংগী মরক্তা মিটিং য়াওরুনি হায়না চংসম্ব' থেংনহুনা ফারুবু য়াদে। নমা নপানা হায়বা ইন্নবা অঙাং ওক্তবা জাৎনি হায়হুনা চৈববু মহাক্লা প্রহ্লাদনি ইমানিনা হিরন্যকৌশিপু মতৈ মনাওনি হায়। মানা চুমই, ঐখোয়না লাল্লি হায়।

হেড— নংনা মহুদা করিমতা হায়বা হৈতবা ?

রজনী— করিনো সংস্কৃতি শ্লোক্তা থিরহুনা মানা ঐঙোন্দা তৌবা লেকচরহুদি অঙকপনি. ঐনা মাগা মরৈ য়েংনরুবা ইতিক ওইজদে।

হেড— মমা নংনা মতিক চাদহুনা অঙাং মাংবনি।

রজনী— ঐনা নত্তে ; ইবুঙোনা চংনব্রবা সংস্কৃতি লোন তম্বিরু-বদগী অঙাং মাংবনি। ভাব তাদনা শ্লোক ফারে, প্রহ্লাদগী ৱারী পুথোক্তুনা মমা মপাবু হিংচাবা হিংচাবীনি হায়বা ঙম্মিবা অঙাংসিবু সংস্কৃতি তমহল্লুবদগী নত্রাও ? অমত্তা ভাইজবী ইচাদা মমাবু হিংচাবী হায়য়ু ইন্সিল্লিবহু মপানা নত্তনা কনানা ওইদগে ? ইঃ ইঃ। ( কপই )

হেড— ঐগা ঙাংনগে প্রহ্লাদ শাবীহু কৌরু চংলু। চৎত্রিবাও ? নঙোন্দা য়ৈরকন্ট হায়ত্রাও ? ইমিং রাবন কৌবশিদা

ছাত্রশিংনা ঐবু হিংচাবনি হায়নবত্থ ইচা মানা থিংগেদি হায়দনা মানা প্রহ্লাদ শাত্থুনা মশা লিংথোক্লগা ঐবুনা হিরনকৌশিবু হায়বা হিংচাবত্থুদা ওনহল্লিবা অঙাংসিবু মমা মপা য়োক্কে হায়বা অঙাংলাও ? মশা শাগল লাক্তুনা চিংত্থুনা পুরকউ, প্রহ্লাদ লাক্লবগুম লাক্লগে , রাবন ঐগী ইরিংজেল খঙহনগে ।

রজনী— লৈশাবী ফারবদা পঙথী থীনা তৌবিবদি ফগ্রে ; তপথ-বিরম্মু, ঐ কৌজরক্কে । মন্নিঙজেন খাবী অঙাংদা-নিঙম-মোইদবা মন্নারক্তি তৌবীগনু ! (চংখি)

রাবন— চংলু তানিংদে, নংনা কেথোকহন্দুনা অঙাংসি মাংবনি ।

(রাথল তৌত্থুনা হঙ্গৎ হন্দা চংলি)

(কিনা ২ মমা লাকই, সন্ধ্যানা তূম্মুবগী মমিৎ নোইত্থুনা লাকই)

রাবন— নুপীমচা !

সন্ধ্যা— বাবা !

রাবন— নং প্রহ্লাদ শারি হায়বা চুমত্রা ?

সন্ধ্যা— ইমাদা ফাগী তৌবনি বাবা !

রাবন--- নংনা প্রহ্লাদ শারবদি---ঐনা হিংচাবা হিরনাকৌশিপু ওইবা তারেদো !

সন্ধ্যা--- বাবানা হিংচাবা শাবিনিংজ্রগা দগ্তি নত্তে শাবিরুন্নু, মী অফবা ওইবিয়্, ছাত্র পুম্বনা হরাওনগনি ।

রাবন---- মপা মমা ওঝা-গুরু থৌওইদবা হিংচাবগী লীচৎ চৎপা ছাত্র ছাত্রীশিংগী পেন্নবা তৌবা ডম্মোই । মথোয়না য়ানবা

চৎলবদি ঐদি হিংচাবা অশেংবা তারোইদ্রাও? নং ষ্ট্রাইক য়াওখিদ্রবা য়াওরোইদ্রা অশেংবা হাইয়ু? নংগী হাক্তক্তগী ঐ থবক তোকপা তারি! নপানা অব্রাবা তারগা খাক্ল খাক্ল নোকপা ঙম্বা হিংচাবা নিংথৌ কংসগী জাৎলাও!

সন্ধ্যা— ঐনা ষ্ট্রাইক য়াওরগা ছাত্র ছাত্রী ময়ামগী তানবা হৌনবা দাবী তানবা, বাবানা হেড মাষ্টর ওইবিদুনা তৌবিবা হৌনবা থবক্ত, অদুম তৌবিবদা করিস্সু কায়বা লৈতে। মাগী মাগী মখৌ তৌনবদনি।

রাবন— হায়বদি নং ষ্ট্রাইক য়াওনি, ঐনা হায়বা ইল্লোই, প্রহ্লাদ শাথিনি অসিনি। কৈ, প্রহ্লাদ শাবা কয়া লুবা থবক্লো খঙহনগে। থৌরি পুরকউ নুপী পুন্দুনা থম্মি, তোক্লগে হায়দ্রিবা ফাত্তবা পুনবা থাদোক্লোই। পোত্থা পোত্থা য়ৈথম্মি। নংনা ঙমত্রা ঐনা ঙমত্রা খঙননি।

( রাবন থৌরি, চৈ লৌবা চৎখি )

রজনী— মুপীমচা, লম হেমগনু, নপা শাওরে! ষ্ট্রাইক য়াওরোই হাইয়ু। নংনা য়াওরবদি নপা ওঝা ওইবা তোক্কদৌরি। থবক তোক্লবদি ঐখোয় মণিপুরদা লৈত্রে, ঐখোয় লৌ, ইংখোল লৈবা কাছাড়দা হনবা তায়। ভাব তাও! নঙ মণিপুর মা লৈবাকসিদা নয়ুম পাঞ্জরোই।

সন্ধ্যা— তানিংদে তুমিন্না লৈয়ু। ঐবু অঙাংমচাদৌনা থেমগনু ইমা! ঐনা ষ্ট্রাইক য়াওবগীদমক্তি বাবা করিস্সু থবক তোক্লোই, নুংশা থিগন্নু ইমা! লম হেল্লিবা ফক্লিবসি ঐ নত্তে বাবানি।

অচুম্বা ঐনা লাল্লে হায়তুনা হনবা হৌনদে ! বাবানা পীনিংবা দণ্ডি পীসনু ।

রাবন— ( থৌরী অমস্তুং চৈ পায়তুনা থোরক্লগা ) নচা নুপীসি মবুক-চেল ওল্লব্রা নুপী ।

রজনী— মমা মপা চারগে পোক্লবী হিংচাবীনা মবুক ওনবা হৌনদে ইবুঙো !

রাবন— সন্ধ্যারানী !

সন্ধ্যা— বাবা !

রাবন— নং ষ্ট্রাইক য়াওগনু য়াদ্রেকো ?

সন্ধ্যা— ষ্ট্রাইক তৌবা ছাত্র ছাত্রীগী অধিকারনি বাবা ! তাইবং মীগী অধিকারদা খুৎ-থিংজিনবীগনু !

রাবন— সাবাস, নরিংজেলনা ফরিবদি । ( শাওই, থৌরিনা মখুৎ পুল্লি, য়ৈবা হৌই, মমানা য়েংনিংদতুনা চৎখি )

নুপী নং করিগী চেল্লে ? নমাংদা ফুগদবনি ইমুংদা পুন্দুনা ফুগদবনি। নচা রারক্কবী নংগী নমাংদা ফুগদবনি । নমাগী মমাংদা ফুগে চৎলু । ( ফুতুনা, ইন্দুনা পুখি )

সন্ধ্যা— ইমাদা তাইনগনু বাবা, ইথন্দগী ইরালনি ।

রাবন— নঙনা খঙপোৎ নত্তে, প্রহ্লাদ শাবী !

( য়ৈতুনা পুখি, সন্ধ্যাদি থোইনা নাবা মতৌ উদে, ঘনা থীনা ফবদস্লু )

## ড্রোপ—ইণ্টরভেল



### অনীশুবা মতাং

## অহানবা উৎপা

### মোদর্ণ স্কুলগী হোষ্টেল

হোষ্টেলগী চাকশংদা ছাত্র ময়াম চাক চাগদবগী কালদা ফম্নরি, পুজারীনা চাক য়েঙ্গাং লানথোকই, খরনা চাবা হৌরে, খরনা মরৈ য়েংলি রা ডাংই। খরনা ডা অতাওবা হাপ্পো, য়েঙ্গাং হাঙতে, করি চেংনো মনমন নম্মিবা লৈঙোই চোচ্রোবীসিবো হংনরকই, লাও-নরকই। মুংদাং পুং ৮৷৷০ তারে।

রতন— ( ডা অতাওবা অমা পায়তুনা চানা চানা লেপথংলগা )
মোদর্ণ স্কুলদা ফাদোক তাতুনা লাইরিক তম্বিরিবা ইচিন্নাও-শিং জেল হোষ্টেলদা ডসি মুংদাং হাওত্রবা চাক চোচ্রোবী, মনম্না চাকখুম পল্লানবী চাবিরিবা ফেলো প্রিজনারস! সাধু সাবধান!

( ময়াম্না চাবা লেপ্তুনা "গী" খুমই )

"হোষ্টেল ফী ইন কাইন্দ" পোৎ ওইনা থিবা জাৎনা লৌশাল শনশালগী ফোরেন, ককচেংফো চাকহাও থিথিবা কয়া য়াওথি। হুজিক চাক ওইনা পুথোরকপা মতমদা কেমিষ্ট্রী লেবরেটরি গী মনম চাইরঘা চাক চোচ্রোবী ডাক্তা য়েন্নক-ইবসিবু মেস মেনেজরগী মনিংথোং ত্রাফিক নত্রাও! পুং ৭৷৷০ দা পীগদবা চাক পুং ৯ দা পীরিবসি বেল্লি চার্জম্নি, ষ্টোমাকতা এটেক্ট তৌবা নত্রাও? পিরিবা ঈশিং চামমীঘা

কোল্লিক মচাম, গ্লাসতা তেঙ্গোংতা চুরিবা থাও, মোংলিবা চাকশং ঐথোয়বু ব্লার প্রিজনার-রাও ?

( ময়াম "চুমই" "চুমই" )

মুংঙাইতবা পেঙ্গবা ময়ামসি নিপা থোক্লা চুমথোক্লবা লাক্ল-গদবনি। মেস মেনেজর ঠীক তৌবা তায়।

( ময়াম---"য়েস" য়েস" )

কৈরেন—( হৌগৎলি-ন্নতন ফমখি ) সাধু সাবধান !

ময়াম "গী"

চাক্তি পুক থন্নবা চাবিথো, অতুগা কোন্না অপাম্বা দিমাগু পাঙ্গল কন্না তানগদবনি পুক থনফাৎল্লিডৈ শাওগৎপিখিন্নু। নহাল স্কুল কমিটি মিটিংদা হেডমাষ্টরদা দিক্টেটোরিয়েল পাৱার, কমিটিনা পীরম্মে হায়বা তারে। অতুডৈ মহা-ভারতকী লানফমদা ভীমসেন্দা সুপ্রেস্তিকা শামু অচৌবা লাম্বা ওন্নবা শ্রীকৃষ্ণনা পাঙ্গল হাপথিবগুম হেডমাষ্টর রা বন পাঙ্গল কনখ্রে। ডিয়ারফোর শামু অচৌবা শাদৌরিবা ইচিন্নাওশা! ভীমগী গদা খাংবিদৌরিবা অকনবশা। চাক্তদি পুক থন্না হাবিথো, শাওগৎপিখিন্নু---সাধু সাবধান !

( ময়াম্না "গী" খুমই ) ( ঙাইহাক তুমিন্না চানৈ )

চাওমচা—(ফম্না ফম্না চাবা লেপ্লগা ) সাধু সাবধান !

ময়াম— "গী"

চাওমচা—ব্রজ জন পালক গিরিধারী।

ময়াম— "গী"।

চাওমচা—ব্রজ গোপীগন সহরাসবিহারী !

ময়াম— "গী"।

চাওমচা—থাবলচোংবীদা নোংঙানবা খঙদবশা !

ময়াম— "গী"।

চাওমচা—রাজনীতি পার্টিনা মরম চানা নেকপদা ককচেং নোং-মৈথৌগুম্না ব্লাকোক চাবা কিদবশা !

ময়াম— "গী"।

চাওমচা—রাবন কুম্ভকর্ননচিংবা কলিগী হিংচাবা ময়াম হাৎনবা য়োং শওম ওইনা অবতার তৌরশা !

ময়াম— "গী"।

চাওমচা--- নখোয়না পাম্মীবনা ছাত্রগী আইন সভা, হয়েং হেডমাষ্টরনা পী:দৌরিবনা লীচৈ, ষ্টেন্দ-অপ ওন ডি বেঞ্চ, ডিটেন্সন ক্লাস, ফাইন এণ্ড স্কুলদগী তান্থোকপা। সাধু সাবধান !

ময়াম--- "গী"।

কৈরেন---লিংজেল মান্নরবা হয়িংখোইগুম্বা মরুপশা, হয়েং ছাত্র ছাত্রী অমত্তংবু য়ৈবনা ঐখোয় পুম্বদা য়ৈবনি, ছাত্র অমত্তংবু তান্থোকপদা ঐখোয় পুম্নবু তান্থোকপনি থন্নগদবনি। নহারোল্লনা অরানবগী ধমকা কিরোইদবনি, অচুম্বগীদমক থব্রাই থাবা পাম্মুরোইদবনি। সাধু সাবধান !

ময়াম--- "গী"।

কৈরেন---ঐখোয়না চানবা গরুবা শিজিন্ননবা পোৎ চৈ লৈবা খোৎপদা ঐখোয় ইশানা তৌজদনা শেন্দোং পাম্বা মীনা শিনবিবদা কৈদৌন্নুংদা নিঙবা থুংলোই। মরম অসিনা ছাত্রগী কাউন্সিল---।

ময়াম— "পীগদবনি" ।

কৈরেন— ফুগে ফু চৈগে চৈয়্,-স্কুলদগী জেল অমদা ট্রান্সফর তৌবিগে তৌবিয়্, ইশাগী নুংঙাইনবা ইশা ইশাবু শিঞ্জহন্দবা কৈ-দৌঙৈদা য়ারোই। ইনকিলাব--- ।

ময়াম— জিন্দাবাদ !

কৈরেন—ছাত্র কাউন্সিল ।

ময়াম— পীগদবনি ।

কৈরেন —আইন সভা ।

ময়াম— পীদবা য়ারোই ।

তোম্বা— চাক হাওতবা হাপ্পা পুথমসি থুগাইরমগে ?

রতন— শান্তি,অহিংসা--- ।

য়াইমা—য়েঙ্খ্রাং হাওতবা হাপ্পবা তেঙ্গোৎসি অমা শিল্লসে। ( থুগাই-গে তৌই )

রতন— সাধ্ সাবধান--পব্লিক প্রোপর্টি নি, ছাত্র ঐখোয়গী ইরলনি। নিংথিনা চৎতুনা মেষ মেনেজরদা ব্রা ডাংনরুসি, ঐখোয়গী শেলগী মতিক চাবা চিঞ্জাক পীদবা য়ারোই। জরুর দেনা পরেগা ! ইংনা তপ্পা লাকপিয়্-ঐ ডাংনজগে ।

কৈরেন—ঐখোয়গী চাকহাও !

ময়াম— কদায়দা চৎখ্রে ।

কৈরেন—চেংবুম পীবগী মরম ।

ময়াম— থিগদবনি ।

কৈরেন---ইনকিলাব ।

ময়াম--- জিন্দাবাদ।

কৈরেন---নহারোলনা মাইথীবা— ।

ময়াম--- য়ারোইদবনি। ( চৎখি )

---

### অনীশুবা মতাং

## অনীশুবা উৎপা

### কাং হুম্নি চনবা নুমিৎনি

( অয়ুক পুং ৮ তাবদা স্কুল কানবা লম্বীদা কৈরেন, তোম্বা অমস্তুং য়াইমা ৱাঙ্গী শাত্নুনা মরৈ য়েৎনত্নুনা লাকই। লাইরিক পায়নরক্তে, মেগাজিন পায়বা থবর পায়বদি য়াওই )।

কৈরেন---রথ যাত্রা নুমিত্তা নহাল কাং চিংই, হুজিক কাং ৯ নিসি খুবাক ইশৈ, জয়দেব খেচরি, হল্লা সুক য়াম্না তৌত্নুনা শেল অমস্তুং মতম চহি খুদিংগী লৈবাক ময়াম চংত্নুনা মাংহল্লগা মতম হায়স্কুলগী ছাত্র ঐখোয়না ছাত্রগী ফংফম খোকপা অধিকার তাম্লিবসিদি থরাই হকচাং য়াওনা মতেং পীদ্রিবা করিগীনো ?

তোম্বা--- ঐখোয়গী ইতেং পীব্রা হায়ববু ঙসিদি ছাত্র ছাত্রী ফনা য়াম্না-মমা মপা সরকারগী তলব চাবশিংনা বেরা কন্না তৌত্নুনা স্কুলদা অহিং লেক্তুনা কানরনি হায়না তারি !

য়াইমা---সরকারগি গেজেট্ট কর্মচারীশিংনা মচা মনাওবু ষ্ট্রাইক য়াওহল্লবদি থবক তৌহল্লোই হায়ৰনে, ঐখোয়গী হেডমাষ্টর রাবন্না অকনবা নোটিশ তৌদুনা ষ্ট্রাইকরশিংবু স্কুলদগী তাম্থোক্লগনি হায়বা তাবনে, অঙাংশিং অয়াম্বা ষ্ট্রাইক য়াওনগদবা কিরে। নুমিৎ ৭।৮ নি ষ্ট্রাইক তৌরবা মতুংদা মহৈ চাগদবা থিত্তা ঙাইৰবদা থোক তোক্কদবসি খল্লুৰদা ঈশিংদা চোংথদুনা থরাই থানীংঙি হায় ডিয়ার।

কৈরেন—থাজো ডিয়ার,-ষ্ট্রাইক চত্থিনি। মতাং তৌবা নোটিশনা পঙত্রবা অঙাংবু নমথাক তৌবা ঙম্বা হৌনদে। চহি খুদিংগী হিংচাবা নিংথৌ কংসনা থারকপা অক্রুর ড্রাইভরনা জগবন্ধুগী কাং খৌরিবা লৈবাক্তি। তমথীবা ফৎত্রবা অরানবশিংবু জগবন্ধুগী চক্রগুম্বা কাংথোংনা তক্লগা মথল্লাই লৌদুনা মাংহল্লি, ময়ামগী অফবা অচুম্বনা শোইদনা জয় ওইরনি মমৈদা হায়বসি লৈবাক অসিগী অঙাংস্তু অহলস্তু লোইনা খঙবা ঙাক্তনি। চহি খুদিংগী মীবু অফবা অচুম্বা পাম্বা তম্বিনৰা, লৈৰাক মীয়াম্না শেল চংনা মতম মাংনা, হল্লাওন-রিবনি, খুবাকইশৈ কৌনরিবনি, খেচরি পীজনরিবনি।

তোম্বা-- লাইরিক লেংবা ইশৈ লেংবা কবিশিংনা খঙহনৰা পামহৈবনা মী ফত্তবা, হিংচা য়াইতম্বা কংসহু মতম কুইনা মুংঙাইত্তে; অচুম্বা অমস্তুং অফবগী অবতার জগবন্ধু শ্রীকৃষ্ণনা হাৎখি, মতুংদস্তু হাৎকনি। সুকশোই শোইদনা অমম্বা অহিংবু নুমিৎ কৌৰা লাইনা মাংহনবগুম, অসি ওইরে। খুবাক ইশৈ

শকপীশিংনা পামইবনা অচুম অরাল অক্ষ-ফত্তগী থোঙচৎ উৎপা নত্তে। মখোয়গীদি "রথ রাথ বংশী ধারী" লানগী দোলাইদগী কুমথখিরকউ, জগোই শাজগে, বাঁশী খোংবীয় হায়বত্তু শক্লা শক্লা মফি মরোল লিক কোনগা চানবা শাথেক মিৎয়েং উৎতুনা পাখং বংশীধারী বাবুশিংগী ফুরিৎ-খাও চপ্পনি। খুবাক ইশৈদা, জয়দেবতা শেল্ল তপ তানা মাংলবা মতুংদা সুভদ্রা হরণ লীলা লিংখৎতুনা অর্জ্জুন শাবা পাখংদো ক্রিমিনেল কোর্টা এক্টিং খরা তৌরম্মগা কিদনেপ কেশকি লাইরিক তম্বা তোক্তুনা জেলদা থাও শুম্বা তমই। ইশৈগী ফজরব রস, লাইরিক্কী নিংথিরবা পাওতাক করিমতা থৌশাবিদে কলিগী ভক্তশিংনা।

য়াইমা—ইয়ু স্পিক দি ক্রথ দিয়ার তোম্বা, ছাত্র মচাশিংনা মখোয়গী ফগৎনবা শিঞ্জবা তম্বা, আইন শেমজবা তম্বা, মীহুৎ শাবগী প্রাকতিস তৌবা তম্বা কয়া ফজখ্রবা আন্দোলনকারী ঐখোয়গী আইদিয়ানো? শেল অরেম্বদা মাংনি তমদ্রপা, হেড-মাষ্টরগী ওরদর, মমা মপানা ওঝানা হায়বা ইল্লু, লাইরিক তম্বা কাও.। কংসদি হেডমাষ্টর নত্তে, ষ্ট্রাইক্কী লুচিংবশিংদো হিংচাবা কংসনি, জরা সন্ধনি মখোয়গা তিন্নবু।

কৈরেন—ষ্ট্রাইক চথখিসি য়াদবা ছাত্রশিংহু খরা ফুদবা য়ারোইদৌরি ভাইলোক। নিংথিনা তম্বীবদা ভাব তাদ্রবদি চৈ য়াওবা চুমই। চাইরেন চক্ষুবু কায়ননবা ফুগদবা নত্তে। খরা অমমা ষ্ট্রাইক তৌহুনা স্কুল কাদবা খরা অমনা কাম্বা,

ময়ামদা লিংজেল মান্নদবা উৎপা কয়া য়াম্না থীখ্রবা কুম্মেনো ?

তোম্বা— ফজদবা হায়বু করিদা প্রমান তৌনি---নুপী চেল্লবনি হায়দুনা হরাও হরাও চেঞ্জরুরগা লৈবাক মীয়াম ইকাইরবা মীশক কয়াগী মমাংদা মমা মপানা মচানুপীগী জবান লৌবা মতমদা, ( নুপী মান ) "ইশানা য়াদুনা চেনবা নত্তে, মশক ফাওবা থডদবা নিপা অমনা চিংবিরকপনি" হায়দুনা খুম্মকপমুক শীখ্রপোৎনি।

য়াইমা—ইমাংদা নুপী পুথিবা, ইশাবু জেলদা থিনবীরম্বা !

কৈরেন—মরম অদুনা ষ্ট্রাইক অসি মতম থরা লেপ্পুনা মবুক লেপ্তবশিংবু ঠিক তৌখিসি, লাইরিক তম্বা অমুক কারসি। লৈরিবা ফিভম, স্কুল সরকারগী মপাঙ্গল অমস্থুং ঐখোয়গী লান্মীশিংগী অনোপ্পা মফম অমুক্তং নৈনখিবা চুমই থল্লি। ( রতন, অমস্থুং চাওমচা ব্রারী শাদুনা চিঠি অমা পাদুনা থোরকই )।

রতন— মাই দিয়ার ফ্রেন্দস !

অকলাদা পুনবা তেনরাগুম ঐহাকপু য়ুমদা খোংজী থাংবিরে। মরম অদুনা ডরাং ষ্ট্রাইক কমিটিগী মিটিং য়াওজরব ডমদবনি। ডসি ছাত্র ফনা য়াম্না স্কুল কারককদোরি, গার্জিয়ানশিং অমস্থুং পুলিশ ফোর্শকী মতেংনা ; য়ারবদি টেকতিক্স হোংবিদুনা মতম থরা ষ্ট্রাইক সসপেন্দ তৌবিখো,

মতুংদা শিবাজীগী লাঞ্জং চংনবা অতুগা ম্বিঃ লিডরশিংবু অকনবা দগি পীগনি হায়বা তাজরে। চেকশিনম্বিয়ু অমস্তুং ঐবু মাপ তৌবিয়ু।

ময়ামগী তুংইঙ্গবী
সন্ধ্যা দেবী

---

কৈরেন—করিনো ? কনাগী চিঠিনো দিয়ার ?

রতন— সন্ধ্যা দেবাগীনি। ( পীতুনা ময়াম্না মুন্নতুনা পায় )

কৈরেন—মানা হায়রিবসি চুমই, মতম খন্না ষ্ট্রাইক সসপেন্দ তৌরগা, সরকারনা চেকশিন্দ্রবা মতমদা অমুক হেক্তা হৌবা চুমই।

রতন— ঐস্তু অদুনা ফগদ্রা থল্লি।

চাওমচা—সন্ধ্যা হায়বী নুপীমচাসি ওন্থোক্লা মুংশিখ্রেদা সত্য !

তোম্বা— মুংশিবা হায়তুবু ঐদি য়ারবদি লৌজগে হায়রিবনি। মশুংলাংগী থন্নাই ফাও থাজগে।

চাওমচা—ডাইখো। অমুক্তা ডাওশিন্নখিনুবা। মহাক্তি লম্মাংনরবা ঐখোয়গী ধ্রুবতারানে।

তোম্বা—ঐনা স্কুলসোমদা ট্রান্সফর তৌরকইবসি ওঝা ফত্তবগী নত্তে, লমজিংবী ধ্রুবতরা মহাক থোকপগীনে ক্লাসতা। ওঃ, "সি রাইটস ভেরি নাইস লেটরস্"।

চাওমচা—চিঠিগী রা থমখো দিয়ার তোম্বা, মহাক্না ফজবা চিঠি ইরকপসি নডোন্দ নত্তে হাইবা খডউ।

তোম্বা—( ওক্লা ) আই সি !

চাওমচা—মহাক হুজিক নুং অনীগী মরক্তা হানি। ঐ মাবু মুন্না থওই. থাজো তোম্বা বাবু। ময়ামগী আইদিয়েল-আইন সভা তান্দুনা স্বরাজ প্রাক্তিস তৌবনা চুমহৈব্রা ? নত্রগা লাইরিক্কি রা লৌতুনা অহল লম্মন্না হায়বা ইনগত্রা ? মথরাইনা পামজবনা চাওমচা ঐ, তোম্বা বাবু অমসুং নহারোল মরুপ মপীক্তাগী সঙ্গদা তিনবা ?

রতন-- অদুগী ওইরবদি শেক্সপীয়ারগীদু তাকপিয় "টু দাইন ওন সেলফ বি ক্রু" নথরাইনা য়ানবদা চৎলু, নশাবু নমথাক তৌগনু। "দাও কান্ত দেন বি ফোলস টু এনি মেন" অদু ওইরবদি নংনা কনাদসু অরানবা তৌররোই।

চাওমচা—ডেট ইজ গুদ সজেসন।

য়াইমা—নত্তে, মথন্নসি ইবুক ফত্তে হায়গনু। ওফেলিয়া মানবী ধ্রুবতারাসি হেডমাষ্টর রাবনগী মজা ইবেম্মনিদো। নিংথৌ মিনোজগী মজা ইবেম্মা এরিয়েদনিন অদুওে থেসি রস্ত থাং অমসুং লং তাবুন পীরগা মিনাটর হাংহনখিদুনা মপাবুংগী থৌরাং শিদোকপগুম ঐখোয়গী মীচংদা চান্নবা লেপ্পী-গত্রাও ? হেমলেট শাবা, থেসিয়স শাবা ইচিন্নাওশা রাখল মুন্না তৌনবিয়।

চাওমচা—শান্তিকী রাঙাংদু তৌরকখিনু দিয়ার য়াইমা, চিংননিংডাই লৈতবী সতী সীতানি সন্ধ্যা তারাদি।

য়াইমা—অতুমকপু সনাদি মৈদা ইক্তুনা য়েংবা কৈ ।

তোম্বা – মৈদা কয়া ইকপদা লেংব্রবী সন্ধ্যা সনানি,-মৈতাল তিংনবা ভাইহাক লৈতনা লেংব্রবীবু ইক্তুনা শান্নগদ্রাও ?

কৈরেন—ওকলে মাতুগী ব্রাদু । ছাত্র ময়ামদা স্কুল কারো ভসিংগী হায়তুনা লাওথোক্করুব্রসি করম করম্বা সাইদতা পুনসিগে ?

রতন— লমলোং মরি ফাংবদা লেপ্পুরগা য়ানি, লেংভসি থেংথ্রনি ।

য়াইমা – মীন কিরে হায়নরোইদ্রাও ঐথোয়বো ?

কৈরেন—ইট ইজ ব্রার টেক্তিস, মতম খরা লেপ্পা য়াই, অমুক তৌবা য়াই । করিগী কিরে হায়রুগদগে ? ঐথোয় মায়থীবা নত্তে, মায়থীরোয় ।

রতন— পৃথ্বীগী মফম মফমদা মীবু নমথতুনা থম্বা য়ানরকত্রে, চাওখৎতে হায়নরম্বা মীথা পোন্দুনা লৈরম্বা লৈবাক কয়া মনিং মথা কম্বা ফংখ্রে । মীনা মরন্নাই ভাকচগে শিঞ্জগে হায়তুনা তাল্লিবা দাবী পুন্নমক ফংদবা থক য়ারোয় । নিংবা কায়বিনু---মুংশিরবা মরুপ পুন্নমক-ইনকিলাব—

ময়াম--- জিন্দাবাদ ! ( চংথি )

---

## অনীশুবা মতাং

# অহুমশুবা উৎপা

হেডমাষ্টরগী আফিস, অয়ুক পুং ১০ তাবদা দারোগা অনীনা থোঙ্গান্দা ভাক্কুনা মী চংহন্দে--চাপ্রাসী অমসুং চৌকিদার পোষাক শেৎতুনা মী কৌথোক কৌশিন তৌরি। হেডমাষ্টরনা জজ শাহুনা চেয়ারদা ফমই। সেকেন্দ মাষ্টরনা প্রোজিকুটর শাহুনা ছাত্রশিংগী মরাল পীরি। কেশকী লেপইবা ছাত্রী অহুমনি; সন্ধ্যা, গোমতী অমসুং ছাত্রনা ক; খ!

হেড— ("ক" দা) নমিং করি কৌই?

কঃ— কোকিল কৌজে!

হেড-- কোকিল নংনা কাক মরক্তা তিন্দুনা ষ্ট্রাইক য়াওরুবা করিগীনো? (খুমদে) মতুংদা অমুক য়াওথিদ্রা? (খুমদে) নংবু নচিল পানদ্রাও?

কোকিল— পাঞ্জে ওঝাবু। য়েংবদা উবিদ্রা?

হেড— কয়া উশিংথিদ্রবা অভাংনো। প্রোসেকিউসন ইন্সপেক্টর!

গদা— এস সার!

হেড— মসিগী অভাংসিগী মরাল করি করিনো?

গদা— (ফাইল য়েংলগা) কোকিলসিং ক্লাস এইট-সি ওঝা উশিংতবা, ব্লেক বোর্ডতা ওঝা লক্কতুনা লাইয়েকপা কেরীকেষ্টর অতু মানি। স্কুলগী ফক্লাংদা মৈতালনা লাই য়েকপদা ফজবা মথৈ মাগী মখুৎনি।

হেড— লাই য়েকপা নখুৎতু তিংথোবকউ।

কোকিল—( মখুৎ ওই তিংথোকই )

হেড— নংবু ওইনানা য়েকপ্রা ?

কোকিল— ওঝাবু য়েৎনম্নু য়েকপা হৈজে।

হেড--- অনিমক তিংথোকউ। (তিংথোকই) (অনিরক চৈনা কল্লগা) শেরেদ অনী লেপ্তুনা লৈরু। ( চৎথি ) মথং কনা ?

গদা--- ("থ"দা) নংগী নমিং করি হায়য়ে ওস্তাদ।

থঃ--- থোম্মৈ কৌজে !

গদা--- মসিনি ওঝাবু ক্লাস নাইন বি দা তম্বা ওরফিয়স, ইশৈ শক্তুনা উথোঙদা ছাত্র থোম্বা, ক্লাসতা মী ফমহন্দবা ভম্বত্থ। মানা উথোঙদা শকপা ইশৈসি ওঝা লরুত্থনা লেংলগা শকপা ঙাক্তুনি।

হেড--- ইশৈ অমা শকউ তাগে উথোং সিঙ্গর।

থোম্মৈ---দিল মুংঙাইত্রবদি গলাসি ইশৈ শকপা য়াদে ওঝাবু, মাপ তৌবিয়ু।

হেড--- করিগী মুংঙাইত্রিবা দিলনো ?

থোম্মৈ---ষ্ট্রাইক ফেল ওইত্থনা ছাত্র ময়াম লাইরিক তম্বা কানবসিগীনি, ওঝাবু খঙবিত্রিবা !

হেড-- ষ্ট্রাইকনা করি করি কান্নে বুত্থ ?

থোম্মৈ—ষ্ট্রাইকসিনা মহৈ য়াল্লবদি ছাত্র ময়াম্না ঐবু ম্যাজিক ডিপার্টমেণ্টকী মন্ত্রি ছাপ্পিনি হাই ওঝাবু। কাইজখ্রে ওঝাবু মুংঙাইরবা মঙ অদো—;

## ইশৈ

ওঃ! অরাবনি, অরাবনি! (কপশিন্নৈ স্থুং স্থুং)
নিংথায়থরে দলাল, লাইর রাখলগী তাজমহল,
থরাইনা পামজনা শাগৎলুবা খম্মোই মনিতনা থাম্নবা,
অরেম্বদা তারেদো ছুক্তিক, অরাবনি অরাবনি।
(মথদাং মেৎতুনা চিন্তা)

চৈগন ঙাংগনবা হন্নুবৈ মীৎয়েংনা ফংদবা
অতিয়া খেৎলবা মতোন্দ পাইথৎলুসি তেমশিংনথি
য়েংলীং খুন্নু লাইবক থীরবা কয়া কয়ানা
লোংমৈমখোন তাবদদা শমজি থায়ন পাইনথরে।
অরাবনি, ওঃ অরাবনি।
(মপি তৈথোকশিন্নৈ)

হেড— শক নংনা অওকপা ইশৈ শকপা হৌনদে খঙই। নখুং তিংথোকউ। (অহুমলক অহুমলক ফুই)

গদা— ওঝাবু মসিগী অঙাংসিদি রিক্রেসন পেরোদতা ছাত্র মরক্তা থাদোকপা য়াদে; স্কুল হৌদ্রিবৈদা, স্কুল ছুটি থারগা ছাত্র ছাত্রী মরক্তা মহাক্না হেক লৈবা ফংবদা মাগী ইশৈ শক্কৎতুনা মতাং খিতং তৌবদা ছাত্র অপুম্বা মাগী খুদোম্বীদা উংবা ঙম্মি।

হেড— আই, সি, এ ভেরি দেঞ্জরস ওরফিয়স, অদুদি মাবু স্কুলদগী তাম্থোকসিন্না করি উপায় লৈরি।

ভীমো— পূমতান তাম্মোকপমক্তি, খক্ক হাকমল্লি হায়ননি ওঝাবু। মরম অসিনা মহাক্কা ছাত্র অতৈবুস্থু মাংহনবা ভমদনবা মহাক্কী চৎথোক চৎশিন মীতিন্নদা খরা রেসত্রিকশন থম্বা তারে। য়েমন, অশিংবা সরকারনা লমহেনবা পোলিটিকেল লিদরশিংবু প্রিভেনটীফ ডিতেনসন এক্ট পান্দুনা জেলদা বিচার তৌদনা থম্বগুম।

গদা - এ গুং সাজসন সার, স্কুলগী প্রিভেনটিভ দিতেনসন কোদ মতুংইন্না মিষ্টর খোম্মৈ সিংহবু পুং ৯ দা স্কুল কাহল্লগা পুং ১০ তাদ্রিবা ফাওবা দিতেনসন ক্লাসতা থম্বা, রিক্রেসন পেরিওদতা অমুক দিতেনসন ক্লাসতা থম্বা, ছুটি থারবা মতুং পুংথাই অমা অমুক দিতেনসন ক্লাসতা ইশৈ শকহনবা।

হেড — এস মাতু তৌহনবা তারে। ভাব তারব্রা মিষ্টর ওরফিয়স?

খোম্মৈ—ননাই ঐ ভাব তাজরে, ছাত্রনা আইন সভা ফংদবদগী ওঝাশিংনা অপাম্বা আইন পংশেম শেমবিহুনা অঙাং ওৎপা হায়বহুনি।

হেড— নখোয়না ষ্ট্রাইক তৌরুবগী চৈরাকনি।

খোমৈ—ওঝাশিংনা ছাত্রশিংবু শন ইরোইগুম ফাবিবা পুনবীবা য়াদনবা আইন সভা তানবগী তৌবা ষ্ট্রাইক্কি ইরাল নত্তে, ধর্ম্মনি হায়বা ভসি ফজনা ভাব তাজরে।

গদা— ছাত্রনা ওঝাদা ডিসিপ্লীন কায়না মরৈ য়েংপা য়াদে। পাঁরিবা দণ্ডি অসি য়াগেরা য়ারোইরা নন্না শেংউ। নংনা

ভাংবা ব্রা অতৈ তারোই। ঐ হকচাং শাজেল তম্বিবা ওঝানি হায়বা কাওগনু।

খোম্মৈ—ওঝাশিংনা পীরিবা দণ্ডিসি কয়া ফজখ্রবা খুৎশেম্মো হায়বত্থু ছাত্র ছাত্রীশিংদা উহন্নবগীদমক অমত্তা কাইদনা ইকোক নোন্না লৌজগনি, স্কুলসিদগী ইমিং ককতুনা নোংমাইজিংগী বৈথক্তা মিং চল্লুরবদি শারাক দণ্ডি অসি মীনা উনহৌররোই য়াজরে-ওঝাবু!

হেড— চৎলু ক্লাসতা লেপ্তুনা লৈরম্মু। (খোম্মৈ চৎথি)
মখোয়সিস্থু ষ্ট্রাইক য়াওবী অফাওবী ডাক্তা নত্রা?

গদা— মানি ওঝাবু। মমিংনা চন্দ্রমুখী, গোমতী, সন্ধ্যা ক্লাস টেন্দা তম্বী ডাক্তনি।

হেড— মখোয়গী মরাল করি করিনো?

গদা— মখোয়গী মরাল হায়ববু, নিপাগা অধিকার মান্ননা ফংবা চুমই, ব্রারে ব্রামিন্নগনি হায়তুনা মবুংশিংগী মতুং ইনবা তন্দবা। মখোয় য়াওরবত্থুদদি নিপামচা মখৈস্থু শিবা কিদ্রে অচুম অরান থল্লুদ্রে, মৈদা চোংশিল্লু ফন, ঈশিংদা লুপ্পু জম!

ভীমো—অত্থুনদি মখোয়সি নোংমৈ মরুওপ্পা ছাত্রশিংবু কাপ্পবা তিক্লিদা তারে। নোংমৈ হৌদনবা তিক্লি তোভান্না থম্বা তায়, ক্লাস তৌদবা মতমদা. হায়বদি স্কুলসিগী প্রিভেনটিভ দিতেন্সন কোড মতুং ইন্না মখোঃবু রিক্রেসন পেরিওদতা দিতেন্সন ক্লাসতা থম্বা তায়।

গদা— পীরিবা দণ্ডিসি মথোয়গী মতিক চাবনি, মখুবাক্তা ফাইন ওইনা লীচৈ কয়া কয়ানো পীরগা লোইরে ।

হেড— পীরিবা দণ্ডি অসি নথোয় নশা নশানা য়ানিংলত্রা ?

চন্দ্র— য়ানিংদবা য়াদবনিনা য়াজরে।

গো— য়াজরে ওঝাবু !

সন্ধ্যা— হেন্না কনবা দণ্ডি পীবিরবস্থ য়াজনি।

হেড— নখুৎ তিংথোকউ। মরিল ফরবী য়াওরেদা। ( চৈনা তিংথোকপা মখুৎতা অনিরক অনিরক কনবদা নাবীদে ) পেরেদ ২।২ লেপ্তুনা লৈরুচো চৎলু ক্লাসতা ( ৩মক চৎথি ) রিং লিডরশিংহু কদায়দা লৈ কৌরকউ !

গদা— চপ্রাসী নং ডারোগা অনীসিগা লোয়ননা ডিটেন্সন বোক্সতা চৎলু, মথোয় ৩ লৈরমগনি। মমিংনা কৈরেন, রতন, চাওমচা কৌবনি। হেডমাষ্টরনা ওফিস্তা কৌরি হায়দুনা পূরকউ। কিব্রাও ঐ য়াও হায়ব্রাও ?

চপ্রাসী—কিজদে ওঝাবু ! তা-চৌকিদার নংস্থ চৎলুসি লাও, ঐথোয়না নীশিং অমা হেন্নবা।

( চৌকিদার য়াওনা মথোয় ৪ চৎথি )

হেড— মথোয় অহুমসি কমদৌসি হায়বগে ! স্কুলদগী তাম্থোকপা নত্তনা করি উপায় লৈ ?

গদা— হাই অভাংশা, নথোয় হন্দোকউ স্থুরাইদা লৈম্ব। নথোয় নথোয়গী ক্লাসতা চৎলু, লম্মোক ৩ পুরকদৌরি-কিজ্রাও !

ভীমো—মখোয় ও অসিনি রিং লিডরস হায়বু, মখোয় অহুমসিবু লৈরিবমথৈ ঐখোয়গী স্কুলসি শান্তি লৈবগী থবক লৈতে। মাখায়দি লাইরিক তম্বা কারকপা নত্তে ! আন্দোলন প্রাক্তিস তৌবা লাকপনি। রাজনীতি পার্টিশিংনা ত্রেনিং থারকপনি হায়নহুম তারি !

গদা— ওইরম্বা য়াই ওঝাবু ! মখোয়সিদি স্কুলদগী তান্থোকপা নত্তনা উপায় লৈরোই। মমাংদা তৌখিবা ষ্ট্রাইক অহুদস্থু মখোয়না লিডিং পার্ট লৌখি। মখোয়গী গার্জীয়ানশিংনা মখোয়বু য়ারকপা ওমদতুনা কাও থাবগুম থারবা ওাক্তনি।

হেড— অহুদি মখোয় অহুমসি স্কুলসিদা তমদনবা বৃদ্ধি তৌবা তারে। মখোয় অহুম লাকুবদা ঐখোমদ রাবা চুমদে স্কুল অতৈস্থু থরা য়াসন্ন।

( কৈরেন, রতন, চাওমচাবু হাজত্তগী পুরকপা আসামীগুম ডারোগা অনীগা চপ্রাসী অমস্থু চৌকিদারগা মখোয় মরিনা পুরকই। হেড মাষ্টরদা মাথায় অহুম্না খুরুমই )

হেড— ( নোকফেং তৌরগা ) ইচাশা, ইমাকশা। ভক্তি বাবগারনা ফজরিবদি ষ্ট্রাইকনাটিংবা হৌরক্তুনা স্কুল থুগাইহুন য়াও-রমদ্রবদি নখোয়বু ঐখোয়না কয়া হুংশিগদবা। ওসি নখোয়গী বিচার হুমিংনি-আইনগা মতুংইন্না দণ্ডি পীবদা নখোয়বু শাওগদ্রাও—?

কৈরেন—শাওজরোই ওঝাবু, করিগী শাওরুদগে !

হেড— চপ্রাসী, মশাদা থাং-তেনগুম্বা হৈনৌগা শোম্বহুনা চান্দা করি করি খুৎলাই য়াওবগে য়েংউ মখোয় অহুমসি।

চপ্রাসী—ইনাওশা শাওনু-ইয়াম্বা অমুত্তা য়েংগে। করিসুবু য়াও-রম্মোইদা-হুইসিয়ার হায়বহুনি।

কৈরেন—য়েংবিয়ু তাদা বেরা লৈতে।

রতন— হঙ্গোইনু তাতোম্বা য়েংউ।

চাওমচা—তাতোম্বা হৈনৌ তম্বগী ওইরিনি।

( চাওমচাগী ফুরিংখাওদগী মুংহুম অমা পুথোরক্লুন হেড মাষ্টরগী টেবলদা থমই )

হেড— চাওমচা নংগী মুংহুমসি কৈদৌনবনো?

চাওমচা—হৈনৌ তম্নবা, অহুগা ফালদা থিন্দোকপা য়োৎপী য়ৈশিন্নবা হায়হুনা মুম হাপচিনজবনি ওঝাবু!

ভীমো—নংগী ফুংরিংখাওহু মুংহুম হাপ্পবদি মোৎলোইদ্রাও ?

চাওমচা—ইশা পংনান নানবা মী নক্চদে ওঝাবু! অহুগা য়োংপীবু ফি শেগাইহন্দৌ শরুক ফুরিৎখাও খরা মোংচবনা ফগদ্রা হায়হুনা।

হেড— নখোয়গী ষ্ট্রাইক চথবা ডমদ্রে, ছাত্র অয়াম্বা কায়রেনকো ?

চাওমচা—মত্তম খরা পোথাজরি।

হেড— ফেল ওইবা নত্তবা, নখোয়না লেপহল্লিবা। ( করেম্মনা)

চাওমচা—মানি ওঝাবু ননাই ঐখোয়না লেপহজ্জবনি।

হেড— মচিন কয়া থীথ্রবা রানো। চিন্থীবা, মুংহুম ফুরিংখাওদা

পুৰা। কৈরেম বাবু, নং হা: য়ু-ষ্ট্রাইক ফেল ওইরদুনা তোকপা নত্রাও? নখোয় মাইথীরবা নত্রাও?

কৈরেন—ননাই ঐখোয় ষ্ট্রাইক মপীনা কাজরকইবসি ইখোঙনা লাকচবনি। মতম খরা পোত্থাগিনি হায়দুনা নোটিশ তৌরবা মতুংদা ময়াম কানরকইবনি।

রতন— তাইবং মীনা অল্লাৎপা পোৎ ফংনবা তানবসি মতম খরা লেপ্পা য়াই, চাননা তোকপগী থবক লৈতে। থায়নগী মীনা লৌউবা ফীশাবা শা-শল লোয়বা হৌদুনা চাওগৎপগী লম্বীদা চঙলকপা তৌখিবত্তু হুজিক্তি এরোপ্লেন, রেডিও, টেলিভিজন অমস্তুং এটোমিক এজ য়ৌখৎলক্লে। লম্বী কোয়নবা, নতম মাংনবা, ইতিহাসকী নিংথৌ কয়ানা মনিং-তম্বা পাম্বা মীয়াম্ব মীনাইগুম্না নেৎতুনা থনম্মী। নুংশিং নুংশা লাংবা, নোং নিংথিনা তাবা মফমদা পাম্বীনা য়েনিং হুল্লকুবা লৈতে ওঝাবু। লানঙম ফীরান থেৎলবা সীজার, আলেকজেন্দার, নেপোলিয়ান লোয়না মায়থীখ্রে। থিংবা য়াদবা চাউখৎপা পাম্বা ইথিলদি কৈদৌদৈদো মায়থীদে, থিংগে তোৎনরুবা কংস, জরাসন্ধ, দুর্যোধন, রাবন তাঙ্গোয় ওন্দুনা মাংখ্রে খঙবিয়ু ওঝা ইবুংঙো।

হেড— কিপ সায়লেন্ট, ষ্টুপিদ নংবু লাইহরিক তম্বা কারকইব্রা, ওঝা তম্বীবা কারকইব্রা?

ভীমো—ইনাওশা ওয়াদা ব্যবহার কায়গন্নু। আজকালগী নহারোল

ছাত্র ছাত্রী নখোয়না দিসিপ্লীন লৈত্রবদি লৈবাক্কী য়ুম্বীদা শুম চায়, লৈবাক কিন্থে। ওঝা উশিত্তবা তৌগ্নু।

গদা— হন্দক "মতম" হায়স্কুলগী ছাত্র ছাত্রী ময়াম্ন তৌখিবা স্ট্রাইকতু নখোয় অহুম্না লুচিংবনিকো ?

কৈরেন—ইতুং ইল্লকউ হায়ত্নুা চিংউবা খোমউবা ননায় ঐখোয় থোইনা তৌজরুদে। ছাত্র ছাত্রীশিংনা মশা মশানা ব্রা থওনা ময়ামগী অফবনি হায়ত্নুা লাইরিক তম্বা কাজদবনি।

হেড— মচিন কয়া থীথ্রবা ব্লানোনে, নখোয়না হৌদনা জ্ঞান তাকাৎ-ত্রিবা অঙাংশিংনা স্ট্রাইক তৌগদ্রাও ? নরিংজেল লৈতত্নুা লিডর নত্তে হায়ত্নুা হুজিক নখোয় অহুম চেন্নিংলব্রা ?

চাওমচা—চেনবগী ভাবতি লৈজদে ওঝাবু !

হেড— অত্নুদি নখোয় অহুম্না লিডরনি হন্দক স্কুল থুগাইগে তৌরম্বসিগী !

স্কুল থুগায়গে লাক্কুরম্বগী দণ্ডিদি "এক্সপলসন ফ্রোমদি স্কুল" স্কুলদগী তান্থোকপনি। নখোয় অহুম ঐখোয় স্কুলসিদা তম্বা য়াররোয় নমিং কক্লনি।

চাওমচা---ওঝাবু ঐখোয়গী লাইফ মাঙহনবিদৌরিব্রা ? ঐখোয়গী লাইফ মাঙলগা ওঝাখোয়গী করি কান্নবিদৌবি ? (শাওনা)

গদা-- তপথৌ, চাওমচা ইবুংঙো, শাওথিন্নু ! নখোয়গী লাইরিক তম্বা কায়দনবা ট্রান্সফর সারটিফিকেট লৌবা য়াগনি।

রতন— মতম কুইনা তিন্নজরক্লবা মরুপ মপাং ইচন ইচেশিংদগী লাপ্না ঐখোয়বু তান্থোকপিরগা স্কুলগী করি ওইজগদগে ?

স্কুলদগী তাম্থোকপমক্তি নত্তবা থরা হন্থবা দণ্ডি অতৈ পীনবীয়ু ওঝাবু। থঙনা চান্নথ্রবা মুংশিনথ্রবা মরুপ মপাং ময়ামদগী ঐখোয়বু তাম্থোকপীবমক্তি হাকমল্লি ওঝা ইবুংঙো।

হেড--- স্কুলসিগী মঙ্গলপীদমক নখোয় অহুস্থু থম্বা য়াদ্রে। নখোয়না পামলগা ত্রান্সফর সারটিফিকেট পীগনি! অতোপ্পা অতৈদা মিং চঙ্গরুনবা। ঙসিদগী, ঙসি হায়বত্তুবু হুজিক্কগী স্কুল অসিদগী চৎখ্রো। "উইদোণ্ট লাইক ইয়ু"।

( মখোয় অহুম ব্রা ঙাংদনা ফুঙ্গা মুংহুম শানা ফমথৈ )

চাপ্রাসি, পুলিস, নখোয় ময়াম চংহুনা মখোয় ৩সিবু স্কুলদগী চিংথোকখো! [ ওঝা অনীনে, মখোই মরিনে চংহুনা মখোয় অহুম্থু চীংথোকখি য়াম্না ব্রানা, ছাত্র অতৈনা কুম্মৈ য়েংই মথরাই মুংঙাইতনা "ইনকিলাব জিন্দাবাদ" মখোয় অহুম্না থাংই, হেডমাষ্টরনা য়ৈ। নমহুনা পুখি ]।



# অনীশুবা মতাং

# মরিশুবা উংপা

## কাংজৈবুং নুমিদাংবাই।

ছাত্র ছাত্রী ময়ামগী মিটিংনি, গার্জিয়ান খরস্থু য়াওরি। অহলগী মরক্তা তোম্পোক, অতুগা ছাত্রশিংগী মরক্তা তোম্বা, য়াইমা খোমৈ, কোকিল, সন্ধ্যা, গোমতী, চন্দ্রমুখী য়াওই। মী অতৈ য়াম্না তিল্লি। চাওমচা, রতন অমস্থুং কৈরেন্দি কোন্না মীমাংদা খোরকই। স্কুলদগী মখোয় অহুম তাম্থোকপগী প্রোটেষ্ট মিটিংনি।

তোম্বা— মিটিংসি কাংজৈবুং ময়াসিদা হেক্তা তৌরসি; কদাইদগীনো ঐখোরনা চিয়ারমেন্না ফম্নবা চৌকি অমতং থিরুগদোবসে!

য়াইমা— চৌকিগী রাদি লায়বু লায়রি, স্কুলগী প্লে গ্রাউণ্ডদা মিটিং তৌই হায়দুনা স্কুলগী অথোরিটিনা সেক্সন ১৪৪ গী ৫ তিনবা য়াদবীদু চালাইদুনা তানথাইরোইদ্রাও লাপ্না চংলগা লৌরাইদা তৌরুসিরা?

গোমতী—ডেম কিয়ার মিষ্টর য়াইমা, স্কুল অসিদা তম্মিবা ছাত্র ছাত্রীনা অমস্থুং মখোয়গী গার্জিয়ানশিংনা স্কুল অসিদগী ছাত্র অহুম তাম্থোকখিবগী অৱাবা ফোংদোকপা মিটিংবু স্কুল অসিদা তৌদনা চাংয়া তময়াদা চেন্দুনা লোংতুনা তৌবা হৌনব্রাও? ডম্মগা তাম্থোকসন্নু চেলেঞ্জ তৌসি। ঐখোয়বু

স্কুল অসিগী ছাত্র ছাত্রী নল্লাও? কাংজেবুং অসি ঐথোয়গী মল্লাও!

সন্ধ্যা--- প্রস্তাব অসি থল্লাই হকচাং য়াওনা ঐস্মু সমর্থন তৌজে। স্কুল সরকারনা ঐখোয়বু হাক্তোক্কে হাক্তোকসন্ন ঐখোয়গী কাংজেবুংদা ঐখোয়না তিন্নহুনা ঐখোয়গী নুংশিরবা মরুপ, মরাল লৈজদবশিংবু তাক্তোকখিবদা, অরাবা ফোংদোকপা মিটিং তৌবগী অধিকার ঐখোয়গী লৈ। অধিকার অসি মাঙহনবগী মতিক কনাগীস্মু লৈতে।

চন্দ্র--- মখোয় অহুম্ব স্কুলগী মানবা তৌবা রাজবিদ্রোহীনি হায়না চার্জ তৌশিন্দুনা, রাজবিদ্রোহীশিংবু মতেং পীবা লৈবাক ইরাং হৌহনবা আন্দোলন কারীনি হায়জিন্দুনা ঐখোয়বু ফারবা য়াই, নুরবা য়াই। ঐখোয়গী মিংয়েংদদি ঐখোয়গী থল্লাইদদি মখোয় অহুমদো স্বাসিস্তানী লমজিংবা পাখো ডাক্তনি। অখোববু ইকাই খুম্নবা উংপা নহারোনশিংগী তৌগদবা মথৌনি। ইথৌ পাঙখোকপদা ইথল্লাই থাবগী চিংনক্ষম লৈতে।

তোম্বা—মীওইপোক্কী ভান্দবা য়াদবা অধিকারনি, খরা হেন্না মনিং মথা তম্বা হায়বসি। অধিকার অসি ফংনবা হোৎনজ্রবদি অহিংবা তাইবং মীওইবা তোকপা তাই। মসি ফংনবা হোৎনবদা নুপী নুপা লিংজেল মান্নবা চংইবা লৈবাক্তা সনা লৈবাক্কি। অচুম্বা লম্বীদা নিপাবু যোনা পীহুন. থোজিনবা নুপী কয়া তম্বা স্কুলনা চাওখৎতনা লৈবা থক য়ারোই,

ইচনশিংনা অকিবা লৈতনা লম্পাক অসিদা মিটিং তৌরসি হায়রবনিনা তৌবা তারে। স্কুল সরকারনা মিটিং অসি তানথাইগে হায়রবদি মী অতৈ অমত্তা শোকত্রিডৈগী মমাংদা ইচনশিংগী মতু নাম্বা তেকত্রিডৈগী মমাংদা ইথ্রাই মঙাসি থাজনি। পিশক পিক্লিডৈদগী শান্নবুং ওইজরক্লবা ইমাগী তম্পাক অসি পায়ত্নুনা ব্রাশকচরঘনি। ( লৈপাক পায় ) মিটিং হৌবিরো।

( ময়াম্না খুবাক খুই )

( সন্ধ্যানা চৌকী অমা পুরক্কনা থারৈ )

( গদাধর, ব্রাকোক পায়বা চাপ্রাসী চৌকিদার অনীগা লোয়ননা চংলকই )

গদা— ইচাশা—এঃ, অহল লম্মন কয়াস্থ য়াওবীরি।

তোম্পোক—ইবুংঙো—ঐখোয়স্থ অঙাংগী গার্জিয়াননিনা মখোয়গী ফনবা থল্লবা মিটিংদা য়াওক্ম থোকপগী য়াওজরম্মী।

গদাধর—তৌবীয়্ব ২। ঐখোয়ন্থু স্কুলগী ইন্টরেষ্টতা তৌদবা য়াদবা ইথৌ থরা তৌজবা তারি—ময়াম পুন্নমক—ঐ নোটিশ অমতং থেৎলমগে—।

য়াইমা—করি নোটিশ ওইরবনো ওঝাবু?

গদা— পারগা খঙগনি।

"নোটিশ" থেৎপ·········লোইরে।

গদা— ইচিন্নাও—ইচাশা ঐবুদি ব্রারোবীগন্থ ঐদি ইথৌ তৌবতনি—য়ারবদি মিটিং অসি মফম অসিদা তৌরন্থনে।

কৈরেন—ওঝাবু ! ফিজিকেল ইনষ্ট্রক্টরদা কনানা মেজিষ্ট্রেটকী পান্নার পীরিবনো ?

গদা— মতুগী য়াহং পাউথুমসি কোর্টতা তৌনসি—ঐদি করিস্থ খঙদে, চুম্না স্কুল সরকারগী হুকুম অতু পাঙথোকপা লাক-পতনি। ময়ামগী ফনবগীদমক্তনি, ঐনা হায়জরিবসে—মিটিং অসি মফম অসিদা তৌদবা চুম্মী।

কৈরেন—লীল অসিবা লংশিল্লগা মিটিং তৌবা য়ারোইদৌবা অসিবু কবিগী ওইরবনো ওঝাবু ?

গদা— তৌনিংবতা তৌবা ঙম্বা স্কুল সরকারনি, হৌজিক পুলিশ কৌতুনা—য়াকোক্কা মীয়াম অসি তানথাইবা ঙম্মী। লম-হেনবা মীবু ফাতুনা জেলদা থম্বা ঙম্মী।

সন্ধ্যা— ওঝাগা ছাত্র ছাত্রীগা লৈনবা মরী অসিবু য়াকোক্কা থদংপীগদৌরিবরা ওঝাবু ?

গদা— সন্ধ্যা মতুদি—নথোয়গী পাবুং হেড মাষ্টরদা হংলু, ঐদি খঙদে। নত্তে, ময়াম মিটিং অসি অসিদা অস্থুম তৌবিব তারেদনা ?

তোম্পো—ইবুংঙো অঙাংশিংতা ওইরবদি য়া অমনি, হৌজিক্তি গাজ্জিয়ান অহল লম্মন কয়াস্থ য়াওরবনিনা মিটিং অসি তৌবা তারি।

গদা— এঃ, অতুদি ঐ চংচরগে— থরদদি চেকশিনবীয়ুকো। ( চংখ্রে )।

তোম্পো—হা ইচাশা ! নথোয়গী মিটিং অসি অসিদা তৌবা লেপ্পরেদ্দনকো ?

ময়াম— তৌগনি ! তৌগনি !

য়াইমা—ঙসিগী মিটিংসিদা ইপল তোম্পোক্না চিয়ারমেন ওইবিনবা প্রস্তাব তৌজরি।

গোমতী—ঐনা সমর্থন তৌজরে। (ময়াম্না খ্বাক)।

তোম্পো [চৌকী মনাক্তা লেপ্লগা] ইচাশিংনা ঐবু গার্জিয়ান অমনি হায়দুনা সভাপতি হাপ্লিবসি য়াম্না নুংঙাইরে। মতম ফজৎবনা লেকচর শাংনা তৌনরম্ু। নখোয়না স্কুলদগী হন্দক তান্থোক্লে হায়রিবা মরুপ অহুমতুগী মরমদা অৱাবা ফোংদোকপা রিজোল্যুসন অমত্তং তারগা হেক্তা লোইশিনসি। কদাইদা চৎখ্রে মখোয় অহুমতুদি মিটিং-সিদা য়াওদ্রা ?

(কৈরেন, রতন, চাওমচা, খোরকই)

কৈরেন---ননাই ঐখোয় য়াওজরি।

তোম্পো---নখোয় য়াওবা ফৈ ! ফম্মু ! ফম্মু।

য়াইমা—মানণীয় সভাপতি অমসুং ঙসি তিনবিরিবা ছাত্র ছাত্রী ইচিন ইনাও, ইচন ইচেশিং, ঙসি হেড মাষ্টরনা ষ্ট্রাইক্কী লিডরনি হায়দুনা ঐখোয়গী নুংশিরবা মরুপ অহুম মিষ্টর কৈরেন সিংহ, মিঃ রতন সিংহ অমসুং মিঃ চাওমচাবু স্কুলদগী তান্থোকপসি ঐখোয় ময়াম্মকপু তান্থোকপগা অর্থ অমত্তনি মরম অসিনা ঐখোয় পুম্নমক স্কুল অসি থা ১।২ দং কাদদুনা য়েংলসি। ঐখোয়না হাপ্পা লীদরনি, মাখোয়বু থীনা তৌবদি ঐখোয় পুম্নমকপু থীনা তৌবনি। মরম অসিনা হয়েংদগী ষ্ট্রাইক অমুক হৌবা তারে।

সন্ধ্যা— প্রস্তাব অসি ঐনা সমর্থন তৌজরি। ময়াম্নস্থ য়াবিনিংনি থঞ্জে! ময়াম চংহুনা ষ্ট্রাইক তৌমিন্নরগা মী থরদনা মরাই-বক থীবা ধর্ম্ম নত্তে।

ময়াম— ষ্ট্রাইক তৌগদবনি, ষ্ট্রাইক অমুক তৌগদবনি।

( রা রা লাওনরকই )

তোম্পো—ওরদর! ওরদর প্লিজ। অমুক্তং ইংনা শান্তিদা থবক চথসি ইচাশা!

রতন— সভাপতি ওইবিরিবা ইপন ইবুংঙো ১স্থং নুংশিরবা মরুপ মপাং পূন্নমক্না ষ্ট্রাইক অসি অমুক চথবিহুনা ইরাং তৌবিরম্নু। অয়াম্বা ছাত্রগী লাইব্রিক তম্বা শিংলগনি; ঐখোয় পূন্নমকপু ডিসিপ্লীন লৈতে হায়হনা লৈবাক্না ডাংনরগনি। হুজিক্কি ঐখোয় অহুমদগী অততায় ওইরবনিনা ঐখোয়না খোকপা তৌনজরগে ময়াম য়াওবিরম্নু। ঐখোয়বু নুং-শিবীবগীদমক কোটি ধন্যবাদ তৌজরি। ঐদি ডসিদগী হন্না ষ্ট্রাইক তৌজবনি, স্কুলগী ভেরেন্দাদা ফমহুনা; স্কুল অসিদা ছাত্র কাউন্সিল লৈহন্দ্রি ফাওবা ঐ চাক চাজর-রোই, ঈশিং ফাওবা য়োংচররোই।

চাও— ইকাই খুম্নবদা মতিক চারবা সভাপতি ১স্থং নুংশিরবা ছাত্র ছাত্রী পূন্নমক ঐখোয় মাই য়েংবিহুনা ষ্ট্রাইক অমুক চথবিরম্নু। লম্নাই ওইনা নুপী অম্তাং য়াওহন্দনা ঐখোয়না খোকপা হোংনজরগে, মাপ তৌবিয়ু। নুংশিবিবগীদমক থরাই হকচাং য়াওনা তৌবিমল খডবা উচ্চরি। ঐস্থু মায় দিয়ার রতন সিংহগী মতুং ইনহুনা ছাত্রগী কাউন্সিল

লিংথংত্রিবা ফাওবা হঙ্গর ষ্ট্রাইক তৌবা য়াওজরনি। অতৈ কনামতম্না ঐখোয়গী ইতুং ইনবীরক্কনু। ( খুবাক খুই )।

কৈরে— সভাপতি ইপন ইবুংঙো ১সুং ন্নুংশিরবা মরুপ মপাং পূম্নমক সাক্ষী ওইবিয়ৌ---ঐ ঙসি য়াশকচগে---ঐনা হায়রিবসিবু হেক পাংথোকপা ঙমত্রবদি ইপা ইপু পুরোন ৭ নরক তাজখিগে। ঐদি চরা হেনবা হৈজদে, চারা হেনবা ঙমদবা ঐনা চানিংৰতা থন্দুনা ঙসি নুমিৎ নিনিসি পেন্নবা চাজ-খিনি, হংচিত্তি স্কুল কম্পাউন্দা হৌরিবা হৈনৌ, কবুল্যা মতোন্দগী কোক্লা য়ুংনা তাদুনা চোংথরক্কনি---ঙসিগা হয়েংগা নুমিৎ নিনিসিগী মন্নুংদা ছাত্র কাউন্সিল পীত্রবা অমসুং ঐখোয় অহুম্ন তাম্বোকইবা ওয়ডর অসি ককথংত্রবদি। ঐদি সিনা লোইরে—সার্কস উৎচনি পুক পিক থন্না চারগা—।

[ ময়াম্না খুবাক ]

মথৌনা লৈরগা ঐখোয় অহুম্ন স্কুলদগী তাম্বোকসনু। নুংশিরবা ইচন ইচে মরুপ মপাংশিংদগী লাপ্না ইম্বোক-পিসনু। মতিক লৈরগা স্কুলসিদা আইন সভা পীদসনু—ইপারোমদগী পুরোন ৭, ইমারোমদগী পুরোন ৭, ঙসিদগী ৩নি শুৰা নুমিত্তা উতোন্দগী চোংথদুনা লোংনা তাদুনা শিজখিনি। ঐদি সিনা লোইজরে। [ খুবাক খুই ]

সন্ধ্যা— তাকপিরিবশিংসি তৌহৈদব ঙাক্তনি। করিস্নু লৈতবা আইন সভাগীদমক, মী অহুম তাম্বোকপগীদমক, অতুক নুরবা খুৎলাই শিজিন্নবীগনু অকনবশিং, নচন ঐনা ছাত্র

লিশিংগী মহুৎ শিন্দুনা অকনবা অহুমগী. থৱাই ভিক্ষা ওইনা নিজগে। হন্দক 'মুক্তুংগা হৌতুনা ষ্ট্রাইক্কসি চয়োল অমত্তং চত্থখিসি, ঐখোয় দাবী পূম্নমক শোইদনা ফংগনি।

[ ময়াম্না খুবাক কায়নবা খুই ]

ময়াম — ষ্ট্রাইক হান্না তৌখিসে। চয়োল অমত্তং ষ্ট্রাইক—ষ্ট্রাইক---লাউনরকই !

তোম্বা—ওরডর প্লিজ, ওরডর প্লিজ, ময়াম্না ষ্ট্রাইক পাম্নরবনিনা চয়োল অমতং হঙ্গর ষ্ট্রাইক তৌবীখিম্মু হায়দুনা ইকাই খুম্নবদা মতিক চারবা লৌদর অহুমদা খুরুমজরি।

চন্দ্র— অহুম্মক য়াবিরনি নিংজৈ।

গোমতী—চয়োল অমত্তংদি দাদা অহুম্মক ঙাইবিথো।

রতন— ময়ামগী মনাইনিনা চয়োল অমসি ঙাইজরে। [ খুবাক ]

সভাপতি—মহুদি ঙসিগী মিটিংগী ৱারেপ লোইরে। ছাত্র পূম্নমক হৌতুনা ছাত্র কাউন্সিল পীদ্রিবা ফাওবা, তাম্থোকইবা ছাত্র অহুম্মু লৌশিন্দ্রিবা ফাওবা, চয়োল অমা চুপ্না ষ্ট্রাইক চত্থরনি। মসিগী মতুংদা পীদবা থোক্লবদি হঙ্গর ষ্ট্রাইক-নচিংবা লৌথৎকনি। [ময়াম্না খুবাক ] ঙসিগী মিটিং লোইরে।

---

## অনৌশুবা মতাং
## মঙাশুবা উৎপা

স্কুলগী ষ্ট্রাইক চথরক্লিবা নুমিৎ ৪নি শুরে। হেড মাষ্টরগীদমক স্কুলনা পীবা য়ুমগী কা অমদা কমিটি মিটিং তৌরি। মতমনা লুংথিলগী পুং ৪ রোম তাবদনি। তিল্লিবা মেম্বরশিংনা হেডমাষ্টর, সেকেণ্ড মাষ্টর, গদাধর অমসুং এক্স-ইন্সপেক্টর, উকিল, ডাক্তর অমসুং ষ্ট্রাইক তৌবিবা ছাত্র ময়ামগা মখোয়গী মমা মপাগনা থারকপা ডেলিগেট তোম্পোকখোয়নি। বজনীন চা য়েন্দুনা ময়াম চা থকপা লোইরগা এক্স-ইন্সপেক্টরনা চিয়ারমেন ওইদুনা মিটিং হৌই।

রাবন— মিটিংসি হ্রাবেপ্ তাবা চমদ্রিবা ওসি ওমনি শুরে। ওসিদি য়াম্না য়েংনহুনা কান্নদে অমা হেক্তা তাশিল্লসি। হৌনবা ওৌবসি চিয়ারমেননা চৌকিদা লেংশিনবীগদ্রা?

তোম্পো—নহৌশাদগী এক্স-ইন্সপেক্টরনা চিয়ারমেন ওইবিবা নত্র-নে কমিটিসগী?

ভীমো—মানি হোয়।

তোম্পো—অদুদি হোবা য়াবে। (ফম্লবে)

চিয়ার—নহান ছাত্রশিংনা মিটিংদা তাখিবা হ্রারেপপু মরোল করি হায়না তাখিবগে। দাদা তোম্পোক্তি মিটিংতুদা চিয়ারমেন ওইবিরুই হায়না তায়।

তোম্পো—মিটিং অত্থু ছাত্র ডাক্কুগী ওইনা তৌদে থাজবীয়। ছাত্রগী গার্জিয়ান অমস্থুং মীচম প্রজা য়াম্না য়াওখি। ছাত্র ডাক্কুগী ওইরবদি ঐস্থু চিয়ারমেন ওইজরোইদবনি। মতম খরা ষ্ট্রাইক লেপপুরগা মতুংদা হন্দক অমুক হোত্নুনা নুমিৎ ৪নি শুনা ছাত্র ছাত্রী অমত্তা কারক্তি বসি কৈরেন, রতন অমস্থুং চাওমচা হায়বা ছাত্র অহুমত্থু হেড মাষ্টর সাহেবনা তাম্থোকউবদগীনি।

হেড— স্কুল কায়হনগে লাক্করম্বা ছাত্র গুন্দা অহুমত্থুবু তাম্থোক-তনা কনাবু তাম্থোকদগে দাদাবু?

তোম্পো— স্কুলদগী অডাং তাম্থোক্তনা হেড মাষ্টর ওইবসিবু ময়া-দ্রবা ইবুংডো?

হেড— কাছাড়দগী লাকচবা ঐ নত্তনা মণিপুরদা হেড মাষ্টর ওইবিনবা মী য়াম্না লৈ হায়বা ঐ থডজে। ঐগীদি থবকসি তোকচগে বেরা লৈতে।

চিয়ার—শাওগৎনবিন্থু, নিংথিনা হৈডনা—।

হেড— নত্তে, ডিসিপ্লীন য়াওদনা স্কুল লিংবা য়াদে। ছাত্রশিংনা টার্মস দিক্টেট তৌরগা করম্না চালাইগদগে স্কুলবো? স্কুল হিংহনগে হায়রবদি ডিক্টেটর শাবা ছাত্রশিংবু তাম্থোকপা অমা নত্রগা মতিক চাদবা হেড মাষ্টর ছাত্রগী হুকুম ইনবা ডমদবা ঐবু তাম্থোকপীবা অমা। অনাসি মরক্তুগী কমিটিনা অপাম্বা থনবিয়।

ডাক্তর—মহুক্সু হকমল্লি হেড মাষ্টর সাহেব, অমগীসু অমগীসু কায়দনবা শিনসি, কৈনৌ য়ায়েন্স হায়বহুনা মতমগী ইরাং অসিদা পক্কবা হেল্লিদা !

চিয়ার—অমুক্তা হুইথনবিখো, ছাত্রশিংগী মিটিংদা তাখিবা রিজোল্যুশন্দু অমুক্তা তাখিসি ।

তোম্পো—ছাত্রশিংদগী মিটিং নত্তে, গার্জিয়ান কয়া য়াওরিবা মীচম প্রজা কয়া য়াওরিবা মিটিংগী য়ারেপ্নি । ঐনা ওসি স্কুল কমিটিদা লাকচরিবসিসু ইরন্নাই ওইনা লাকপা নত্তে, লৈবাক মীয়ান্না থাবীরকপনি । ময়াম্না তাখিবা রিজোল্যুসন অদু স্কুলদগী তান্থোকইবা ছাত্র অহুমহু লৌখৎপিদ্রবদি অমসুং ছাত্রগী কাউন্সিল পীদ্রবদি মুমিং ৭নি চুপ্পা ষ্ট্রাইক চথখিনি । ৭নি শুবসিদা তাল্লিবা দাবী ফংদ্রবদি চাওমচা অমসুং রতন মখোয় অনিনা হঙ্গর ষ্ট্রাইক তৌগনি, দাবী ফংদ্রিবা ফাওবা নত্রগা শিদ্রিবা ফাওবা চরা হেনগনি । অহুগা কৈরেন হায়বা ছাত্র অহুগী য়াশক্না মখোয়নিনা চাবা হেনবগী হুম্নিশুবা মুমিত্তা স্কুল কম্পাউণ্ডদা হৌরিবা কাবুলিয়া নত্রগা হৈনৌ মতোন্দগী চোংথহুনা শিগনি অসিনি । মরম অসিনা কমিটি মেম্বরশিংনা য়াখল মুন্না তৌবিবগা স্কুলগীসু অভাংগীসু ফনবা শিনবীয়ু ।

হেড— স্কুলগীসু অভাংশিংগীসু কায়দনবা ঐ থবক তোক্কচরগে । মহুনা কমিটিগী থবক্তা য়াশক্লি । মরমদি ঐদি মীওং অমনি ; মণিপুরদা পোকপা অশোংবা ওইদহুনা তৌরবা

করিনো থউজদে। জ্ঞান তাদবা ছাত্রশিংনা ষ্ট্রাইক তৌরনি চারা হেল্লনি, উদগী চোংথতুনা শিরনি হায়তুনা কিহল্লগা মরম চায় চাদে য়েংদনা মখোয়না তানবা দাবী পূম্নমক পীথোকপা ঐগী প্রিন্সিপল্ নৎচদে। প্রিন্সিপলস য়াওদনা করিগুম্বা ইনষ্টিটিউসন লিংথংপা য়াদে। প্রিন্সিপলস ডাক্লা চৎপা ঙমদবা স্কুলদা ঐহাক হেড মাষ্টর ওইবা ঙমজরোই।

চিয়ার— করি উপাই লৈরি মত পীনবিয়ু।

ভীমো— ছাত্রশিংতু তাম্থোকপত্ত তোক্লগা কাউন্সিল পীয়ু হায়বতুমদি হায়রম্ন হায়বা য়ানরোইক্রা ?

তোম্পো— ছাত্রশিংনা তাল্লিবা দাবীশিদগী ইথি অমা ফাওবা হোংউ য়ানি থাজদ্রে।

গদা— ওঝা ওইরিবা ঐখোয়স্তু ডিসিপ্লীন য়াওদনা প্রিন্সিপল ডাক্তনা চৎপদি য়াদবনিনা ফনা লুরি।

উকিল— স্কুম মুক্কতুনা থংমত্তা ডেদ লোক্তা লৈরগনা লৈবাক পূম্নমক্কী অমাঙবা ওইদৌরি। অতুনদি ভোট তৌনরগা ব্রারেপসি তাবনা চুম্মগদ্রা!

ডাক্তর—হেড মাষ্টর সাহেবপু কাউন্সিল পীবা ঙম্মোই হায়বতুদা লেপ্পীরে হোংবিনিংদ্রেনে।

হেড— কাউন্সিল পীদবদা নচ্চদে, তাম্থোকখিবা ছাত্র অহুম স্কুল বিদ্রোহীশিংবুস্তু লৌথংপা ঙমজরোই। ঐদি প্রিন্সিপল কায়না ডিসিপ্লীন লৈতনা হেড মাষ্টর ওইজবা ঙম্মোই।

ভোট লৌনবিরগা ঐনা মায়থীরবদি ঐহাক রিজাইন তৌজনি, অতোপ্পা হেড মাষ্টর মণিপুরী মচা অশেংবা অমা হাপ্পীয়্ ঐদি কাছাড়দগী লাকচবনি।

চিয়ার—কাছাড়দগী মণিপুরদগী হায়বা লম মাঙ্গোল নাইবগী ভাব করিমত্তা লৈতে, হেড মাষ্টর সাহেব। মদোমদা খন্দুনা পুকচেল য়াংবিগন্নু। অতুনদি ভোট তৌনবা তারে। [চে মচেং ৭ থক শেমই] গাজ্জিয়ান অমস্তুং মীচম ময়ায়া থারকইবা দাদা তোম্পোক ভোট পীবা য়াওগদ্রা?

উকিল—য়াওসন্নু বেরা লৈতে। হেড মাষ্টরগী করি মত।

হেড— ঐস্নু বেরা লৈজদে! মতিকচাবা নিপা অমবু স্কুলগী ফমনবা লৈবাক্তা থারকপনিনা। [চে মচেং অমমম য়েল্লি]

চিয়ার—ছাত্রশিংগী দাবী পীবা পাম্মগা য়েস ইবিয়্ পামদ্রগা নো ইবিয়্। পীবা পাম্মগা য়েস, পীবা পামদ্রগা নো।

[ম ায়া ইনরগা পূনশিল্লে]

[থীতুনা য়েংবা] য়েস না মরী শুরে, নো না অহুমদা ঙায়রবনিনা ছাত্রশিংগী ডিমাণ্ড ফংবা তাবে। ছাত্র কাউন্সিল লৈরগনি। তান্থোকখিবা ছাত্র অহুম লোৎখংলনি। ঙসিগী মিটিংসি লোইরসি।

হেড— [ফুরিৎথাউদগী দরখাস্ত পুথোক্লগা পী] ঐগী রিজিগ্নেসনগী চে সিমতং ময়াম লৈরিভৈদা।

চিয়ার- নোংমা নিনিদংদি রাখল তৌবিখো শাউগৎপীনু।

ভীমো— হোয়দা নোংমা নীনিদং থন্নখিশি।

হেড— ঐদি থনবা লোইজরে ।

ময়াম— তৌবিন্নু হেড মাষ্টর সাহেব, রাখল তৌবিখো। স্কুলবু মুংশিবিন্নু। মতম খরদং থন্থবিখো।

[ ময়াম চংনখি, হেড মাষ্টর মথন্তা রাখল তৌতুনা লৈহৌই রজনী চা কপ অমা পুতুনা থোরকই রাবন্দা পীরে ]।

রজনী—চাসি ফানবীয়ু---রারেপপূ করিদা তানগী্রবগে ? [ থুমদে তুমিন্না লৈ চিন্তা তৌই ] তাবিরিব্রা নুপীমচাগী পাবুং— চা ফানবিয়ো।

রাবন— নুপীমচাগী পাবুং হায়বু কনাবুনো, ঐবুরা ?

রজনী— নত্তবদি কনাবু ওইগদগে ? কৈদৌরগে মাগী পাবুংবো !

রাবন – নঙগী নচানুপীতু ঐগী ইচা নত্তে, ঐঙোন্দা নুপীমচাগী পাবুংগা হায়বিরন্থ।

রজনী— কৈদৌরগে ?

রাবন — মপানা হেড মাষ্টর ওইবা স্কুলদা তম্মগা মানা ষ্ট্রাইক কী লুচিংবী শাক্তুনা মী থোম্বা য়াওরবদবু মহাক ঐগী ইচানুপী ওইখিদ্রাও ? ঐহাক থবক তোক্লে। ইবানি পোক্লফম লমদম কাছাড়দা হনবা তারে। নচানুপী মরুপ মপাং নিংবী অসিদি মণিপুরদা থনম্মো কনানো মানু খরা পাম্বা অমদা থাজরম্মো।

রজনী— লাইরিক তম্বা লোইদ্রিবী অসিবু করিগী ময়ুম পালহল্লুগদগে। মেট্রিক ফাওবা থাদ্রি, এম, এ তমহনখিদৌরিবনি।

রাবন— ঐহাক্তি থবক তোক্লে, কদাইদগী শেলনা তমহন্দোরি ?

রজনী— কাছাড়দগী হায়স্কুল অতুক য়াম্না শৈবতুদা শুঝা ওইবা কংদবা হৌনত্রা ? কমিটিগী য়ারেপপু করি হায়না তাথিবগে।

রাবন— নচা মুপীখোয়গী কাংবুনা উমথ্রে—ছাত্র অছুম তাম্নোক-পতুসু লৌথংলো, মখোয়না পাম্বা দাবী অতুসু পীরো হায়না তাখ্রে, ভোট লৌনবদা। চাওখৎত্রিবা লৈবাকনে।

রজনী— থবক্তি তোকলো হায়পোৎ নত্তেদনা ?

রাবন— ঐনা শাওনিংতুনা তোক্কদৌরিবনি, মখোয়না তোকলো হায়বা নত্তে। ডিসিপ্লীন লৈতবা ছাত্রনা হায়রিবা মখৈ ইনবা, নিয়ম নাইদবা স্কুলগী হেড মাষ্টর ওইবা কান্নপোৎ নত্তে। ঐনা তোক্লগে হায়না দরখাস্ত থাখ্রে। ঐ শোইদনা তোক্লনি। মুপী মচাদি কদায়দা চৎখি ?

রজনী— ঐনা থরা চৈবদগী কপ্তুনা লৈহৌই। কেথোকহনবদগী মাঙবা অঙাংনি।

রাবন— মণিপুরসিদা মহাক কেথোক্কুনা লৈজহৌরসন্নু।

রজনী— কদাইদগীনো অঙাওবা য়ানিদা!

রাবন— কৌরুচো, ঐ য়া হংগে!

রজনী— খংনরবনি হায়তুনা ঐনা কৌরুবব্ন য়াগদ্রা ?

রাবন— য়াদবা য়াব্রাও ? নংনা অতুম্না কেথোকহন্দুনা লৈত্রিবা ডিসিপ্লীন নত্রাও ? মমা মপানা হায়ববু মচানা ইন্দবা হৌনব্রাও ? নংনা লম হৈনবা শুম তমহনবদগী স্কুল থুগাইবা ওম্মক্কুনা ঐহাক থবক তৌকলে, য়ুম মুৎলে- -নংগীসু পেল্লেদনা !

রজনী--- হন্দক স্কুলদা তৌখিবা ষ্ট্রাইক অদুবু নুপীমচা মথন্তনা তৌব্রনে ? মাদি ইয়াওবু য়াওজদে ।

রাবন--- নংনা করি খংহুনা হায়রিবনো ? নচা নুপীনা ধ্রুব তারা ওইহুনা ষ্ট্রাইক তৌরিবা ছাত্রশিংবু লমজিংই হায়রি, ক্রিমিয়াগী লান্দা শোকপশিংবু ফ্লোরেন্স নাইটিংগেলনা লাইয়েংহুনা মশা ফগৎহনবগুম অহল লমন্না চৈহুনা মবুকনিং হন্নবা মথন্নাই নাবনা ছাত্রশিংবু নচা নুপীগী থৌগৎ ন্নাহৈনা লিক্লা ওইহুনা শিদ হিদাক থারগা ষ্ট্রাইকী লাম্মীশিংহু ইচং থৌগৎলি হায়বসি অশেংবা পাওনি । নচা নুপীনা লান ডম্বগী পাউ মশাদা তমজগে । চৎলু কৌরুচো ।

[ চৎখি, কপলি ২ সন্ধ্যা থোরকই মতুংদা মমানা তপ্পনা ইল্লকই ]

সন্ধ্যা--- বাবা ঐবু কৌবিব্রা ?

রাবন--- কৌজে, নুংঙাইবা পাউ তমজগে হায়হুনা ! নহাক্লা জেনেরেল ওইহুনা চংবা ষ্ট্রাইকী লান্দো নথোয়না জয় ওইরে। তান্থোকখিবা ছাত্র অহুম্মক লোৎলনি । ছাত্রশিংগী কাউন্সিল ফংলনি । ছাত্র মুংশিবা খঙদবা হিংচাবা রাবন হেড মাষ্টর মাইথীরে, থবক তোক্লনি । মমুম কাছাড়দা হয়েংমক প্রেন তোংহুনা পাইথ্রনি । ছাত্রশিংবু নিংথিনা লুচিংহুনা নহাক্তি মণিপুরদা মরূপ মপাংশিংগা লোইননা লাইরিক তমহোখো । নুপী নংদি ঐগী ইতুং ইনগদবা নত্রাও ! পোৎচৈ য়োনলম্মু ঐ হয়েংগী টিকেৎ অনীখক্কুং রিজার্ভ তৌরুখিগে । [ চৎখি ]

সন্ধ্যা— বাবা ! [ কপতুনা ]

রাবন—[ চৎনা ২ ] হিংচাবা ঐভোন্দা বাবা কৌরম্নু। ঐগী ইচা লৈজদ্রে। [ চৎখি ]

সন্ধ্যা— ইমা ! ঐবু বাবানা ঙসি অম্মুক শাওরিবসি করিগীনো ?

রজনী— মচিং ফত্তবা হায়বত্থনি ইচাসিদি।

সন্ধ্যা— ঐবু হুন্দোক্লমলগা নখোয়নীবু চৎপা তারব্রাও ? ঐবু কদায়দা লৈদগে ?

রজনী—ভীমার্জ্জুনখোয়গী ময়ুম লৈত্রাও !

সন্ধ্যা— মতম চাদনা ফাগী তৌগনু ইমা ! বাবানা ঐবু ঙসি মচা নত্তবগুম !

রজনী—করিগী হুন্দোকউগবনো ; থবক তোকপা অনুদা শাওত্থনা পংহায় হায়বনি।

সন্ধ্যা— বাবাগী থবকপু কনানা লৌথোকইবনো ? থবক লৌথোক-ফম থোক্তে !

রজনী—মীনা লৌথোকপা নত্তে, মকম্থি ফত্তহনা থবক তোক-থোকইবনি। নপানা মশিঙ্গা পুযোক্লুনা থিংলিবা ষ্ট্রাইক অত্থুগী পম্দু নঙনা হোত্তোক্লুনা ঙ্গশিং থাজিল্লুরিবা নঙবু মীরোল তাদ্রিবা অঙাংলাও ?

সন্ধ্যা--- ষ্ট্রাইক হায়বসি ইমা ছাত্র ছাত্রীশিংগী শান্নধা মথল অমনি। মখোয়না আইন সভা ফংলগা ওঝাশিংগী রাই শংবা নত্তনা অতৈ করিম্নু থোক্লোই। অহুবু বাবানা অত্থক থয়াই

য়াওনা থিংইবু করিগীনো ? অঙকপনি। মীরোন য়াং-লিবসি বাবারা ছাত্রশিংলাও!

রজনী—ছুজিক্তি পূম্নমক হোৎখ্রে, নপা কম্থিজাও থবক ঠোকলে, ঐখোয় কাছাড়দা চৎপা তারে। নচগী তুংশিরবা মরুপ মপাংশিংগী লৈবাক মণিপুরসি থাদোক্তুনা ঐখোয় চৎপা তারে। চেনসি চোংসি হায়নশিংনবা নগী কনাগুম্বা লৈরগা লৈহোরো।

সন্ধ্যা— কনামত্তা লৈতে ইমা!

রজতী—অছুদি পোং-চৈ য়োম্মুরসি মণিপুর থাদোকক্তুনা চৎপা তারে। মণিপুরদা পোকপা নত্ত্রে হায়ত্নুনা নঙ বাবাবু হেড বাপ্টরস্ম কয়া ওইহন্নিংদমানে। লাকও! লাকও—(চৎখি)।

সন্ধ্যা— মরুপ মপাং থাদোক্তুনা চৎপা তারবা? মৈতৈ মচা মশেলস্থু লম মাঙ্গোল নহৈনবা। [ কপই ]

## অনাশুবা মতাং

# ভরুকশুবা উংপা

[ স্কুল গ্রাউণ্ড ময়াগী লম্বীদা অয়ুক পুং ৮ তাবদা ছাত্র ছাত্রী ময়াম পরেং লেংহুনা হেড মাষ্টর মপা মচাদা বিদায় তৌগদবগী ডাইরি। অয়াম্বা মী মামিঙ্‌ঙা মপি তানরে। য়া অমত্তা ডাংনদনা অনা খিজেংননা লেবা উই। মখুত্তা খুদোনপাং সন্ধ্যাদা পীনবা পায়রি। খোংউপ উপু, ইন্নফী য়োম্বা চে, ফনেক য়োম্বা চে, সনা খুদোপ, সনরিক, লৈ, চিঠি রুমাল—নচিংবা। রতন অমস্তুং কৈরেম্না দরখাস্ত হেড মাষ্টরদা থানবা পায়রি অমস্তুং পাদুনা অশোয় অডাম য়েংলি।

পাইজামা শেং, খুদাংলাওবী লিং হেড মাষ্টর রাবন থোরকই মখুমদগী—। মখুত্তা স্যুটকেশ অমস্তুং বেডিং পায়রকই। ছাত্র ময়াম্না খুরুমই, দরখাস্ত কংলি। ওঝানা ওকই দরখাস্ত য়েংই ]

রাবন — করিগী চেনো পাও, ঐদি আনোক য়াওরকত্রে! স্যুটকেশ মনুংদা ছাপগ্রমানে!

রতন — ওঝাবু থবক থাদোকপীগনু, ঐখোয়গী ইরাল ডাকপিয়ু হায়না খুরুমজবা দরখাস্তনি।

রাবন — ইচাশা নখোয় ঐবু শাওগনু—নখোয়না খওইবদু ডায়, ঐদি য়াম্না ষ্ট্রীক্ট ওওবা ফাগা তৌদবা মীনি। ঐগীদি হায়থ্রগা লোইরে। ডিসিপ্লীন লৈতবা, ডিসিপ্লীন ডাকুবা ঐ

পামদে। থবক তোক্লগে চে পীখ্রে, কমিটিনা য়াবিরে, ঐ হুজিক কাম্বাড় চৎলগে খোরকইবসিনি। ছাত্রশিংনা ডিমোক্রেটিক প্রাকটীস নিংখিনা তৌগনি, ছাত্রগী কাউন্সিলনা কাম্ননি হায়বসি ঐ খাজদে। নখোয়না পামইবা অদু ঐ লৈরঘদি চৎপা য়ারোই, মরম অদুনা ননিং থুংনবা ঐহাক থবক তোকলিবানে। ইচাগুম্মা মুংশিংবনা ফজন্নিং-মন্দুনা নখোয় কনাবু থীনা চৈথিবা ফুখিবা য়াওই—মদু পূয়মক ঐনা ইশাগী কান্ননবা তৌবা নত্তে থন্দুনা ঐবু শাওগন্থ, মাপ তৌবিয়ু। ইচাশিংনা নিংবা থুংহোরো—বিদায়।

[ মখুং থাঙ্গৎলগা চংশি মমিংতা মপীনা থল্লি। রজনী, বেডিং অমা, স্যুটকেশ মচা অমগা মখুং নাম নাম পায়রদুনা যোবকই হন্না য়েংদুনা মচাদা ]

রজনী—সাকওনে মুগীমচা, কপ্পুনা করি কারগদগে, মতম খেংখ্রে, নং পাবদি অং য়ৌগ্রে। ইচাশা, নখোয় ওন্নাদু কয়া কুইখ্রে!

[ ময়াম নমস্তে ]

কৈরেন—ইমা ভূজিক্তা ডাইগ্রি গস্ত্রাইদা লেংলি।

রজনী—ইচাশা নখোয় শাওন্নুকো—ইমা খোয় চংলে। পূজাগী ছুটিদা শিলচরদা পেন তোংদুনা কোইরকউকো নখোয়। ময়াং লৈবাক্কী ডা হাওর হাওরবা লৈ, মহাও য়েংবা সাউ। মপা-নদি নচনবু মণিপুরদা লাইরিক তমজহোগো হায়রগা লৈজহোরসম্ব হায়, অদুবু লৈশাবী ফারেদো লৈভম চাক্কম

জুগোৎ চাবা লৈতবনিনা থনম্বা কৎত্রে হায়ম্বুনা পুরবনি ।
নখোয় শাওম্বু লৈহৌরোকো ইচাশা ইগাশা ।

[ ময়াম্মা নমস্তে তৌই, খুরুম্বা ওক্লগা চৎখি ]

লাক্কওনে ! মুশীমচা মমায়বা ময়াম্মা ভাইরিবা কুইরে ।
বিদায় তৌনররো । ( চৎখি )

সন্ধ্যা— [ বেগ মচা অম্মা পায়ম্বুনা কপ্পনা মমিৎ মমায় ইপোম পোম্মা খোরকই । ]

ময়াম্মকপু খুরুমজরি । [ নমস্তে তৌনৈ ]

মুংশিরবা মরুপ মপাং ময়াম থমম্মগা লাইবক থীবী ঐদি ভসি মণিপুর থাদোক্কুনা চৎচবা তা|র । ঐগী ইরাল পুন্নমক ময়াম্মা ভাকপীগনি নিংজৈ ।

গোমতী—নংগা কাইনবা তাবসিদা ঐগী থম্মোয় অসি অনীখোক্লা চীংথায়রে সন্ধ্যা ! ফাগী ফারাং তৌনবদা হেজিনখিবা, রাহু কারল চন্নখিবা শাওনমুসিকো ইতা ? ঐবু নিংশিং-খিনবা ঐনা . পাঞবা মোনখুম অসি নংগী মোন্দা খুম্নবিয় ।
[ পী, লৌই ] ।

চন্দ্র— নংনা পামই শোনখিবা ইন্নফী অসি ঐগী খুদোনপোৎ ওইনা লৌখো । নংগা অস্তুম্না কায়নগদবা ওইরবদি ষ্ট্রাইক য়াওজরম্মোইদবনি । ইবানিনা ভাংনখিবা রাহু কাওনমু-সিকো । চয়োল খুদিংগী চিঠি ইবা তম্নমুসিকো ।
[ মখোয় ৩ কোন্দুমা কপনৈ ]

কৈরেন—ইবেম্মা সন্ধ্যারানী ! মতম হায়স্কুলগী ধ্রুব তারা ? ইবুংগী লৈজবা লাইর-খুদোন অসি লৌবিয় ।

[ খোংউপ উপু পী, লৌই ]

মতৌ অমুম্না নহাক অমম্নুং ওঝা হেড মাষ্টরগা কাইননি হায়রবা খল্লমদি ছাত্র কাউন্সিল তান্দুনা ষ্ট্রাইক তৌরম্মোই-দবনি। নহাক নবুংবু শাওগম্মুকো স্না তোগ্নী।

সন্ধ্যা—[ কপ্তুনা য়া ভাংবা থোক্কে ] দাদা !

রতন— স্কুলগী ইয়াং কালেনগী ওমচাকুরবা নুংখিল লোইশিল্লকুনা হকচিক লাংলবা মুমিদাংয়াই চংলকপদা ইবেম্মা সন্ধ্যা নংনা ঐথোয়বু থাদোক্কুনা চংখিদৌরিবা অসি ঐখোয়দদি করি ওইহৌরসিংগে ? খাইনা মৈরীসে খাংজগে হায়তুনা তাল্লুবা তারে ছাত্রগী আইন সভা ! কৈদৌননি আইন সভানা, তানমিন্নবা মরুপ মপাং কাইনবা তারবদা ? করি নুংগী তৌরুবা ষ্ট্রাইকনো মুংশিয়বা ওঝা হেড মাষ্টর কাই-ননবা ? লৌবিয়ু ইবেম্ম কলম অসি নবুংগী লৈজবা লাইর খুদোন্নি। ইরকউ চিঠি মরক মরক্না, কাওনমুসি, নবুংগী হল্লিবা কলম অসিনা।

[ কলম লোথোক্কুনা পী ]

সন্ধ্যা— ঐভোন্দা কলমসি পীথোক্লগা করিনা ইহৌনি তামোদি, লৌদ্রবস্থু মুঙাইত্রে, ঐগীসি তামো পাইবিহৌরো, ঐভোন্দা চিঠি পীবিরকপদা কলম অসিনা ইবিরকউ।

চাওমচা—ইবেম্মা সন্ধ্যা ইবুঙ্গদি শেংনা হায়নি ওঝাহনগা নংগা কায়নদৌবগী শরুক ছাত্র কাউন্সিল পামজদ্রবনি। মীনা নিংবনা অমা লায়না তম্বনা অমা হায়বত্থু তারে। আইন

সতা ফংলগা ইদ্রনবু মন্ত্রী হাপকে, ঐনা ঈচনগী সেক্রেটরী অমুক্কং ওইজগে নিংজরম্মনি, অশেংবা হায়মনি। অহুবু নোংদবা মপুনা মরুম কোকপদা ডায়রিডে মচা, ওন্দনবা মাহক্ল। অশেংবনি সন্ধ্যা ওঝাহনগা ক্লাইনবসিদ্রি ঐথোয় পুম্নমক্কী খম্মোইসে অনীথোক্লা চিংখায়রবনি। ঐদি করি-মন্ত্রা পীনিডাং লৈজদে প্লেন তোংবদা নকোক ডাওদনরা লৈ-স্নিমতং পায়খো।

[ পীবদা লৌরগা মনম নমই ]

সন্ধ্যা— নোংমা য়াওশংদা তামোনা ঐডোন্দা আবের তৈবিখি। কা ওবিরব্রা ?

চাও— কাওদে, মহু ঐ শিল্পি ফাওবা কাওরোই।

সন্ধ্যা— ঐনা আবের তৈবগী চৈবহুদি ?

চাও— চৈখিদে, চৈপ্পরম্ম ঐ ক।ঢ.ব।

সন্ধ্যা— আবের য়াওবিরকপ্রা ?

চাও— করিগীনো ইবেম্মা, য়াওশং নত্তবনিনা আবেরদি য়াওদে। ( ফুরিংখাও মান্নুনা য়েংই )

সন্ধ্যা— য়াওরবদি তৈবিয়, চৈজবোই হায়গে তৌবনি। ( মমিত্তা মপীনা থল্লি )

[ চাওমচা রুমালনা মপি তৈখোকই ময়াম্মক কপনৈ ]

রজনী— [ অরায়দগী লাওতুনা। রুগামচা মতম খেংজিল্লক্লে, গাড়ী ডায়তুনা লেরে। ]

[ হোরন খোংবা তায় ]

[ শাওনম্নুসি, কাওনম্নুসি হায়ত্নুনা ময়াম্না খুদোপ, লিক-
লৈ নাচোম—পুম্না পীনৈ, খুৎ শোকনৈ ]

সন্ধ্যা— ঐনা কনাদা শাওখিবা য়াওখি, চৈখি, লরুখি, কনাগম্মু
খংনখি। পূম্নমক ওসি ভাকপীরো—খুরুমজরি।

[ ময়াম্না ওকই ]

চিঠি পীনসি, পুজাগী ছুটিদা কোইবিরকউ। বিদায়— —

ময়াম—নশক উরিবা ফাওবা ইন্নখিনি, চৎলু ময়াম য়ারিবমখৈ
লাপ্না থিল্লুখিসি।

[ ময়াম্না ইনৈ—অমনা ইশৈ ভৎই—চৎনা—চৎনা ]

—ইশৈ—

বিদায়—বিদায়—বিদায়—!
থাইনরে ওসি থরাই হকচাং
মতম চুপ্না লোইনসি তিন্নসি তেমশিংনখিবা
থরাইনা কদোমদা হকচাংনা কদায়দা
অমম্বা তাইবং মণ্ডলান্দা ?
বিদায় — — — !

—•—

লোইরব।